# চুম অম্বান থংনবা পাম্বৈ

ইরবা
শ্রীখুন্দ্রাকপম আদর সিংহ
বানপ্রস্থি

থোংবা
আদর সিংহ সেবাশ্রম
কাকৈথেল ইম্ফাল।

অহানবা থুংনম
জুলাই ১৯৬৭ ইং
[illegible] প্রকাশক



লাইরিক ফংফম—
১। ওং কেং ষ্টোর
পাওনা বাজার ইম্ফাল
২। বিং কেং ষ্টোর
পাওনা বাজার ইম্ফাল।
৩। ওইনাম শ্যামকিশ্বর সিংহ
কাকৈথেল বাজার ইম্ফাল।

মমল লুপা ৩,০০

## কচ্চবা

অচুম অয়ান-থংনবা পাদৈ, লাইব্রিক অসি য়াশকা লোয়ননা "আদরসিংহ সেবাশ্রমদা" কংথেকিচরি। লাইব্রিকী শেলশিং অসিনা আশ্রমগী মপুংকাবা শ্রীমূর্ত্তি অমা ওইহনবিয়ু হায়না ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা হয়া হয়া থুরুমজরি। লাইব্রিক লৌবিবা গ্রাহকশিংনা মমল শেল পিবিবা মতমদা লাইব্রিকী মমল নত্তনা আশ্রমদা দান তৌরিবনি থনবিয়ু হায়না নিংশিংজরি। মণিপুর গভর্ণমেন্ট এডুকেসনা গ্রণ্ট লুপা ৩০০ চহুম পিবিহনা পাংথোকচরি।

# তীর্থ ভ্রমন—(চৎপা)



তীর্থ চৎপা হায়বসি—মখল অনি গুই। তীর্থ য়েংবা চৎপা অমা, তীর্থগী মহাও থংন চংপা অ।, অনি অসিনি। শেল য়াম্না পুক্নুনা মীয়ামগা লোয়ননা চৎনরিবা অসি তীর্থ য়েংবনি। শেল য়াওদনা মী অমতা লোয়নদনা ইত্তোমনা ওইনা অৱাবা কয়া থাংহনা চৎপা অসি তীর্থগী মহাও থংবা ডমই। অসিন্না পুম্নমক্কী অথোইবনি মরমদি—ইশা ইত্তোমদনা পোকপদগী থংনদবা মীশিংগী মরক্তা অৱাবা কয়ামরুম থা লকপা মতাং অহুদা ঈশ্বরগী থৌজান ফংহনা হুংশিবা ১স্পুং স্পুংঙাহবা ফংই।

# মৌনব্রত



মৌনব্রত হায়বসি—স্বর শাক্তেলগা লোযননা অপাম্বা নাম অমা পুক্লিনা (মানসিক) ওইনা মতংপা লৈতনা শোন্দুনা লৈ ফাশিল্লগা রা ও'দনা মতম পুম্নমক্ত ধ্যান তৌবা অমম্নং থবক পুম্নমক তৌবা অসিনুনি। অসি নত্তনা চুম্না রা ঙাংদবদি মৌনব্রত কৌদে। মপাল থোক্তনা মী উনদনা মৌন ওইবদি মরাইবনি, মতম পুম্নমক্তা মীগা লোয়ননা থবক তৌবগা লোয়ননা মৌনব্রত তৌব অসি য়াম্না অরুবনি ঈশ্বরগী মগুণ থিন। অসিনা অথোইবনি।

# ৱাহৌদোক

তাইবং মীওইবা হায়বা মপোক—পুনসি অসি অতাংবনি, ব্রহ্মা হায়বা লাই অদুমক্তু মীওইনা পোককে হায়বা ওমখিদে হায়বা মপোকনি।

অদুম্মাদি ওইরবদা শা, ডা, উচেক ৱাহৈ, উপাল ৱাপাল, নাপি শিংনা আসনাচংবা মীংনা উনা ফংলবা জীব পুম্নমক্কী মপোক অসিদি অৱাইবনি।

তাইবং মীওইবগী মপোক্কি য়ায়া অৱবনি। অওকপা ফংবা অৱাবা ফুংডাইবা খনিনা থাদোক্কব নৈতনা লোয়নরবা মপোক্কি। অদুনা মীওইবগী মথাদা "অচুম—অৱান" খনবা লৌশিং (জ্ঞান) অমগা লোয়ননা পোক্কই। "অচুম—অৱান" হায়বা লাইৱা অসিগী মওুন্দি ফুংডাইবা অৱাবা মসিনি। অচুম্বনা ফুংডাইবা অৱান-বনা অৱাবা মন্ত্র শানি অসি অওৎপা নৈতনা কাওরোইদবনি।

অচুম্বা থবক তৌরগ, অচুম্বা ৱা ডাংলবা, অচুম্বা চিঞ্জাক চারবা, তৌফম থোকপা অচুম্বা শাজেল তোতুনা নাদবা অচুম্বা হকচাং ওইহন্দুনা, অচুম্বা শাক্তং লিচংকা লোয়ননা, অচুম্বা য়ুম্বাল্লোন থজিন্দুনা পুনসি লেপ্লবদি অওকপা ফংনা ফুংডাইবা ফংগনি।

কনাগুম্বনা রাজর্ষি জনক নিংথৌ অমসুং পাণ্ডবকী যুধিষ্ঠীর নিংথৌশিংগুম্বা অফবা মি চং অমসুং ফুংডাইবা পুনসি ওইহনগদবনি।

"অচুম—অৱান" লাইৱা অসিগী মচুংদা অৱানবা হায়বা লাইৱা অসিদি অকীবগী মশকনি। মতম নৈবা খিবিক্তা অৱানবা হায়বা লাই অসি ইশাদা নৈতনবা মাংখিনবা তত্তনা কাওদনা থুক্কমজগদবনি।

অরানবা থবক ত্তৌরবা, অরানবা রা ঙাংলবা, অরানবা চিঙাক চারবা, তৌকম থোকপা অচুম্বা তৌদনা, অরানবশক্তি শিজিন্নহুনা অনাবা হকচাং ওইহন্দুনা, অরানবা শাজং লিচংকা লোয়ননা, অরানবা ওইবা লাইরবা মুম্বাল্লোন ওইহন্দুনা পুনসি লেন্নবদি অওকপা ক্যংনা অরাবা ক্যংগনি। কনাগুম্না—মহাভারতকী মন্নুংদা, কৌরব শাগৈগী নিংথৌরেন দুর্যোধন নিংথৌগুম্না অথিবা মিংচৎ অমস্থং অরাবা পুনসি ওইহল্লেইদবনি।

তাইবং মীওইবগী হকচাং পুনসি অসি "অচুম—অরান" হায়বা লাইরা অসি চুশিন্নগ্রবা থাদোক্লবা যাদবা ঈশ্বরগী মগুন্ন। মরমদি—মীওইবগী হকচাং অসি (পঞ্চভূত) মৈ, ইশিং নুংশিৎ, পৃথিবী, অকাশ, পোৎচাক মঙা অসিনা ওইবনি।

মৈ, ইশিং, নুংশিৎ অহুম অসিনা—লৈপাকলৈম (পৃথিবী) ওইবনি। অসিমক প্রকৃতি ভগবান, (মায়াদেবী) অরানবা লাইনি।

আকাশ (অতিয়া) অহাংবা—অসিমক পুরুষ ভগবান—অচুম্বা লাইনি।

মরম অসুনা মীওইবগী হকচাং অসি—"অচুম—অরান" লাই অনিনা চুশিন্দুনা, থাদোক্লবা যাদবা ওইহুনা মু ঙাইবা অঙাংবা অনিমক ক্যংবনি।

"অচুম—অরান" লাই অনি অসিনা, মীওইবগী হকচাংদা করম তৌনা শিজিন্নরিবগে?

হকচাং মন্নুদা "অচুম—অরান" লাই অনি অসি চৎথোক চংশিন তৌনবগী লম্বি অনি লৈ। মসুদি—দেবজান লম্বী, পিতৃজান লম্বী, অসিনি।

দেবজ্ঞান লম্বী হায়বা অসি—লাইগী লম্বী কৌবনি। পুরুষ ভগবানগী মশক ওইবা, আকাশগী অহাংবদা শিংলিবা মুংশিং অসিনা, শোরগী মশক ওইদুনা নাত্তোনগী মথুন অহোবা অনিদা চংথোক চংশিন তৌরিবা লম্বী অসিবু দেবজ্ঞান লম্বী কৌই।

ঈপু মনুংদা খোইনিংথৌ ফাদুনা থম্লগা, হুয়িংখোইশিংনা লৈহি পুশিন্দুনা মথৌ তৌবগা লোয়ননা মহুম শাই। খোইনিংথৌ অদুনা পাযথোরকত্তুনা মফম হোংখ্রবদি, হুয়িংখোইশিং অদুমু হোংখি। অসিগুম্না খোইনিংথৌগী মশক ওইরবা পরমাত্মা ভগবান্না, কোককী থোপ মনুংদা লেংদনা লৈবিরিবমথৌ, হুয়িংখোইগী মশক ওইরবা শোরনা দেবজ্ঞান লম্বীদা চংথোক চংশিন তৌদুনা পরমাত্মা ভগবানগী সেবা তত্তুনা তৌরি।

পিতৃজ্ঞান লম্বী হায়বা অসি—ইপা ইপু লাই গুরুগী লম্বী কৌবনি। মীওইবগী হকচাং অসি পৃথ্বি মাতা লৈপাক্না চিন্নাক ওইবিদুনা হিংলিবনি। অদুনা—চিন্দগী থৌরি উত্তোং, চাকখাও খিবোংথাও, খিরিন, ১মুং শৌজখোং ফাওবা অসিবু পিতৃজ্ঞান লম্বী কৌই।

মী, শা, উচেক, উপাল, রাপাল, নাপি শিংনা, তিল কাংনচিংবা জীবশিং পৃথিবীনা হিংদুনা লৈরিবা পুম্নমক অসি প্রকৃতি ভগবান লৈপাকলৈমনা ওইবিবগাক্তনি। অদুনা লৈপাকপু পৃথ্বি মাতা (ইমা) কৌনবনি। তশেংবমক জীব পুম্নমক লৈপাক্না পোকপনি। পুরুষ ভগবান্না (পৃথ্বি মাতা লৈপাক্না) ইমানি।

পুরুষ ভগবান্না অচুম্বা অরেপ্পনি। প্রকৃতি ভগবান্না মায়া য়াওরবা অরানবনি, অরেপ্পা নত্তে। অদুনা দেবজ্ঞান লম্বীনা অচুম্বনি।

পিতৃজান লম্বীন: অরানবনি। মীওইবা ১মুং জাবশিংগী শিবা নাবা হায়বা—অসি পিতৃজান লম্বী করক্তবদগী অয়াম্বা ওইগনি। লম্বী অসি মশানা অরানবা ওইবনা মতম পুন্নমক্তা অরানবা ওইহন্নবা লৈগনি। অদুনা মতমপুন্নমক্তা অচুম্বা লম্বি ওইহনগদবনি। হায়বদি—অচুম্বা চিঞ্জাক চাহনা, অচুম্বা শাজেল তোঁফম থোকপা তৌহনা অচুম্বা হকচাং ওইহন্নবদি—অরানবা পিতৃজান লম্বী অদু অচুম্বা ওইরকতুনা চাং নাইনা থোং হামলক্লবদি অরানবা পিতৃজান লম্বী অদু অচুম্বা ওইরকনি। মীওইবগী পুনসিদা অনাবা হায়বা অসি চাশিল্লগা থোরককম লম্বী অচুম্বা ওইহন্দবা মরমদগী নাবনি।

"অচুম—অরান" খংনবা পাম্বে—হায়বা অসি য়াম্না অরুবা তত্ত্বনি। থাইনগী লাই গুরুশিংনা মরু ওইবা তত্ত্ব ওাংনরকপা মতমদা, অরোইবদা "ঐ মশক খংউ" হায়বা পাওতাক অসি—ইশাগী "অচুম—অরান" খংউ হায়বনি।

মীওইনা পোকপা থুদিংনা মুংঙাইবা পাম্বনি। করি অমুক হায়রগনি, পোকপা কুইত্রিবা পিক্লিবা অঙাং অদুনা ময়ুং হান্দুনা চোংলবদি মুংঙাইতহুনা কপলকই। মতম অদুদা লৌখংলগা কপ্পা কৈ। অদুগা মুংঙাইবা পাম্বা মীওইবশিংনা পুনসি চুপ্পা অচুম্বতগা লোয়নহুনা অরানবা লৈহন্নবদি পুনসি চুপ্পা মুংঙাইহুনতা লৈগনি।

"অচুম—অরান" হায়বা ভগবানগী শক্তি অনি অসি, মপালগী জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসিদা "প্রকৃতি—পুরুষ" ভগবান অনিনা ওইবিরি। মী, শা, উচেক তিল কাং উপাল রাপাল নাপি শিংনা পোকপা, শিবা নাইরিবা পুন্নমক অসিগী হিংনবা ১মুং শিনবা থৌরম লাংলিবা

অসিনা "জীবাত্মা—পরমাত্মা" ভগবান অনিনা ওইবিরি। অসিমক জীবশিংগী অরানবা মায়ানি। অচুনা জীব ওইনা পোকপা শিবা নাইরিবমখৈ অরানবা মায়ানি, অরেপ্পা মস্তে, লেপতবনি।

লেপতবা জীবশিংগী থমুংদা তরু তরুপবা মঙাল মশেক ওইনা, অরেপ্পা অচুম্বা ওইবা, থোইরেন থোয়বা, নিরাকার ওইবা মশক (শ্রীমূর্ত্তি) অমা য়াওরি। শ্রীমূর্ত্তি অসি—"ব্রহ্ম—পরংব্রহ্ম" ভগবান অনিনা অমত্তা (মিলন) ওইদুনা ওইবিরি। অরানবা লেপ্তবা জীবশিংনা "ব্রহ্ম" মশক খংগে নিংলবদি—ব্রহ্মগায়ত্রী অশুবা মশক খংনা নিয়ম চুম্না শিজিন্নরবদি—মশাগী 'ব্রহ্ম" মশক খংগনি—অমসুং উবা ফংজগনি।

"অচুম—অরান" হায়বা ভগবানগী শক্তি অনি অসি—মীওইবগী পুনসি চৌবদগী লোয়বা ফাওবদা মশক খংনা, মফম খংনা, মওং চুম্না, মহাও খংনা অকাওবা লৈতনা শিজিন্নগদবনি।

মীওইবগী পুনসি অসি—বেদ শাস্ত্রনা শরুক মরি থোক্না খায়দোকলমই। মদুদি ব্রহ্মচার্য্য আশ্রম,। গৃহস্থ আশ্রম (য়ুম্বানবা)। বানপ্রস্থ আশ্রম সন্ন্যাস আশ্রম মরি অসিনি।

ব্রহ্মচার্য্য আশ্রম—পোকপদগী চহি ২৬ নত্রগা চহি ২৮ ফাওবা য়ুম্বাল্লোন মশক খংদনা লৈগদবনি। পোকপদগী চহি ১৬ শুবদা ব্রহ্ম মপুং ফারবনি। মাদুদা চহি ১০ ব্রহ্মচার্য্য তৌরগা চহি ২৬। ২৭ শুবদা য়ুম পানবা য়াই। নত্রগা অশেংবা ব্রহ্মচার্য্যদি চহি ১২ ব্রহ্মচার্য্য তৌরগা চহি ২৮। ২৯ শুবদা য়ুম পানবা য়াই। ব্রহ্মচার্য্যগী মচুং অসিদা মরু ওইনা "অচুম—অরান" শক্তি অসি য়াম্না য়ুম্না খংদোকদুনা অশেংবা লম তানশিলহৌ।

গৃহস্থ আশ্রম—চহি ২৯ । ৩০ য়ুম পাল্লমদায় মতাং অসি—"হে মীওইবা" য়াম্না অকর্বনিকো মতাং অসি শামু লমশানা, শোং চংলযদায় মতাংনি। য়ুম্বানবা চহি ৩০ দগী হৌনা চহি ৫০ ফাওবা অসিমা অয়ুক হেনগংনা য়ুম্বাল্লোন "অচুম-অয়ান" থিহৌরবদি অচুম্বা মশক খংদনা অয়ানবনা হেক্সিনাখিদুনা শামু লমশানা মখোংদা থুরো থাংহনা মকোকতা শমু কাত্তি য়ৈশিন্দুনা শিজিন্নবগুম্না অয়ানবা মায়াদা ইরাক্নহনা শিখিগনি। বানপ্রস্থ আশ্রম—চহি ৫০ দগী চহি ৭৫ ফাওবা চহি মতাং অসিদা "অচুম--অয়ান" মশক য়ুম্না খংহনা য়ুম্বানবা থাদোকহৌরবদি পুনসি মহৈ য়ানবা ওমলয়োই। মতাং অসি য়ুম্বানবা পুমথা থাদোকদবা নত্তে, পুক্নিং থাদোকদবনি।

সন্ন্যাস আশ্রম—চহি ৭৫ দগী চহি ১০০ ফাওবা চহি মতাং অসিদা য়ুম্বানবা পুক্নিং হকচাং কর্ম্ম, পুমথা থাদোকতুনা অচুম্বদা য়ুমকম ওইহনা ভগবানতগা সুংগাইমিন্নহনা পুনসি লোয়শিনগদবনি।

---

# হিরম—লামাই

| হিরম | | লামাই |
|---|---|---|

# 'অচুম অরান' খংনবা পান্নে

অহানবা শরুক

"প্রকৃতি পুরুষ"

"অচুম অরান"

"অনাদি পুরুষ" ভগাান্না ( অচুম্বন্না ) জগৎ ব্রহ্মাণ্ড অসি শেমদ্রিঙৈগী মমাংদা পুরুষ ভগবান অসি, অতুম্বা ওইনা পুম্মম মনচুনা আকাস ( অতিয়া ) ওইনা লৈরম্মই। মতম মশিং খংদনা, অচুদগী "অনাদি পুরুষ" ভগবান অসিনা তুম্বদগী মিরুপ থোরকপদা পুম্মম মমলম্বা অচুদা, অঙানবা পাম্বা অনিংবানা খংহৌদনা ভগবান্না "ওঁ" হায়রবা শব্দ ব্রহ্ম অসি লাওথোকখি ওঁ শব্দ ব্রহ্মদগী "অ + উ + ম" লাই অহুম চোংথোকখ। অহানবমক্তদা "অ" শব্দ ব্রহ্ম অসিনা ঙাংলি ঙাংলি তৌনা ( ব্রহ্ম মুহূর্ত্ত ) চিংথৈ হুন্দুনা ব্রহ্মা হায়রবা লাই অমু চোংথোকখি। মথংদা "উ" শব্দ ব্রহ্ম অসিনা ভগবানগী য়েংথংবা নাকলদা বিষ্ণু ( অমম্বা অহিং ) ওইনা লৈহৌই। অমুগী মথংদা "ম" শব্দ ব্রহ্ম অসিনা ভগবানগী ওই থংবা নাকলদা মহেশ্বর ( মুমিং থোকপা অঙানবা ) ওইনা

য়াচংবা মুমিৎ তাবা অহিংগা ভাইনচুনা অতৎপা লৈতনা লাই ও অসিনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড শেম্বিখি।

অনাদি পুরুষ ভগবান্দি জগৎ ব্রহ্মাণ্ড শেম্বগী করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদে, লাই ও অসিনা থবক পুম্নমক তৌই। অচুম্বদি ওইরবদা পুরুষ ভগবান্না অনিংবম্লখি, লাই ও অসিনা পাংথোকই। অচুনা পুরুষ ভগবান্না অচুম্বনি। লাই ও অসিনা অরানবা ওইনা প্রকৃতি অমসুং জীবশিং ওইচুনা অচুম্বা পুরুষ ভগবানগা লোয়ননা সংসার লীলা শান্নরি। অচুনা মীওইবগী থম্মদা লাই ও অসিগী লৈফমদী, ব্রহ্মগ্রন্থি, বিষ্ণুগ্রান্থি, রুদ্রগ্রান্থি অহুম অসিনি। ব্রহ্মগ্রান্থি অসিনা ইশিং থোংগা শৌজ থোংগগী কারক কামগী ত্রেঙ্গোংতা ব্রহ্ম বীজ ( কাম ) ওইনা লৈ। অচুমক ব্রহ্মা হায়বা লাই অচুনি। অচুনা ব্রহ্মনা মী শেমই হায়বনি।

বিষ্ণুগ্রান্থি অসিনা হৃৎপিণ্ড ( থম্মোয় ) মনুংদা লৈ। অসিনা হকচাংগী মফম পুম্নমক ফইদুনা য়োকখৎলি। অচুনা বিষ্ণুনা (পালন) য়োকপির হায়বনি।

রুদ্রগ্রান্থি অসিনা পিগুম অনিগী কারক্তা লৈ। মফম অসি পুরুষ ভগবানগী থোংদা লৈবনা, শিরমদায়দা পুরুষ ভগবান্না লেংথোরকপদা লম্বী ওইবনা মহাদেবনু অশিবা লাইনি হায়নরবনি।

পুরুষ ভগবানগী লৈফম, কোক্কী মনুংদা লৈবা থোপনি। ব্রেন— থোপ হায়বা অসিগী মনুংদা পোকপদগী লোয়নরক্লবা নোংথাং ১সুং বিজলীগী মশক থরাইগী মচাক য়াওরি। অচুনা থোপ হায়বা অসি মাইক খোংননবগী বেটরি বোক্স অমগুম্বনি। বেটরি বোক্স

অদুনা বেটরি মচাক লৈত্রগা মাইকনা খোংবা য়াদনা লেপখিবগুম্বা খোপতা থরাইগী মচাক বেটরি লৈয়কত্রবদি মা ডাংবা ঙমদদুনা শিবনি। অদুবু বেটরি বোক্স অদু শেল পিদুনা চার্জ তৌরবদি মাইক অদু অমুক খোংবা য়াবগুম্বা অমুক অঙনবা চিংখৈ হুনবা মতমদা চিংখৈরোম শাম্নবা হায়বা অসি ব্রহ্মনা ওইরিবা থরাইগী বেটরি মচাক অদু বেটরি বোক্সগী মশক খোপকী মনুংদা চার্জ তৌশনবনি।

কোকী খোপ মনুংদগী খোরকপা রাখলগীমখৈ অচুম্বা ওইগনি। থনুংদগী থন্দুনা খোরকপমখৈ অরানবা ওইগনি। অচুম অরান খংবা হায়বা অসি য়াম্না অরুবনি। জ্ঞান বিজ্ঞান যোগ শিজিন্নদবা মীনা অচুম অরান খায়দোক্লবা ঙমলোয়।

দশাবতার—ভগবানগী অবতার ১০ তরা হায়বা অসি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, লাই ৩ আসনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক শেম্বা মতমদা খোকখিবনি।

অনাদি ওইরবা পুরুষ ভগবানগী অনিংবদগী ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বর লাই ৩ অসিনা অমম্বা, চিংখৈহুনবা অঙানবা (ত্রিসন্ধ্যা) মতম ৩ অসি চোংথোক্লবা মথংদা অইংবা, অশাব, মুশিং শাক্ত অহুম অসি খোরক্লুনা তত্তনা নোং তারকপদগী পুরুষ ভগবান অসি জলাকার ওইনা ইশিং থুমগ্রে। পুরুষ ভগবানগী অনিংবা মতুংইন্না ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর লাই ৩ অসিনা তিম্নদুনা ইশিংদা লৈবা ভাগী মশক লৌদুনা পোকখি। অদুনা দশঅবতারগী অহানবদা মীন অবতার খোকখিবনি। ভগবানগী মপোক অসি চহি মশিং

থংলনা ওাগী লীলা শারবনি। ইশিংনা থল্লবা ব্রহ্মাণ্ডগী ইথিক মমুংদা পোকপা শিবা নাইরবা ওাগী অশিবা মশা ময়াম অহুবা নপশিন্নহুনা লৈপাক্কী মশক খয়া খয়া ওইরকলে।

অনিশুবা আবত্তার—ওাগী অশিবা মশানা (প্রকৃতি) পৃথ্বি মাতাগী রূপ (মশক) শেমগৎপদা মপুং ফাবা ওমত্রহুনা ইশিংদগী লৈবা য়াবা লৈকংদসু লৈবা য়াবা মওংদা কুর্ম্ম রূপ (থেংগু) ওইনা পোক্কুনা অবতার তৌবিখি। মথংদদি চহি মশিং খংদবা ওাগা থেঙ্গা ভগবান অনিগী অশিবা মশানা লৈপাক ওল্লক্কুনা নাপি খরা খয়া হৌরক্লে। অহুম শুবা অবত্তার—শুকর রূপ (ওক) ওইনা ভগবান্না অবতার তৌবিখি। নারক্তা লৈবা য়াবা জীব অমা ওইনা শেম্বগী অহানবনি। মথংদা চহি মশিং খংদবা অবতার অহুম অসিগী শক্তিনা পৃথ্বি মাতা (প্রকৃতি) ভগবান অসি মপুং ফাবা ওইরক্কুনা উপাল রাপাল চিং তুরেল শা উচেক মীনচিংবা মথল মথল পোকলক্কুনা অবত্তার অতৈদি মীগী মকুংদা পোকখি।

অহুম তৌনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডদা মিংনা উবা ফংলিবা পুন্নমক অসি অনাদি পুরুষ (লেংদবা অয়েপ্পা) ভগবান মশা মত্তোমদগী অনিংবনা পুন্নমক ওইবনি।

অহুমা—"অনাদি" "পুরুষ" "ভগবান" হায়বা মিং অসিগী ওত্ব বিচার :— "রা ওাংদনা" "মীনা ওন্নদবা" "রাথল থনবা লাইজাও"।

. গীতাদা—শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা তাকপিখি। ইত্তাও অর্জুন! ঐতবু নিংলবা, মথৌ পুন্নমক থাদোক্লবা, মীশিং অহুগী থবক পুন্নমক

ঐনা তৌবি। হায়বা পাওতাক অসিগী অচুম্বা হাথল :— বৃন্দাবনদা পোকখিবা কৃষ্ণ, ২স্যুং মহাভারতকী লান্দা য়াওখিবা গীতাগী কৃষ্ণ অচুন্দি মতম অচুগী অর্জুনবু নিংউ হায়খনি। মতম অচুমকত্তু কৃষ্ণবু নিংগদবা নত্তে। লাল তৌনরিব অসি কৃষ্ণ ঐনি। নংগী অনিংবা পুন্নমক থাদোকতুনা, লান্দা নমাই ওনশিন্দুনা, লানবু নিংউ হায়খিবনি।

মতম অচুগী শ্রীকৃষ্ণ অচু "পুরুষ ভগবান্না" মীদগী অথোইবা ওইনা পোকতুনা অবতার তৌখিবনি। মতম মতমগী লোনচংনি। হৌজিক মতমগী লোনচংতা পুরুষ ভগবানগী অচুম্বা শক্তি য়াওবা মীশংবু মহাত্মা হায়না চংনরি।

মহাত্মা গান্ধীজীগী মপোক অসিমক— গীতাগী শ্রীকৃষ্ণগী মপোক ওয়নি। থবক মতৌ অমতনি। মহাভারত লাল তৌনখিবনি লৈপাক মুন্নখিবনি। অচুম অরান অনিগী লালনি। পাণ্ডব শাগৈনা অচুম্বনি। কৌরব শাগৈনা অরানবনি। থবকী অচুম অরান হায়-বসি ভাংনখিবা থবক অরেপ্পা ওইনা শোইদনা তৌবা অচু অচুম্বনি, তৌদবনা অরানবনি। যুধিষ্ঠীর নিংথৌনা ভাংনখিবা থবক পুন্নমক তৌখি। দুর্যোধন নিংথৌনা ভাংনখিবা থবক অমতা তৌখিদে। অদুনা অরানবা দুর্যোধনগী শাগৈ তুম্না মাংখি। শ্রীকৃষ্ণনা পাণ্ডবকী মিচং চংতুনা লাল ওমহনখিবা অসি, নিষ্কাম কর্ম্মগী থবক মতৌ তৌখিবনি। লান্দা খুৎলাই পায়খিদে। অসিনা তাকপা অচুম্বগী-মমক শিবা কিদে। লাল লোয়রগা লৈপাক য়েন্নদে। যুধিষ্ঠীরবু নিংথৌ অভিশেক তৌরম্লগা ময়ুমদা চনখি। অদুনা অচুম্বা নিষ্কাম কর্ম্মনি। শ্রীকৃষ্ণ অসি, অচুম্বা পুরুষ ভগবান শক্তিনি।

মহাত্মা গান্ধীজীনা থাজৈশেংনা শ্রীকৃষ্ণনা তৌখিবা থবক মতৌ তৌখি বৃটিশ গভর্ণমেণ্টনা মরৈপাক লণ্ডন লাম্থোকতুনা, নিংথৌ পান্দুনা লৈজরম্বা ভারতবর্ষবু মুন্দুনা পালম্বা অসি অরানবনি। বৃটিশ গভর্ণমেণ্টসী নিংথৌ অসি, মহাভারতকী দুর্যোধন নিংথৌগুম্বনি। অদুনা মহাত্মা গান্ধীজিনা অচুম্বা পাম্বা ওইবনা, বৃটিশ গভর্ণমেণ্টসী অরানবা রাজনীতি অদু, মতম থরা থাংদুনা লৈরম্বদসী থাংবা তমক্তুনা, গীতাগী শ্রীকৃষ্ণনা দুর্যোধন নিংথৌরেনগী অরানবা রাজনীতি মাংহন্দুনা, অচুম্বা রাজনীতি চৎপা যুধিষ্ঠীরনা মরৈবাক থাদোকতুনা বন চৎতুনা মিরৈপাক্তা লৈরববু নিষ্কাম সেবানা, মরৈপাক ফংহন্দুনা নিংথৌরেল অমুক হন্না ওইহনখি। অসিগুম্না মহাত্মা গান্ধীজীনা দুর্যোধন নিংথৌগী অরানবা রাজনীতিগুম্বা বৃটিশ গভর্ণমেণ্টগী অরানবা রাজনীতি মাংহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগুম্না খুৎলাই পায়দবগুম্না অচুম্বা নিষ্কাম সেবানা ভারত মচাবু স্বরাজ পিবিরম্লগা, মহৈ চাখো হায়রবা রাদনা নোংগাখি।

নিষ্কাম সেবা হায়বসি পুন্নমক্তগী থোয়রেন থোয়বা রাজনীতিনী। মীওইবনা অচুম অরান মশক খংগে হায়বনা নীংলবদী—নীষ্কাম সেবাগী থবক মতৌ তমদুনা হৈরবদী খংবা ঙমগনী।

ইশাগী ওইবা রাখল তৌরুদনা—মী অমম্থং জীবশীংগী মঙ্গলবতা খন্দুনা তৌবা থবক মতৌ অদু নীষ্কাম সেবা মখল অমনী।

অহেনবা পাম্বা থাদোকপা—হায়বদী—চাকম থোকপা শীনবা চাবা, তৌকম থোকপা তৌবা, ঙাংকম থোকপা ঙাংবা, অদুগা মীনা তুংঙাইহোইদবা থবকীমথৈ তৌদবা অসীমম্থু নীষ্কাম সেবা মখল অমনী।

ইশাগী চানিংবা, অপাম্বা, অশাওবা, অঙকপা, অকীবা, অয়াবা হুংশিবা অসিনচিংবা য়াথল ৭ অসি লৈহন্দনা, ইশাগী তৌকম থোকপা থবক অমস্তুং ইতু ইচাশিং শতোপ্পা মী, জীবশিংগী ফননবতা থন্দুনা থবক তৌবা অসিমস্থ নিষ্কাম সেবা মথল অমনি। অসি শিজিন্নববা ওয়বদি মতম পুম্নমক্তা স্থংঙাইবগাক্তা ওইরকনি।

মথক্তা হায়খ্রবা নিষ্কাম সেবাগী মথলশিং অসিদগী হেন্না শিজিন্নরবা সন্ন্যাস যোগীশিংনা চাদ থক্তনা শক্তি মথল মথল কংলবশিং অসি মশাতগী ওইনা লাই নিংদুনা মীওোন্দগী নিচুনা মশা হিংনবা হোৎনরিবশিং অসিনা মী অমস্তুং জীবশিংগী ফননবা থবক অমতা তৌদ্রবদি মথোয় অচু মশাদগী য়েংশ্রবা যোগ মথল অমগী লল্লোনবা হুকানদারগুস্থনি। কর্ম্মযোগী অমস্তুং নিষ্কাম সেবাগী মচুং চন্দে য়ুম্বানবা হেক হৌবদগী মীওইবা থুদিংনা কর্ম্মযোগী অমা ওইননবা তমগদবনি। অচু ওইরবাদ পুনস্নিগী অরোইবদা নিষ্কাম সেবা শিজিন্নবা ঙমগনি

থাইনগী রাজর্ষি জনক নিংথৌ অমস্তুং যুধিষ্ঠীরনচিংবা মথোয় অসি অচূম অয়ান মশক মুন্না থংলবা কর্ম্মযোগী অমনি। নিষ্কাম সেবাস্থ তৌই। মরমদি—লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবনা মী ১স্তুং জীবশিংগী ফননবা থবক তৌই।

অস্থম তৌনা অনাদি ওইবা পুরুষ ভগবান্না (লেংদবা শ্রীহরিনা) জগৎ ব্রহ্মাণ্ড (তাইবংপান) অসি শেমগে নিংবা, অনিংবনা প্রকৃতি ভগবান মশক নাইনা থোরক্লবা "ওঁ" শব্দনা, "ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর" লাই অহুম অসি থোরক্লনা অমম্বা, চিংথৈ হুনবা, অঙানবা (থুমন, মঙাং, লুরাং) ত্রিসন্ধ্যা মতম অহুম) অসি অরেপ্পা ওইনা হৌজিক

কাওবা লেংদনা লৈরি এথংদা মতম অচুম অসিনা মৈ ইশীং মুংশীং ওইবিরুনা, "পুরুষ ভগবান" না আকাশ ( অহাংবা ) ওইবিরগা নোংথাংগা লোয়নবা নোংতাবিরুনা, ( জলাকার ) ইশিংতাক্ত ওইবা কোয়রক কোয়বা মওং অমা ওইবিরগা, লাই অচুম ডা থেঙ্গ শুকর (এক) জীব অচুম অসি ওইনা অবতার তৌবিরুনা পোকপিরগা প্রকৃতি ভগবান পৃথিবী" ( লৈপাকলৈমা ) ইমাইবেমা ওইবিখি।

লৈপাকলৈমা প্রকৃতি ভগবান পৃথিবী অসি নোংথাং য়াওরবা ইশিংনা ওইবিখিবনিন', নোংথাংনা থব্রাই প্রান অমসুং জীব ওইবিরুনা লৈপাক্তা উপাল, রাপল, নাপিশিংনা অমসুং মী, শা, উচেক রায়া, তিল কাংনচিংবা মথল মথলগী জীব পোকই।

লৈপাক্তা হৌরিবা নাপিশিংনা উপালশিং অসি করম তৌনা হৌরিবা অমসুং হিংলিবা হায়বগী মরমদা অচুম্বা খংননবা পান্থৈ—পুরুষ ভগবানগী নোংথাং বিজুলি যাওরবা মুংশিং মুংশা মতাঙগা—প্রকৃতি ভগবাগী বিজলি নেংথাং যাওরবা লৈপাক্তা ( মিলন ) ভিন্নবদা মত্তোমদনা ( নেচরনা ) উপাল রাপল নাপি শিংনা মথল মথল হৌরকই। করম তৌনা হিংলিবা অমসুং যাওরক্লিবা—পান্থীশিংগী মরা মতোন্দা অতকপা ওইবা পুরুষ ভগবান য়াওরি।

প্রকৃতি ভগবানগী মশক লৈপাক্তা অশিনবা, অখাবা, অয়াকপা অথুম্বা, অফকপা, অচম্বা অসিনচিংবা মথল মথলগী রস মহাও মহি, অমসুং মচু অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা, অশংবা, নাপু, হিগোক, মেমানবা অসিনচিংবা মথল মথলগী মচু য়াওরি। অসিদা নত্তনা মীওইবা অমসুং জীবশিংগী হকচাং মশা চাওখৎনবা অমসুং শরু শদোং মহাওগী পোৎচাক, অনাবগী হিদাক লাংথক, হিংনবগী চিঞ্চাক,

নচিংবা মখল মখলগী পোৎ য়াওরি। অদুগা সনা লুপা, কোরি, মিশ্নি, পিথ্রাই, য়োৎ অমিনচিংবা মখল মখলগী থোকফম খোনি লৈ।

উপাল রাপাল, নাপি শিংনাশিংগী মরা মতোন্দা য়াওরিবা পুরুষ ভগবানগী শক্তিনা, প্রকৃতি ভগবানগী মশক ওইবা লৈপাক মমুংদগী লৈখি লৈপাক মপং যাওদবা লৈপাক মহী অখাবা অয়াকপা অমমুং মচু মখল মখল পাম্বিশিং অদুগী ওইফম থোকপা পোৎচাকশিং অদু মরামতোন্না খন্দুনা চিংখৎলগা, পাম্বীগী ময়োল অদু লৈপাক মমুংদগী চোংখৎলকপদা, অহা'বা পুরুষ ভগবানগী মঙান মশেককা লোয়নরবা মুংশিংকা থেংনখদা, পাম্বীশিংগী মশক তোংঙানবা মখল মখল মহৈমরোং অমমুং মনা মশিংগী চিঙ্গাক ওইনা উখ্রে। পূমমক অসি লৈথি যাওদবা শু'দাক্লবা লৈপাক জাৎ অমনি। থো'নিদগী লৈথি য়াওবা কেরোশিন থাওদগী কেরো'শিন অঙোবা অমমুং পেত্রলোং থাও শু'দোকপগুম্বনি।

উপাল, রাপাল, নাপি শিংনানা পোকপা হিংবগী মরম অসি প্রকৃতি ভগবান লৈপাকনা মরী লৈনৈ। মী, শা, উচেক, তিল কাংনচি'বা জীবশিং অসিদি মখোংদা মরা পান্দুনা লৈপাককা শম্নদে। অদুবু মখোয়শিং অসি করম তৌন' পোকপা, হিংবা, শিবা ওইরিবগে?

মী, শা, উচেক, তিল কাংনচিংবা জীবশিং অ'সদি উপাল, রাপল, নাপি শিংনাগুম্না লৈপাকমক্কা শম্নদে। অদুনা লৈপাক্কগী হৌবা, পোকপা নত্তে, হিংনবা চিঙ্গাক মচাক্তি লৈপাক্কগী তাংই।

মীওইবা অমমুং জীবশিংগী মপোক পুনসি অসিদি—"পুরুষ ভগবান্না" ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, শক্তি অসি পুথোক্তুনা জগৎ শেম-

থিবা দশ অবতারগী মমুংদা মী, শা, উচেকনচিংবা জীবশিংগী অবতার থুংশেম যাওগ্রে।

মীওইব অমসুং জীবশিংগী থুংশেম মপোক অসিদি "প্রকৃতি পুরুষ" ভগাবান অনিনা মীওইবা অমসুং জীবশিংগী মশা মমুংদা প্রকৃতিমা জীবাত্মা ওইনা, পুরুষ ভগবান্না—পরমাত্মাগী মশক ওই-বিদুনা আত্মাজ্ঞান শক্তিনা য়া ভাংবগী লৌশিং পিনবি।

মীওইবা অমসুং জীবশিংগী হিংনবা চাওথংলক্লবা চিঞ্জাকী মচাক অসি পাম্বীগী মহৈ মরোং অমসুং মনা মশিং শা, ভানচিংবা চাবা য়াবা চিঞ্জাকশিং অদু মৈদা থোংবা নত্রগা অশংবা ওইনা য়াদা চাশিল্লগা চাকথাওদা তাথি।

মীওইবা অমসুং জীবশিংগী চাক থাওদা লৈপাকনা শেমদোক-খ্রবা লৈথি য়াওত্রবা, মহৈ মরোং মনা মশিং চিঞ্জাক ওইরিবা, লৈপাক মথক অমা হাপ'চল্লগা, উ পাম্বীশিংনা মরানা লৈপাক্কী মহী চিংথত্তুনা মউ, মনা অমসুং মহৈ পানবগুম্না, জীবশিংগী চাকথাওদা (পৃথ্বি তত্ত্ব) লৈপাক ওইদুনা শিংলীনা মরা ওইরগা, চিঞ্জাক ওইনা হাপচিল্লবা লৈপাক্কী মহী চিংখত্তনা ঈ ওই, ঈদগী মহাও, মহাওদগী শদো', অমসুং বীর্য্যনচিংবা পোংচাক পুম্নমক লৈপাক্না ওইবান। অদুনা মী, শা, উচেক, তিল কানে-চিংবা অমসুং উপাল, রাপল নাপি শিংনানচিংবা পোকপা শিবা নাইরিবা পুম্নমক অসি—"প্রকৃত" (পৃথ্বি মাতা) লৈপাকনা ওইবগাক্কনি।

"পুরুষ ভগবান্না" জীবশিংগী থমুংদা মুংশিং ওইনা নাতোম্না চংথোক চংশিন তৌদুনা, থর হোজোক হোঞ্জিন তৌবনা থড়ী চাশিং

থম থাইদুনা মিহুন্না ঈচেন ওইনা হঙ্গং হন্দা চেনবনা জীবশিংনা লেংবা চৎপা থমই। অদুনা "পুরুষ ভগবান্না" জীবশিংগী থম্মুংদা স্বর ওইনা চংখোক চংশিন তৌদুনা হিংহল্লি। "প্রকৃতি ভগবান্না" জীবশিংগী থম্মুংদা লৈপাক্লা ওইবা চিঙ্গাক্লা য়াদা চংশিন্দুনা মশাগী পোৎচাক পুন্নমক ওইবিরি।

জগৎ ব্রহ্মাণ্ড (ভাইবংপাল) অসিগী মন্নুংদা মিৎনা উবা ফংলিবা ফংদবা, পোকপা শিবা নাইরিবা পুন্নমক অসি—"প্রকৃতি পুরুষ" ভগবান আনিনা ওইবনি। অনি অসি থাদোক্লবা য়াদে—অনিগী মন্নক্তা অমা থাংলবদি শিগনি। জীবশিং অসি স্বর হোন্দোক হোঙ্গিন লম্বী ফুল্লবদি শিগনি। চিঙ্গক থাংলদুনা চাবা ফংদ্রসন্নু শিগনি।

ভগবান অনি অসি—জীবশিংগী থম্মুংদা লম্বী তোঙান তোঙাল্লি। "পুরুষ ভগবানগী" লম্বী নাভোন্দনি, দেবজ্ঞান লম্বীনি। "প্রকৃতি ভগবানগী" লম্বী য়াদনি, পিতৃজ্ঞান লাম্বীনি।

"পুরুষ ভগবানগী" লম্বীনা অচূম্বনি। "প্রকৃতি ভগবানগী" লম্বীনা অরানবনি।

মীওইবশিং অদুনা অরানবা প্রকৃতি ভগবানগী লম্বী থাদা স্বর হোন্দনা—অচুম্বা "পুরুষ ভগবানগী" লম্বীদা নাভোন অনিমক্তা অহিং মুংখিল মতম পুন্নমক্ত হোল্লবদি, তত্ত্বনা মুংঙাইবা ফংগনি। অনাবনা হকচাং মাংহনবা থমলোয়।

## ২বা শরুক

# "জীবাত্মা পরমাত্মা"

## "অচুম অরান"

"অনাদি পুরুষ ভগবান্না" ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, লাই অহুম অসি পুথোক্লুনা, ত্রিসন্ধ্যা অহিং চিংখৈ হুনবা, হুংথিল. মতম অহুম অসি শেমলে। মথংদা—প্রকৃতি ভগবান ( পৃথ্বি মাতা—লৈপাক লৈমা ) শেমগংলে। মথংদা অমুক "প্রকৃতি—পুরুষ" ভগবান অনিনা তিন্নহুন', প্রকৃতি ভগবান লৈপাক লৈমনা, উপাল, রাপল, মহৈ মরোং মনা মশিংনা চিন্নাক ওইখিরগা', মীওইবগী হকচাং অমসুং জীবশিংগী মশা ওইবিরি. অহুগা পুরুষ ভগবান্না মঙাল মশেক মৈশা পিবিহুনা স্বর হোন্দোক হাঞ্জিন তৌবিরি। অহুবু "প্রকৃতি—পুরুষ" অনিগী খুৎশেমগী শক্তিনা মীওইবা অমসুং জীবশিং অহু চৎপা ওমদবা রাখল য়াওদবা অঙাংগুম্না লৈরে অচুম্বা ওইহনবা ওমজ্রে।

অসুম তৌনা—মীওইবা অমসুং জীবশিংগী হিংনবগী শরুক অসি মপালগী "প্রকৃতি পুরুষ ভগবান অনিনা পুনসি চুপ্পা তত্তনা হোৎনবিরি।

"অনাদি পুরুষ ভগবান" গী অনিংবদগী মীওইবা অমসুং জীবশিংগী মশাগী থম্মুংদা "জীবাত্মা—পরমাত্মা" হাপ্পবা পুরুষ ভগবানগী শক্তি অনি য়াওনা পোল্লকই।

জীবাত্মানা মীওইবগী ইশিংথোংগা শোঞ্জথোংগী কারক মুলাধার চক্রদা ( কামগী ভেঙ্গোৎ মম্মুংদা ) লৈ। পরমাত্মানা সহস্রদলদা

( কোক্কী থোপ মনুংদা ) লৈ। "পরমাত্মা" হায়বা অসি, "পুরুষ ভগবানগী" শক্তি আত্মজ্ঞান বিজ্ঞাননি। অচুনা অচুম্বনি। "জীবাত্মা" হায়বা অসি, "প্রকৃতি ভগবানগী" শক্তি জ্ঞাননি। অচুনা অয়ানবনি।

অসিগুম্বা আত্মজ্ঞান অসি মীওইবশিংদতা লৈগনি। শা, চা, উচেক বায়া তিল কাংমচি বা জীবশিং অসিদি অচৌবা অপিকপা নাইনা চুম্না হি নংগী জ্ঞান ফাওবদা লৈগনি, লৈতবস্তু য়াওগনি।

আত্মজ্ঞান—( ঐ মশক খ নবা লৌশিং )। অসিগুম্বা তত্ত্বজ্ঞান ( অচুম্বা রাখল ) খংগে ১সুং ফংগে নিংলবদি হকচাং মনুংগী থৌরম ( শরীর তত্ত্ব ) চাওবাকপা খরা খংদবা য়াদে।

হকচাং মনু' যাংলেন শরু লুজাও মপাদা কোক্কুগী কমখোং ফাওবদা ফুজাগী যোংস্বী মখো, অহুম লৈবগুম্না শিংলী অহুম-খক লৈ। খোয়দৌদগী খুংয়েং থংবা নাকললোমদা খুদোল অনিগী মনুংদা ( ইড়া নাড়ি ) শিংলী অমা লৈ। ডাক্তরগী এনাতোমিক মতুং ইমা শিংলী অসিগী মমিং ভেন কৌই। শিংলী অসিগী মচু (কৃষ্ণবর্ণ) অমুবনি। শিংলী অসিগী মথৌদি হকচাংগী ঈ চলায়রিবা শিংলীগী মনুংদা ফলক্কুবমখৈ ইড়া শিংলী অসিনা চুপ্পনা লৌশিল্লগা লাংস হায়বা স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন তৌরিবা মকম অহুদা থাজিন্দুনা ঈ শেংহল্লগা হার্টতা ( ঈ থাওদা ) থাজিল্লি।

খোয়দৌদগী খুং ওই থংবা নাকললোমদা খুদোল অনিগী মনুংদা ( পীঙ্গলা নাড়ি ) শিংলী অমা লৈ। ডাক্তরগী এনাতোমিক মতুং ইমা শিংলী অসিগী মমিং আর্টরি কৌই। শিংলী অসিগী মচু অঙাংবনি।

পীঙ্গালা শিংলী অসিগী মথৌদ—থম্মোয় ( হৃৎপিণ্ড ) ( হার্ট ) দা থাওদগী ঈ অহু হকচাংগী মকম পুম্নমক্তা চেলহন্নবা পীঙ্গালা নাড়ি ( আর্টরি ) শিংলীদা থাজিল্লক্কুনা শিংলী অসিনা হকচাংগী থোং খুৎ-নচিংবা মফম পুম্নমক্তা ঈচেন ওইনা মিহুন হল্লি।

য়াংলেন সরু লুজাও ময়াদা সরুনা কোয়শিনবা ওইনা যুসুম্না নাড়ি ( নার্ভস ) শিংলী অসি কমথোংগী কামগী তেঙ্গোৎতগী হৌনা কোক্কী থোপ ফাওবা শম্ননা লৈ। শিংলী অসি হকচাংগী মরমদা য়াম্না অরুবনি যুসুম্না শিংলী অসিগী মথৌদি মীওইবনা জ্ঞান ( অথংবা ) লৈবা-লৈতবা হায়না খংনরিবা অসিমক শিংলী অসিগী মথৌনি। অত্তাওবা ১সুং নারগা স্নান মাংথিহনা চোয়-য়োন লোনবনচিংবা মথলগী লাইনা তৌরিবশিং অসি শিংলী অসিদা বেরা তৌরবনি। মীওইবগী মরু ওইনা অরাবা মুংঙাইবা, মুংঙাইতবা, পুনসিবা, থুনা শিবা, অপংবা, অশিংবা, নোরোক ভাবা, সর্গ কাবা আত্মজ্ঞান ফংবা. ঈশ্বর ফংবা অসিনচিংবা পুম্নমক অসি যুসুম্না শিংলীগী মগুন্না ঙাক্কুনি।

ইড়া, পীঙ্গলা যুসুম্না, শিংলী অহুম অসিনা হকচাং পুম্নমক্কী ঈ ফগৎহনবা অমসুং মাংহন্দুনা শিহনবগী মথৌ তৌই।

অরুবা শিংলী অহুম অসিগা মরী থাংনবা হকচাংগী মসুংদা পুম্নমক্কগী হেন্না অরুবা হায়বসি। চাকখাও, থিবোংখাও, খিম্নিন, অহুম অসিনি। অহুম অসিদগী অমুক হেন্না অরুবা চাকখাওনি।

চাকখাও ফৎত্রবদি, থিবোংখাও ফরোই, খিম্নিন ফরোই. থোং নিংথিনা হাপ্না য়ারোই।

মথংদা—চাকখাওদগী ফীরাকলোমদা (লিভর) ঈ মপুং ফানা চংদহুনা থম্মোয় (হার্ট) মপাঙ্গল শোনবদগী অরুবা ইড়া, পীঙ্গলা, মুসুম্না শিংলী অছুম অসিগী ঈচেন (মিছুন) শোম্বরকতুনা শিংলী শোনবা লাইনা ভাহুনা মখল মখলগী লাইনানা য়াম্না থুনা শিগনি।

মরম অতুনা—চাকখাওদা চিঞ্জাক শিজিন্নবা হৈবনা—হকচাং শাজেল অচুম্বনি। হৈত্তবনা—হকচাং শাজেন—অরানবনি।

চাকখাও ফহ্নগে হায়রবদি—চাক চাবা হায়বসি, পুমসি চুপ্পা হাওবা, হাওনা চাগদবনি। হায়বদি—চাকচা থুদিংদা হাওরিভৈদা তোকউ। অদু ওইরবদি অয়ুক চাবদা হাওরিভৈদা তোক্রবদি, নুমিদাং চাবা হৌবদগী অছুম হাওগনি, হাওরিভৈদা তোকপা হায়বা অসি চাকখাও হাংহনবনি। অসি ওইরবদি চাকখাওগী মথৌ নিংথিনা তৌবা ওমই।

অয়ুক নুমিদাং তত্তনা চাবা হাওরকত্রবা ফাওবা থন্না থন্না চাশিল্লবদি মত্তম থরা লৈরগা চাবা ইয়া য়ারকত্রহুনা এমসাং অহাওবা থিরকলে, মতাং অতুন্নাইদা চাকখাওনা মথৌ তৌবা ঙম্লক-ত্রহুনা মখল মখলগী লাইনা নারকনি।

ইড়া পীঙ্গলা, মুসুম্না শিংলী অছুম অসিগী মনুংদা মুসুম্না শিংলী অসিনা অথোইবনি।

মুসুম্না শিংলীগী মনুংদা দেবজান লম্বী লৈ। শিংলী অসিগী মনুংদা লাইশিংগী লৈফম ষটচক্র দল ৬ সহস্রদলগা লোয়ননা ৭ থক লৈ।

মুসুম্না শিংলীগী মনুংদা লৈবা ষটচক্র ৬ কা সহস্রদলগা দল ৭ কী মফম ১মুং মখিং। ১। মূলাধার চক্র (খাথোং)

২। স্বাধিস্থান চক্র ( লাইখোং ) ৩। মনিপুরক চক্র ( মরোংখোং )
৪। অনাহত চক্র ( হৃয়িংখোং ) ৫। বিশুদ্ধ চক্র ( হৈয়াইখোং )
৬। আজ্ঞা চক্র ( নোংদম খোং ) ৭। সহস্রদল। ( স্বরাবুং )

১। মূলাধার চক্র, দল অসি ইশিং খোংগা শেংজখোংগা অনিগী কারক কামগী তেঙ্গোংতা লৈ। মফম অসিদা জীবাত্মা ( ব্রহ্ম বীর্য্য ) লৈ।

২। স্বাধিস্থান চক্র, দল অসি কমখোং মথক্কী ইশিংখাও মপাদা লৈ। মফম অসিদা বরুন দেব ইশিং নিংথৌ লৈ।

৩। মণিপুরক চক্র, দল অসি খোযদৌ মপাগী সুষুম্না শিংলীদা ( ত্রিকোণা ) চিথেক অহুম কোযশিন্না লৈ মফম অসিদা ( জঠরাগ্নী অগ্নিদেব মৈ কৌবা লাই লৈ।

৪। অনাহত চক্র, দল অসি থক্তিন মথক্কী থম্মোয় মপাদা লৈ। মফম অসিদা পবন দেব নুংশিৎ নিংথৌ লৈ।

৫। বিশুদ্ধ চক্র, দল অসি খোরী অকুৎপা মপাদা লৈ। মফম অসিদা চন্দ্রদেব থা কৌবা লাই লৈ।

৬। আজ্ঞা চক্র, দল অসি পিশুম অনিগী কারক মথক্তা লৈ। মফম অসি তপলোকনি, রুদ্রদেব মহাদেবনা থোংশংভি, জীবাত্মাগী লাইনিংফমনি।

৭। সহস্রদল, চক্র অসি কোক্কী থোপ মমুংদনি, মনা লিশিং অমা পাল্লি। মফম অসি বৈকুণ্ঠ ধামনি। পরমাত্মা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ লৈ।

অমুম তৌনা চক্র ৭ লৈরিবা, মরোল কুয়োম ও শুবা সুষুম্না শিংলীগী মমুংদা, মূলাধার চক্রদগী সহস্রদল ফাওব ইশাং শান্না

থম্মৌ থুদেকপদা লৈবা, লাংলাগুম্না কুপ্পা মৃনালী কৌবা দেবজ্ঞান লম্বী লংহু অমা লৈ।

সহস্ত্রদলগী মনুংদা লেংদনা লৈরিবা, পরমাত্মা ভগবানগী অমৃত রস অদু, মৃনালী লংহী অসিদা অতৎপা লৈত্তনা শিঙ্গরক্কুনা মূলাধার চক্রদা লৈবা জীবাত্মাগী কামগী তেঙ্গোংতা ব্রহ্মবীর্য্য ওইনা তুংবিরে।

থোপ মনুংদা লৈবা "রসামৃত" অসি, পরমাত্মা ভগবানগী অচুম্বা বীর্য্যনি।

মূলাধার চক্র কামগী তঙ্গোংতা লৈবা "ব্রহ্মবীর্য্য" অসি, জীবাত্মা ভগবানগী - অরানবা বীর্য্যনি।

মীওইবশিং করাগুম্বনা পুনসিগী অরোইবদা, সচ্চিদানন্দ ফংগে নিংলবদি—জীবাত্মা ভগবানগী অরানবা ব্রহ্মবীর্য্য অসি, ব্রহ্মচার্য্য" পালন" নিংথিনা তৌহুনা অরেপ্পা অচুম্বা ব্রহ্মবীর্য ওইহল্লগা "ঊর্দ্ধ রেত" ওইহুনা কোক্কী থোপ মনুংদা লৈবা পরম আত্মাগী 'রসামৃত" বীর্য্যদা (মিলন) ত্তিন্নশিল্লবদ সচ্চিদানন্দ ফংগনি

ঊর্দ্ধরেত্তা—ব্রহ্মচার্য্য পালন নিংথিনা তৌহুনা—হায়বদি—য়ুম্বাল্লোন শিজিন্নরুদনা ফম্বী নিংথিনা য়োক্কুনা কামগী তেঙ্গোংতা তুংলিবা ফম্বী অদু মৃনালী লংহীদা, পোপকী মনুংদা শিজিন্নবা সাধনাগী বিজ্ঞান শক্তিনা ফম্বী অদু থোপ্তা পুখৎপবু ঊর্দ্ধরেতা কৌই। অসি ওম্নবা মীওইবশিং অত্তুদি অরেপ্পা ওইনা (সচ্চিদানন্দ) তত্তুনা জুংঙাইবা ফংলবনি। থবক মত্তৌ অসি, মোক্ষপদবি (অরান খুবম) য় নবগী যোগমার্গনি।

পোকংদগী যুম পান্দনা নহা ওইরিবৈদগী গুরু অমগী মতুং ইল্লুনা (সন্ন্যাসী) লম্বোইগ্রবা যোগীঋষিশিংনা, জ্ঞান যোগ, রাজ যোগ, সাংখ্য যোগ, হঠযোগ আসনচিংবা যোগ মখল মখল শিজিন্নবশিংগী অথৌনি।

উর্দ্ধ রেতাগী যোগমার্গ অসি, কর্ম্মযোগী ওইনিংবা য়ুম্বানবা মীওইবশিংগীদি মথৌ নত্তে, চুনদে।

য়ুম্বানবা কর্ম্মযোগীশিংগীদি—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ইবুংগোনা পুথোক্লম্বা "সুরতযোগ" মার্গনা শৃঙ্গাররস ফংদুনা, সচ্চিদানন্দ ফংগী থবক মতৌ অসিনা অরেপ্পা অচুম্বা ওইবা চুনবনি।

শৃঙ্গাররস—"সুরত যোগ" হায়বা যোগমার্গ অসি, করিগুম্বা ভগবান অমগী নাম (মমিং) শোনবা মতমদা, ইশৈ শকপগুম্না সা, রি, গ, ম, প, ধ, নি, হায়না লাওথংপদা, উচ্চগ্রামগী অরোইবা নি, শব্দগী মকম অদুদা, শোনগদব নাম অদু অতংশা লৈতনা য়াম্না থুনা থুনা লাওথংনা শোনগদবনি

নাম শোনবা মখল অহুম গুই মদুদি - বাচিক, উপাংশু, মানসিক, অহুম অসিনি বাচিক—মথক্কী ইশৈ শকপগুম্না শোনবা নাম মশোন অসিনি।

উপাংশু—বাচিক নাম মশোন কায়দনা থন্নুংদা লাংথংপগা লোয়ননা, খোন খোক্তনা লৈথতুনা নামমালা লিক চংকদবনি।

মানসিক—উপাংশুগী নাম মশোন কায়দনা লৈ থংপা তোক্তুনা, পূক্নিংনা (ভাবনা) কোক্কী মনুংদা লাওথংতুনা নাম শোনগদবনি। মানসিক নাম অসি শোনবা মতমদা লৈ মতোন অসি য়াথক য়াথাগী য়াতোন অনিদা নপশিন্দুনা থমগনি। মানসিক নামশোন অসি

হৈনহনা চু শিল্লবদি. নামমালা লিকচৎপা. তে কুনা খোয়াদা কণ্ঠমাপা শেইনা শিরগদবনি। চংপা কপ্পা, চাবা. তুম্বনাচিংবা মতম পুম্মক্কা "অহোরাত্র" ওইন মানসিক নাম শোল্লবা ওইবনা লিকচৎপা ভোক-লগবদনি।

মানসিক নাম মশোন অসি— এমঃ এঃ গুম্বা থাকনি। উপানস্থ নাম মশোন অসি—বিঃ এঃ গুম্বা থাকনি বাচিক নাম মশোন অসি—মেত্রিক গুম্বা থাকনি।

"শৃঙ্গাররস" হায়বা তত্ত্ব অসি য়াম্না অকবনি। মানসিক নামশোন পাশ তৌদুনা চুশিল্লবাশিংনা. অতৎপা লৈতনা মানসিক নামশোনগা লোয়নন. (ত্রিভঙ্গ) শাথেক অহুমগী ফিজুপন্তা হাযবদি চনিং নমথতুনা কংগোক্লগা, লংবান অনি নমথতুনা পুক্তা স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন তৌদনা. স্বর বন্ধন, মুল বন্ধন, উড্ডিয়ান বন্ধন, জালন্ধর বন্ধন. অহুম অসিগী ফিজুপপু শাথেক অহুম কৌই। (অথংবা অহৈবদা তৎগদবনি, ইরিবা অসি নৈননা হৈবা য়ারোই)

শাথেক অহুম অসিগা লোয়ননা, মানসিক নাম শোনবদা পিংশুম অন শুপচিল্লক্লগা সাত্ত্বিক বিকারগা লোয়ননা, প্রেমবিকার ফাওবক্লগা মতাং অদুদা, জীবাত্মা স্বরূপ "ব্রহ্মবীর্য্য" তৃ কামগী তেংগৎতগী, সুরত যোগগী থু উংবক্লম্বা নামশোনগী যোগ শক্তিনা জং জং শারক্লগা পিংশুম অনিগী মরক্তা পুনশিল্লগা মুক থোপকী মন্নুংদা জং জং কাপশিনথিবনি অসিবু শৃঙ্গার রস কৌই।

শৃঙ্গাররস অসিগী সচ্চিদানন্দ রূপ, মুংঙাইবা মওং অসি য়ুম্বা-ল্লোলগা মান্নবা মরমদগী শৃঙ্গাররস কৌবনি।

মীওইবগী য়ুম্বাল্লোনগী "ব্রহ্মবীর্য্য" হায়বা অসি চৎথোকখিবদুদু মুংঙাইহৌবা, চংথিবা মফমদসু মুংঙাইবা ওইবা অঙকপা পোৎচাকনি।

সুরত যোগগী "শৃঙ্গার রস" হায়বা অসিগী মুংঙাইবা মঙাং অসি—য়ুম্বাল্লোন্দগী শরুক অনি মুংঙাইবনি। মরমদি—মফম হোংবগী মুংঙাইবনে, চংশিনখিবগী মুংঙাইবনে, অনি পুনবা মরম্না তু চুনো অঙকপা ফংনা মুংঙাইবনি।

জ্ঞান যোগ, রাজযোগ, অসিনচিংবা যোগমার্গ মখল মখল শিজিন্নরিবা সন্ন্যাস ১সুং যোগীশিংগী "ঊর্দ্ধরেতা" হায়বা অসিদি—জীবাত্মাগী ব্রহ্মবীর্য্য অতু থোপতা লৈবা পরমাত্মাগা মফমদা মচিং মচিং পুথংপনি। অদুনা চুম্না মুংঙাইবতনি। মশানা তাবা ওইনা "ঊর্দ্ধরেতা" দগী "শৃঙ্গার রস" না মুংঙাইবা য়াম্না হেল্লি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা নবদ্বীপতা, রাগানুগা ভক্তিগী ভজন শরণী ভাব "রাধা কৃষ্ণ" ইবুংঙো ইবেমা অনিগী মিলনগী শৃঙ্গার রস ফংবা হায়না পুথোকপিরমই।

রাগানুগা ভক্তিগী ভজন শরণী ভাব অসি মীওইবগী জীবাত্মাবু মূগী অমগী শরণী ভাব ওইনা, শ্রীমতী রাধানি হায়না কল্পনা তৌদুনা নিংবনি।

পরমাত্মাবু নিপা অমগী শরণী ভাব ওইনা শ্রীকৃষ্ণনি হায়না কল্পনা তৌদুনা নিংবনি।

অসিনা মরম ওইদুনা মৈনপদবা তত্ত্ব বিচার:— যোগ মার্গগী "ঊর্দ্ধরেতা" সাধন শিজিন্নবা কাংবুশিং অসি নিরাকার "পুরুষ ভগবান্দা" তিনগবা নিরাকার ভজন চৎপা কাংবুনি। মথোয় অসি

অমুক হয়া মীওইনা পোক্লরোইদৌবা ব্রহ্মনির্ব্বান ওইহ্নুনা লরাই লেমকুদা প্রান চৎহন্দুনা (মোক্ষপদবি) অরান খুবম ভানব্রবা কাংবুনি। মখোয়সী মশা অহু থমুংসী ব্রহ্মতেজগী মৈনা চাকখ্রবনি। অহুনা পোংলোয়রবা য়াদ্রে, লৈপাক্তা ফুমগদবনি। সাধনা অসি— অচুম্বনি।

রাগানুগা ভক্তিগী—"শৃঙ্গার রস" সাধন অসি শিক্তিরবা কাংবুশিং অসি (সাকার ভজন) শ্রীমূর্ত্তি নিংবা জীবাত্মাবু রাধা ভাব লৌহ্নুনা পরমাত্মাবু শ্রীকৃষ্ণগী ভাব তৌহ্নুনা ইবুংঙো ইবেমা অনিগী মিলন ওইনা নিংবা কাংবুনি। মখোয় অসি অমুক হয়া মীওইনা পোক্লদবা কাংবুনি। মরমদি—মশাগী "জীবাত্মা পরমাত্মা" ভগবান অনিবু শিরমদায়দা, থম্নুংদা মীগী মশক শ্রীমূর্ত্তি অনি লোয়নখিবা, অরেপ্পা ওইনা মী ওইনা পোক্লদবনি। অদুগা শিরমদায়দা করিগুম্বা সাধনা অমতা তৌদবা কাংবুশিং অসিদি—লাইবক ফবা কনাগুম্বনা মীওইনা পোক্লনি। লাইবক ফত্তবা কনাগুম্বনা শা, মন, চুই হৌদোংনচিবা মীগা লৈমিন্নবা জীবশিংদা শিখিবগী অাত্মা অহু ইপং পংনা জ্ঞান চঙমনা চৎখ্রবনিনা শা মন ওইনা পোকখিবা য়াই।

রাগানুগা ভক্তিগী "শৃঙ্গাররস"—সাধন অসি অরানববু অচুম্বা ওইনা নিংবনি। অচুম অরান অনিমক লোয়ননা পোক্লদবনি। অদুবু জ্ঞান-বিজ্ঞান যোগ শিজিন্নরবদি, অচুম্বগাক্ত ওইরকই। অদুনা "জীবাত্মা" হায়বা অসি—যোগ মায়া লোয়নরবা—অরানবনি।

"পরমাত্মা" হায়বা অসি—অচুম্বনি।

---

## ৩ বা শরুক

# "ব্রহ্ম—পরংব্রহ্ম"

## "অচুম—অরান"

"অনাদি পুরুষ" ভগবান্না, মীওইবা অমসুং জীবশিং ওইনা অবতার তৌদুনা, শকলোন ৩ পুথোক্লগা সংসার ড্রামা হোলদা, নরলীলা অমসুং জীবশিংগী মখল মখল লীলা শান্নরি।

অহানবা শকলোন—"অনাদি পুরুষ" ভগবান্না "প্রকৃতি পুরুষ" হায়বা শক্তি অনি অসি ওইবিদুনা, "প্রকৃতি ভগবান" পৃথ্বি মাতানা, উপাল, বাপাল মহৈ মরোং এনসাং নাপি মনা মশিংগী চিঞ্জাক ওইবিরি।

"পুরুষ ভগবান্না" মীওইবা অমসুং জীবশিংগী স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন, চিঞ্জাক ওইবিদুনা হিংহল্লি।

অনিশুবা শকলোন—"অনাদি পুরুষ" ভগবান্না 'জীবাত্মা—পরমাত্মা" হায়বা শক্তি অনি অসি অমুক ওইবিদুনা, মীওইবা অমসুং জীবশিংগী থম্মুংদা, জীবাত্মানা (মুলাধার) কাম্পী শেঙ্গোংবা অমসুং পরমাত্মানা কোক্তা থোপ মদুদা লৈবিদুনা (জ্ঞান) লৌশিং পিনবিরি।

৩ বা শকলোন—"অনাদি পুরুষ" ভগবান্না 'ব্রহ্ম—পরংব্রহ্ম" হায়বা শক্তি অনি অসি, ৩বা শকলোন ওইবিদুনা মীওইবা অমসুং জীবশিংগী থম্মুংদা "ব্রহ্মতেজ" থরাই ওইনা হিংহল্লি।

"অনাদি পুরুষ" ভগবান্না জগৎ ব্রহ্মাণ্ড শেমগৎলকপগী অহৌবদা পুথোকপিখিবা "ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর লাই ৩ না অময়বা চিংথৈ হুনবা, অঙানবা হায়না মতম অহুম অসি থোকখি। লাই অহুম

অদি অয়ানবনি। অরেপ্পা অচুম্বা নত্তে। মরমদি—মতম অহুম অসি অমুক মাংবা, অমম্বুং ঊদবা, অমুক ফোংবা অমম্বুং উরকপা অসিমক পোকপা শিবগুম্বনি।

অহানবগী শকলোন—"প্রকৃতি পুরুষ" ভগবান অনি অসিম্বু—অয়ানবনি। অরেপ্পা অচুম্বা নত্তে। মরমদি—অয়ানবা ওইবা, পোকপা শিবা নাইরিবা মীওইবা ১মুং জীবশিংগী মশা অসি, ভগবান অনি অসিনা ওইখিরি অমম্বু হিংহল্লি।

২রা শকলোন "জীবাত্ম—পরমাত্ম" ভগবান অনি অসিম্বু—অয়ানবনি। অরেপ্পা অচুম্বা নত্তে। মরমদি—অয়ানবা ওইবা, কামগা মরী থানবা অরাবা মুংডাইবা খংহনবগী আত্মাজ্ঞান অসি, মীওইবা ১মুং জীবশিংদা ভগবান অনি অসিনা পিবিরি।

৩রা শকলোন—"ব্রহ্ম পরংব্রহ্ম" ভগবান অনি অসিদি—পুনশিল্লগা অরেপ্পা অচম্বনি। মরমদি ভগবান অনি অসিনা মীওইবা ১মুং জীবশিংগী ১মুংদা "ব্রহ্মতেজ" (থৱাই) অশাবা মঙান ওইবিরি।

"ব্রহ্মতেজ" হায়ব অসি—অরেপ্পা অচুম্বা ওইবা "অনাদি পুরুষ ভগবানগী শক্তিনি। (নেচারনি) জীবশিংগী থমুংদা লৈবা অসি—ইমুং মমুংদা অশাবগা লোয়নবা মুংশাগী মঙান চংদুনা লৈবগুম্বনি। মুংশাগী মঙান অদু লৈথোকখিবা মতমদা মাংখ্রে, ইমূং অতুগী পোং অমতগা মরী থাংনদে। অসিগুম্না ব্রহ্মতেজগী মৈশা লৈরিবমখৈ হিংগনি, লৈত্রগা শিগনি।

ব্রহ্মতেজগী মৈশা মঙান হায়বা অসি—ইলেক্ট্রিক নোংথাং য়াওবনি। ব্রহ্মতেজনা মীওইবা ১মুং জীবশিংগী থমুংদা মৈশা মঙান নত্তনা মিহুনগী ইচেন চেলহল্লি। নোংথাং কুপ্পগুম্না য়াম্না থুনা থুনা হক্সং হন্দা চেল্লি।

পুরুষ ভগবান ব্রহ্মতেজ অমিনা মীওইবা ১সুং জীবশিংনচিংবা মিৎনা উরিবা মশক নাইবা পোৎ খুদিংদা য়াওদবা লৈতে। নোং ম্যাব। মতমদা নোং খাকপদা বজ্র তাবা হায়বা অতুসু নোংথক্তা চেল্লিবা ব্রহ্মতেজ নোংথাংগা, প্রকৃতি ভগবান লৈপাক্কী ব্রহ্মতেজ নোংথাগা অনিগী (মিলন) তিন্নবদগী মী ১সুং জীবশিংগী মশাদা য়াওরিবা ব্রহ্মতেজ নোংথাংনা পারাগ রাংপদগী তিন্নশিনখিচুনা শিবনি। অচুনা মতম অয়াম্বদা নোং থাকপা চুবা মতমদা উ অরাংবা মখোংদা লৈবা কত্তে। মরমদি—লৈপাক্কী নোংথাং অচু শগী মত্তোন অরাংবদা লৈগল্লি। অতুনা থক্কী নোংথাংগা নকনখিবদগী শন্নখিচুনা বজ্র তাগল্লি।

ইশিংদা লাইনা লৌচুনা শিবা হায়বা অসিসু ইশিং মমুংদা নোংথাং মপং চেনবা থেংনচুনা শিবনি।

ইশিংদগী লৌবা, হায়ড্রো ইলেক্ট্রিক নোংথাংগী থাংমৈ পায়-রুরগা মী শিরিবা অসিসু লৈকংদা লাইনা লৌবনি, ইশিংদা তাচুনা শিবগুম্বান।

পুরুষ ভগবানগী ব্রহ্মতেজ ইলেক্ট্রিক নোংথাং আসদি জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী চাওখৎলবা মীওইবশিংনা ফাচুনা ১সুং শেমচুনা অওকপা ওইবা ইঞ্জিন ১সুং রা তাংনবনচিংবা থৌরম শিজিন্নরি।

ভগবানগী খুংশেমদসু ব্রহ্মতেজ নোংথাং চদবা য়াওদে। মথক্তা তা বথবা উ, রা নাপিশিংনা, হৈপালনচিংবা অমসুং লৈ অতাংবা, অশংবা, নাপুনচিংবা পুম্নমক অসি ব্রহ্মতেজগী মতাল মশেক কংত্রবদি,

উপাল হৈপালশিং অসি মপাল শাহুনা মহৈ য়াম্লোই অহুগা লৈ পাম্বীশি অঙাংবা অশংবনচিংবা মচুশিং অসিস্থ ব্রহ্মতেজগী মঙাল মশেক য়াঙত্রবদি মচু ফোংদোকপা ঙমলোই।

অসিগুম্নবা লেংদ্রবা, মশক নাইদবা ( নিরাকার ) হোংবা নাইদ্রবা অরেপ্পা ( স্থিতপ্রগ্য ) ওইবা "অনাদি পুরুষ" ভগবানগী ব্রহ্মতেজ শক্তিনা—অরেপ্পা অনিংবনা, অতৎপা লৈতনা, পোৎথাদনা, অরা অনা লৈতনা মীচং মীথায় নাইদনা, সুংশিবা সুংশিদবা, শাওবা শাওদবা য়াওদনা, অরানবগা মরী থাংনদনা অচুম্বগাক্ত ওইবা ভগবান মশা মতোনদনা, থবকস্থ অমতা তৌদনা, জগৎ ব্রহ্মাণ্ডদা উবা ফংলিবা, ফংদবা অচৎ চত্ত লেংলি পাল্লিবা, মীওইবা ১স্থং জীবশিংনচিংবা পোৎ পুম্নমকপু অরেপ্পা ওইনা হি হল্লি, শিত'ল্ল, মাংহল্লি, য়োকথংলি। অহুবু ভগবান্দি মথক্তা থবক অমতা তৌদবা ওইনা তাকপ্রে। মীওইবা ১স্থং জীবশিংদা ভগবান্না অচুম্বা অরানবা ওইবা পোৎচাক অনিদং পিবিরি। অতুনা মানা মানা .গীবা থবক্কী মতুং ইন্না অচুম্বা তৌরিবমথৈ সুংঙাইনা মতম কুইনা হিংগনি। অরানবা তৌরিবমথৈ অরাবগা লোয়ননা অমাংবগাক্ত ওইদুনা থুনা শিগনি। অতুনা ভগবান্দি মীওইবা জীবশিংগী থবক্কা মরী অমতা থাংনদে মশাদা লৈনিংহুনা লৈজরিবমথৈ ব্রহ্মতেজ মঙান চংবিবনি। লৈনিংদহুনা মশানা অরানবা শাক্তং লিচৎ চৎলুবদগী অমাংবা ওইরবতদা থাংমৈ মুৎপগুম্না মুৎথহুনা শিবনি।

মীওইবশিংনা মতম থরা কুইনা পুনসিহুনা, সুংঙাইবা ওইনা মীওইবা ১স্থং জীবশিংগী নিষ্কাম সেবা তৌহুনা লৈপাক্কী সেবা

তৌগে নিংলবদি, মথক্তা তাকপ্রবা "অনাদি পুরুষ" ভগবানগী শাজৎ লিচৎ, থবক মতৌ, অনিংবদা অরেপ্পা লৈবা অসিনচিংবা রাহৈ পরেং পুম্নমক, হন্না হন্না পাদুনা অরেপ্পা ওইনা তমগদবনি।

গীতাগী মন্থুংদা অর্জ্জুনা লান মথাইদা বিষাদ যোগ ওইদুনা অরাবনা পংথরক্লবা মতমদা, "শ্রীকৃষ্ণদা", ইবুংঙো ঐ অসি, অপাম্বনা থুমহৎখিদুনা পংথক্রে, পাকল লৈরকত্রে। অদুনা ননাই ঐ ইবুং-ঙোদা গুরু ওইজরগে, শিষ্য অমা ওইনা তাকপিরো, হায়না গুরু-বরণ তৌখিবা অসিগুম্না মীওইবশিংনা মশাগী "পুরুষ ভগবানগী ব্রহ্মতেজ" গুরুদা যজ্ঞ তৌদুনা ব্রহ্মগায়ত্রী মন্ত্রনা ১০৮ লক হোম পিদুনা গুরুবরণ তৌগদবনি। অদু ওইরবদি—"সদ্গুরু কৃপা সিদ্ধরূপ" হায়বা থৌজান ফংগদবনি।

"ব্রহ্ম গায়ত্রি মন্ত্র"— ওঁ ভূঃ ওঁ ভুবঃ ওঁ স্বঃ ওঁ মহঃ ওঁ জনঃ ওঁ তপঃ ওঁ সত্যং। ওঁ তৎসবিতুর্ব্বরেন্যং ভর্গোদেবস্য ধিমহী ধিয়োজন প্রচোদয়াৎ। ওঁ আপোজ্যোতীর সহমৃতং ব্রহ্ম ভুর্ভুব স্বরোম।

ওঁ মাপল শুবা মশুবা অচুম্বা ব্রহ্মগায়ত্রী মন্ত্র অসি পুনসি চুপ্পা অতৎপা লৈতনা অহিং মুংথিল মানসিক নাম ওইনা শোনগদবনি।

---

## ৪বা শরুক

# হকচাং

## অচুম—অরান

হকচাং হায়বা অসি "অনাদি পুরুষ ভগবানগী" মন্দির অমনি। ভগবানগী মন্দিরগী মশক ওইরবা, হকচাং মনুংদা নিংথৌগী থবক পুবা মনাই ময়াম্না, নিংথৌগী অনিংবা থবক পুম্নমক তৌবগুম্না, অরেপ্পা অনাদি পুরুষ ভগবানগী অনিংবা পুম্নমক, পাংথোক্লবা মাগী শক্তিদগী মথল মথল লাইগী শক্তি ওইবা, "প্রকৃতি পুরুষ" জীবাত্মা—পরমাত্মা" "ব্রহ্ম—পরংব্রহ্ম" অসিনচিংবা শক্তি মথল মথলগী অতোপ অতোপ্পস্মু পুথোক্লুনা হাকচাং মনুংগী লেংদনা থবক পুম্নমক তৌবিরি।

মীওইবগী হকচাং অমস্মু জীবশিং, উপাল ম্রাপাল নাপি শিংনা-নচিংবগী মশা অসি পোকপা, শিবা নাইবনা, অরেপ্পা অচুম্বা নত্তে—অরানবনি। মরম অসিদগী—জীব পুম্নমক অসিগী মশা মনুংদা থবক তৌরিবা, "প্রকৃতি পুরুষ" নচিংবা লাইগী শক্তি পুম্নমক অসি—অরেপ্পা অচুম্বা নত্তে—অরানবনি।

"অনাদি পুরুষ ভগবান্দি"—মীওইবগী হকচাং অমস্মু জীবশিংগী মশা মনুংগী অহাংবা মফমদা স্বরগী মুংশিং ওইনা চৎথোক চংশিন তৌদুনা মখোয়বু হিংহনবত্তনি। অরেপ্পা লেংদবা ওইনা থমুংদা লৈবা নত্তে। অদুনা মীওইবগী হকচাং অমস্মু জীবশিংগী মশাগা, অনাদি পুরুষ ভগবানগা মরী থাংনদে। "অনাদি পুরুষ ভগবান্দি"—মুংশিংতা শাদোং ওইদুনা (নিরাকার) মশক নাইদবা 'ব্রহ্মতেজ" ওইনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডগী অহাংবা মফম খুদিংদা শিনথুংনা লৈ। ইশিং লৈবা পুখ্রি অমদা লৈরাই মনুংদা মথুন অহোবা অমা, ইশিংগী ইথক্লা ইশিং অদু, অমুক চংশিনবা অমুক থোরকপা তৌদুনা

লৈরম্বদগী পুথ্রিগী ইশিং অতুনা কংথরকপদা মখুম অহোবা অতুনা ইশিং চংত্রে। অহাম্বদা পুথ্রিগী ইশিং অতুনা লৈখুন অতুগী মনুংদা চংখোক চংশিন তৌম্মিংউদা লৈখুন অতু পুথ্রিগী মনুং চল্লমই। অতুবু ইশিং চংত্রবনিনা, পুথ্রিগী ইশিংগা মরী থাংনত্রে।

"অসিগুম্না—"অনাদি পুরুষ ভগবানগী" পুথ্রিগী ইশিংগুম্বা, মশা মুংশিংকী ব্রহ্মতেজনা থল্লবা জগৎ—ব্রহ্মাণ্ড অসিদা, মীওইবা ১স্নুং জীবশিংগী, পুথিগী লৈখুন অহোবগুম্বা নাতোন অনিগী অমসুং যাগী মখুন অহোবদা. ব্রহ্মাতেজগী মশক মুংশিংকী স্বরনা হোংন্দোক হোংশিন তৌরনা মীওইবা ১স্নুং জীবশিংনা হিংলি।

মীওইবা মু জীবশিংগী মশা অতু চিনজাক রাংপ নত্রগা মশাগী শাজৎ লিংৎ লানবদগী থল মথঙ্গী অনাবনা শিংলী নাপরী পুম্নমক ফুনফিল্লক্তুনা স্বর হংলোক হানাজিন তৌবা যারক্তুনা শিরে।

"অনাদি পুরুষ ভগবানগী" ব্রহ্মতেজগা—মীওইবগী হকচাং ১স্নুং জীবশিংগী মশাগা মরী থানরিবা মওং অসি পুথ্রিগী ইশিংনা লৈখুন্দা চংখোক চংশিন তৌবম্বদগী ইশিং কংতুনা লৈখুন্দা ইশিং চংত্রগা, লৈখুন অতু পুথ্রিগী ইশিংগা মরী থাংনদনগুম্না ব্রহ্মতেজগা, মীওইবগী হকচাং ১স্নুং জীবশিংগী মশাগা মরী থাংনদে।

অতুনা—জগৎ ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কী মনুংদা মশক মওং নাইবা মিৎনা অমসুং যন্ত্রনা উবা ফংলিবা পুম্নমক অসি চুমদবা—অরানবনি।

'অনাদি পুরুষ ভগবানগী" মশক অসি—মশক মওং নাইদবা (নিরাকার) ওইবা, মিৎনা ১স্নুং যন্ত্রনা উবা ফংদবা ইহাং হাংবা (আকাস) অতিয়াগী মশক ওইবা অমাং অতা, হনগৎ হুম্বা লৈত্রবা লোয়নননা মুংশিৎনা থোগল তৌরি।

অচুনা—"অনাদি পুরুষ ভগবানগী" ব্রহ্মতেজ অসি অরেপ্পা—অচুম্বনি।—"ব্রহ্মসত্যং জগৎ মিথ্যা"— ব্রহ্মনা অচুম্বনি জগৎ সংসারনা মিনম্বনি। হায়বা শাস্ত্রগী পাওতাক অসিমক—অচুম্বনি।

মীওইবগী হাকচাং অসি-"অনাদি পুরুষ" ভগবানগী অনিংবা শক্তি তত্ত্ব (মরুওইবা) ২৭ না ওইবনি। ব্রহ্ম গায়ত্রী ওঁ মাপন শুবা অচুম্বা শিজিন্নদুনা তত্ত্ব ২৭ অসি, মশক খংলবা অমম্ভুং ব্রহ্ম-জ্ঞান ফংলদুনা আত্মা মশক (ঐ মশক) খংলবশিং অদুবু ব্রাহ্মণ কৌই। অদুনা ব্রাহ্মণনা নগুণ মচা মাপন থাংলিবনি। অদুবু ওঁ মাপন শুবা ব্রহ্মগায়ত্রী শিজিন্নদুনা, হকচাংগী তত্ত্ব ২৭ মশক মুন্না খংলদুনা ব্রহ্মজ্ঞান ফংদ্রবদি. নগুন মচা মাপন থাংবা য়াদে। নগুণ মচা মাপন থাংবগী মরম করিনো? ওঁ হায়বা মন্ত্ররাজ অসি, "অনাদি পুরুষ" ভগবানগী গুণ ৩ নি। অদুনা লংলা ৩ না তিল্লগা নগুণ মচা অমা ওইরিবা অসি ওঁ মন্ত্ররাজ অমগী শক্তিনি। মন্ত্ররাজ অশুবা ব্রহ্ম গায়ত্রি আসেদি, ওঁ মাপন শুবনিনা নগুণ মচা মাপন ওইবনি। নগুণ হায়বা শব্দ ময়েক অসি, (নয় গুণ) গুণ মাপন হায়বিনি।

ও মন্ত্র অমগী গুণ ৩ ওইবনা, লংলা ৩ তিল্লগা নগুনমচা অমা ওইরে। অদুনদি—নগুণ মচা মাপনগীদি লংলা ২৭ ওইয়ে। অসিমক মীওইবগী হকচাংদা লৈবা, ভগবানগী তত্ত্ব ২৭ মশক খংলবা হায়বনি।

চৎনবী মজুংইন্না লম্বোইরগা দড়ি খ্বাংদা পুন্নিবা অদুম্ব লংলা ২৭ না তাবা নগুণ মচা মাপন থাংবগা মান্নৈ। অদুনা সেদগী

মরুংদা লৈরিবৈদা লেংবানদা থাংলগা বেদ থাদোক্লুনা লখোইরবদি দড়ি ওইনা খাংদা পুনবা য়াই। লখোইবস্ত তত্ত্ব ২৭ মশক খংরবদি দড়ি পুন্দুনা লখোইবা ক মরে।

## ( "অনাদি পুরুষ ভগবান" )

## মীওইবগী হকচাংগী তত্ত্ব ২৭

(১) পুরুষ—ভগবান, ২) পরংব্রহ্ম—ভগবান,

(৩) পরমাত্মা—ভগবান, (৪) প্রকৃতি—ভগবান,

(৫) ব্রহ্ম—ভগবান, (৬) জীবাত্মা—ভগবান,

পঞ্চভুত—(৭) মৈ, (৮) ইশিং, (৯) মুংশিং, (১০) পৃথি (১১) আকাস

জ্ঞানেন্দ্রি—(১২) মিৎ, (১৩) নাকোং, (১৪) নাতোন, (১৫) লৈ, (১৬) উনশা।

কর্মেন্দ্রি—(১৭) খুৎ, (১৮) খোং, (১৯) য়া, (২০) ইশিংথোং (২১) শোজথোং।

(২২) সত্ব: গুন, (২৩) রজ: গুন, (২৪) তম: গুন, (২৫) মন—৭ ক্রং, (২৬) বুদ্ধি, (আত্মাজ্ঞান ফংনবা রাখল) (২৭) অহংকার—চাওথোকপা নাপল)

"অনাদি পুরুষ" ভগবান্দি মীওইবা ১মুং জীবশিংগী মশাগা মরী থাংনদনা পুয়মক্কী ফননবতা খন্দুনা অতৎপা লৈতনা সচ্চিদানন্দ ওইদুনতা লৈ।

(১) "পুরুষ ভগবান্না" মীওইবা ১মুং জীবশিংগী থম্মুংদা অতৎপা লৈতনা, স্বর হোৎনোক হোৎপিন তৌবগা লোয়ননা পিতৃজ্ঞান

লম্বী ১সুং দেবজান লম্বী অনিদা চংথোক চংশিন তৌবিদুনা হিংহল্লি।

(২) "পরংব্রহ্ম" ভগবান্না মীওইবা ১সুং জীবশিংগী কোক্কী খোপ মনুংদা ব্রহ্মতেজ নোংথাংগী মচাক ওইবিদুনা জীবশিংবু হিংহল্লি।

(৩) পরমাত্মা ভগবান্না" মীওইবা অমসুং জীবশিংগী কোক্কী খোপ মনুংদা "আত্মা" ওইবিদুনা বিজ্ঞানগী মচাক (লৌশিংগী থাংমৈ) ওইবিরি।

(৪) 'প্রকৃতি ভগবান' (পৃথিবী মাতা) লৈপাকনা মহৈ মরোং এনসাং নাপিনচিংবা মথল মখলগী চিঞ্জাক ওইবিদুনা মীওইবা ১সুং জীবশিংগী চাকখাওদা হকচাং ওইরক্লবা লৈপাক ওইবিরি।

(৫) "ব্রহ্ম ভগবান্না" মীওইবা ১সুং জীবশিংগী (মুলাধার চক্র) কামগী তেঙ্গোৎতা লৈবা বীর্য্যগী কাথোক কাশিন ১সুং চৎথোক চৎশিন তৌবা ডম্নবা ব্রহ্মতেজ নোংথাং ওইবিরি অমসুং পরংব্রহ্মগা অতৎপা লৈতনা ঊনদুনা, ঈগী শিংলী উতোং পুম্নমক্তা ব্রহ্মতেজ নোংথাং ওইবিদুনা ঈচেন ওইনা মিহুন ওইবিরি।

(৬) "জীবাত্মা ভগবান্না" মীওইবা ১সুং জীবশিংগী কামগী তেঙ্গোৎতা বীর্য্যগী মশক ওইবিরি অদুগা "পরমাত্মা ভগবানগা" মরী থাংনদুনা মীওইবা অমসুং জীবশিংগী অপংবা জ্ঞান থরম্ন পিবিরি।

# "পঞ্চভুত"

## ( লৈপাক্লা হকচাং ওইনবা পোৎচাক ৫, )

(৭) মৈ, হায়বা ( ভুত ) পোৎচাক অসিনা, মীওইবা ১স্নুং জীবশিংগী থন্নুংদা তৌরিবা মথৌদি—লৈপাক্লা চৎশাক ওইদুনা চাকখাওদা মতুম তাশিন্দুনা লৈরিবা পোৎচাক পুম্নমক অদু মৈনা অশাবা মৈশা ওইদুনা পুমথহল্লি। মপৃং ফানা পুমথরবগী মতুংদা অশিনবা মহী থোরকই। অশিনবা মহী অদুনা খাশিন শিল্লবগী মতুংদা পুমথা থারকই। অথাবা মহী অদুদগী ঈ ওইবা য়াবা শরুকনা লিভররোমদা চুপশিনখিদুনা হার্ট য়ৌগ্রবা আর্টরিরোমদা চৎখিদুনা হকচাং পুম্নমক্তা শিংলী ময়াল্লা পুনখিদুমা শদোং মহাও-নচিংবা পোৎচাক পুম্নমক ওইরক্লুনা হকচাং শইবনি। চাকখাও মন্নুংদা লৈবা মৈশানা ঈ ওইখিবা মচু অদু অশাবা ওইবনা, ঈনা ওইখিবা শদোং মহাওগী হকচাং পুম্নমক চাকখাওগী মৈশা লৈরিবমথৈ পুক্সি চুপ্পা তত্তুনা শাদুনা লৈ। চাকখাওদা লৈরিবা মৈ অসিগী মমিং জঠরাগ্নী কৌই। হকচাংগী মন্নুংদা চাকখাওগী মৈ অসি পুম্নমক্কগী অরুবনি। চাক তুম্নবা মৈ অসি শোল্লবদি মখল মখলগী লাইনা থোরকই।

চাক অপুম্বদগী ঈ. এনগ্রবা লেমহৌবা মহীদগী অথুম্বগা, অয়াঙপগা তিন্নদুনা খোইদৌ মপাগী য়েং ওইদা লৈবা ঈশিংখাও ( কিডনি ) অনিদা চংশিনখিদুনা ইউরেথ্রা কৌবা ইশিং মরী অনিদা তাখিদুনা কমখোংগী ইশিংখাও অচৌবদা তাখিদুনা ইশিং থোংদা চৎখি।

মথংদা— ঈপা, হকী ইশিংগা লোৎত্রবা মতুংদা চাকপুমগী মপংশিং অহু অশিনব, অথাব, অথুম্বা, অয়াকপা রস থর থরগা লোয়ননা অফকপা রসগা তিন্নহুনা মপং ওইনা থিবোংথাও থিরিন্দা তাথিল্লুনা অমাংবা ওইনা শৌরুথোংদগী মপাল থোকখি।

লৈপাক্তা ওইবা চিঞ্জাকুগী ঈ ওইহুনা হকচাং ওইরকপগী মতাং অসিদা—রস মহী মথল ৫ থক থোরক্লে। মহুদি—অশিনবা, অথাবা, অথুম্বা, অয়াকপা, অফকপা ৫ অসিনি। অসিগী মমুংদা অমা রাংলবা অমসুং হেল্লবসু নাগনি।

অশিনবা রাংলবদি চাক তুম্বা ওমদহুনা থোংহাম্বনচিংবা লাইনা মথল মথল নাগনি। অহু ওইরবদি অশিনবা এনসাং চাগনি। হেল্লবদি অথাবা চীঞ্জাক চাগনি।

অথাবা রাংলবদি ঈ রাংলহুনা লাইহৌ শাগৎপা লাইনানচিংবা মথল মথল লাইনা নাগনি। অহু ওইরবদি অথাবা চীঞ্জাক চাগনি।

অথাবনা হেল্লবদি অথুম্বা অশাবা চিঞ্জাক চাগনি। চিন থারবদি অথাবনা হেল্লে হায়না থংনগনি।

অথুম্বা রাংলবদি ইশিং লিকপা ইশিং য়াফম লাইনা নাগনি। অহুনা অথুম্বা চীঞ্জাক চাগনি। অথুম্বনা হেল্লগা ইশিং য়াম্না চত্তুনা ইশিং পুকচৎ তৌগনি। অহুনা অয়াকপা চীঞ্জাক য়াম্না চাগনি।

অয়াকপা রাংলবদি ইশিং পুকচং লাইনা নানি। অহুনা অয়াকপা চীঞ্জাক চাগনি।

ইশিং য়াম্না হেম্না চৎলবদি অয়াকপা চীঞ্জাক য়াম্না চাগনি, অথুম্বা চাবা য়াদে।

ইশিং য়াম্না লিক্কু্না ইশিং য়াকম তৌরবদি অথুম্বা চিঞ্জাক য়াম্না চাগনি, অয়াকপা চাবা য়াক্রে

অঙকপা বাংলবদি ইত্তোন ফাইগনি অত্তনা অকবপা চীঞ্জাক খল্লুনা চাগদবনি।

অস্থুম তৌনা হকচাং মপুংদা লৈবা মৈ, অসি অরুবনি। মৈশা হেনগৎলবদি শাথিনা নাই, য়াম্না হুম্বরবদি শিগল্লি। মৈনা হকচাংবু ফগৎহল্লি ১স্থুং মাংহল্লি।

(৮) ইশিং হায়বা পোৎচাক অসিনা, মীওইবা ১স্থুং জীবশিংগী থম্মুংদা তৌরিবা মথৌদি—চীঞ্জাক চাশিনবা মতমদা ইশিং থকত্তবা য়াদে। চানবা চাক এনশাং থোংবা মতমদসু ইশিং য়াওদবা য়াদে। ইশিং য়াওত্রবদি ঈ ওইবা ঙমদে। হকী ইশিং চৎলিবা অসি ইশিংনা ওইবনি। শম্না চায়রবদা, ইশিং লৈত্তবা মফমদা মীওইবা অমস্থুং জীবশিংনা হিংবা ঙমলোই য়াম্না থুনা শিগনি।

(৯) মুংশিং হায়বা পোৎচাক অসিনা, মীওইবা ১স্থুং জীবশিংগী থম্মুংদা তৌরিবা মথৌদি—মুংশিংনা স্বর ওইহ্না নাত্তোন ১স্থুং য়াদা চংশিন্দুনা স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন তৌহ্না, ঘড়িগী চাবিগুম্না ওইহ্না মিহুন হুলহন্দুনা পুন্নমক হিংহল্লি।

মুংশিং শিজ্জহ্না স্বর হোনফম লৈত্রবদি পুন্নমক শিগনি। মৈ, ইশিং, মুংশিং, অহুম অসি তিন্নবদগী নোং চুবনি। মুংশিং নত্রগা পোৎচাক অমা য়াওদবদা নোং চুরোই, নোংচুত্রবদি জগৎ হিংবা য়ারোই। হকচাংগী মমুংদা, মুংশিং অসি অচুম্বনি—অত্তৈদি অয়ানবনি।

(১০) পৃথিবী—হায়বা পোৎচাক অসিনা, মীওইবা ১স্থুং জীবশিংগী থম্মুংদা তৌরিবা মথৌদি—মীওইবা ১স্থুং জীবশিংগী মশা

অসি পৃথিবীনা ( লৈপাকনা ) ওইবনি। লৈপাক্না হোৎনা মহৈ মরোং এনশাং নাপিনা চীঙ্গাক ওইনা চাশিন্নগা চাক খাক্লা তাখিহুনা ঈ ওল্লগা মহাও, শদোং শরুর্নাচিংবা ওইহুনা হকচাং ওইবনি। চানবা চীঙ্গাক কংদহুনা চাত্রবদি মীওইবা ১সুং জীবশিং অসি শিগনি।

(১১) আকাস—হায়বা পোৎচাক অসিনা, মীওইবা ১সুং জীবশিংগী থমুংদা তৌরিবা মথৌদি—মীওইবা ১সুং জীবশিংগী মশ অসি আকাস ( অহাংবা ) লৈগদবনি। অহাংবা লৈত্রবদি মপানগী ক্লগৎ অমসুং জীবশিংগী থমুংদা হিংহুনা লৈবা ঙমলোই, থমুংদা ম্বর চংফম লৈত্রবদি হিংবা য়ারোই। নাত্তোন মথুনগী অহাংবা ( আকাস ) ১সুং য়াদগী থৌরী উতোং চাকথাও, খিবোংখাও, খিরিন, শৌজথোং অসিনচিংবা অহোবা অহাংবা ( আকাস ) লৈবদগী জীবশিংনা হিংলিবনি। হায়রিবা অহাংবা মকমশিং অসি মশ্তিক চানা হাংহন্দবদগী নাবনি। নিয়ম চুম্না হাংহল্লবদি অনাবা মাংগনি ১সুং লৈরোই।

## "পঞ্চ জ্ঞানেন্দ্রিয়"

### ( পোৎশক থংননবা পোৎচাক ৫ )

(১২) মিৎ—হায়বা ইন্দ্রি অসিনা মীওইবা ১সুং জীবশিংগী মপাদা তৌরিবা মথৌদি— তাইবংপান অসিদা পোৎশক মাইনা লৈরিবা পুমনমক অসি তোংঙান তোংঙান ওইনা মিৎনা উবা ফই।

মিংনা উরগা থম্মুংগী (জ্ঞান ইন্দ্রিয়দা) মশক খংননবা ৱাখল্দা তাক্লগা
লৌশিংনা অচুম-অয়ান খংবা ঙমই।

(১৩) নাকোং—হায়রবা ইন্দ্রি অসিনা মীওইবা ১স্থং জীবশিংগী
মশাদা লৌরিবা মথৌদি—তাইবংপাল অসিদা মীওইবা ১স্থং জীব-
শিংনা রা ৱাংনরবা, খোংবা লাওবনচিংবা মখোল পুম্নমক অসি
মশক খংনা মচা তানা নাকোংনা তারগা খংবা ঙমই। না পংলবদি
করিগুম্বা অমত্তা তাবা ফংদ্রে, অঙাওবাগুমই।

(১৪) নাতোন—হায়রবা ইন্দ্রি অসিনা মীওইবা ১স্থং জীবশিংগী
মশাদা লৌরিবা মথৌদি—তাইবংপাল অসিদা লৈরিবা পোৎ পুম্নমকী
মনম মুংশিংবা লৈ—গুনচিংবা ১স্থং অপুম অশা নমখি হঙাইবনচিংবা
পুম্নমক অসি নাতোন মচ খাইনা পোৎশক খনা মনম খংবা ঙমই।
চাবগী মহাওসু নাতোনগী মতে য়াংরি।

করিগুম্বা মতমদা অনাবা মরম অমনা মনম খংদবশিংনা চাবগী
মহাওসু খংবা ৱাংলে।

(১৫) লৈ, হায়রবা ইন্দ্রি অসিনা মীওইবা অমস্থং জীবশিংনা
চারিবা চীঙাক পুম্নমকা মহাও খংই। লৈ, মতোন্না তলগা অথাবা,
অথুম্বনচিংবা পোৎ পুম্নমক্তা মগুণ খঙ অচুগ চাশনখিন চিঙাক
পুম্নমক লৈনা খোম জন পাশিন্দুনা য়াবু শায়হাল্লি, অমস্থং লেপী
লৈখাদা অরুবা ইশিংঙম্বা তিন থোররুবা পিকপবা অহোব। মখুন
ও য়াংরি। থোরক্লবা অনাংবা তন অচুগা য়ানা শায় রবা অচা-
পোৎকা লোৎনরগা চাকথাওদা তাখবনা চীঙাক অচু থুবা তুমলবদি।
চাবা তুমগন্দবশিং অসি, লৈখাগী তিন থোকপা ৱাংলবনি। মতম

পুন্নমক্তা তিল ফংলগদবনি। অচুনা তিল থোয়রুবা লৈগী শাজেন শিজিন্নগদবনি। স্বর শাজেনগী মচুংদা য়াওগে।

(১৬) উনশা— হায়বা হকচাংগী ইন্দ্রি অসিনা, করিগুম্বা পোৎ অমদা শেংনবা অমসুং শম্নবদা পোৎশিং অচু মিং উহনজ্রবনু চাওরাকপা খংবা ঙমই।

অইংবা অশাবনচিংবা ১মসুং তিল কাংনচংবা মথল মথলগী হকচাংদা অমাংবা ওইগদবশিং অচু উনশানা তাকলকুনা ঙাকথোকপা ঙমই।

# "পঞ্চ কর্ম্মেন্দ্রিয়"

## (থবক তৌনবা হকচাংগী পোৎচাক ৫)।

(১৭) —খুৎ হায়বা হকচাংগী শরুক অসি, থবক তৌনবগী মরুমদা য়াম্না অরুবা অমনি। চানবা চীঙাক তান্নবা, য়ুম্বাল্লোনগী তৌফম থোকপা থবক, চাবা থকপা. হকচাংগী অমোৎপা শেংদোকপনচিংবা পুন্নমক অসি খুৎ নত্তনা ইশানা করিগুম্বা অমত্তা তৌবা ঙমদে।

(১৮) খোং— হায়বা হকচাংগী শরুক অসি, য়াম্না অরুবা অমনি। খোংনা চৎথোক চৎশিন তৌবগী পাঙ্গলনা মীওইবনা থবক পুন্নমক তৌবা ঙমলিবনি। খোংবু য়াম্না লূনা তৌগদবনি। অনাবা পুন্নমক খোংদগী হৌরকপনি। কমখোংগী মিহুন অসিদগী থুজিংখা মিহুন ফাওবদা মিহুম ইচেন নিংথিনা চেল্লিবা মীনা নাবা তৌরোই।

মিহুন ইচেন চুমদহুনা মখোং শিথবা পংথবা মীনা লাইনা মখল মখল নাগনি।

(১৯) চিন য়া— হায়বা হকচাংগী শরুক অসি, চাশিনখিবা চীঞ্জাক ভুমহন্দুনা, ঈ নিংথিনা লৌননবগী মরমদা য়াম্না তেংবাংপ্রবনি। চাশিনখিবা চীঞ্জাকশিং অহু, য়ানা য়াম্না তোইনা শায়হুনা, চাকখাওনা য়োংশিনপ্রবদি নিংথিনা ভুমহুনা, অকবা ঈ লৌথিবদগী হকচাং কগংলি। য়া তেকলবা অহলশিংনা চাবা মহাও খংদে, ১সুং চারিবা পোং অহু শায়বা য়াদবনা, ভুম্বা শুমদহুনা লাইনা মখল নাহুনা পুক্সি তেল্লি।

(২০) ইশিং থোং— হায়বা হকচাংগী শরুক অসি, হকী ইশিং থোরক্রবা অরুবনি। ইশিং য়াকমগী লাইনা নুং লৈবনচিংবা লাইনাশিং অসি, অকীবগী মশক ওইবা অরাবনি। অহুনা মতম লৈবা থিবিক্কা ইশিংগী লম্বী ক্ষগংনবা হোংনবনা অথোইবনি।

(২১) শৌজথোং— হায়বা অসিনমু য়াম্না অরুবনি থিরিনগী অমাংবা থোরক্রবা থোংনি। চেকশিন্দবদগী মুংশংগী লাইনা তৌথ্রবা মী অহুগী পুনসি অহু মুংঙাইক্ষম লৈত্রবনি লাইয়েংবদা ক্ষগন্দবা অনাবনি। ওইগী থুদোনবীমা শৌজ শেংবনা অথোইবনি।

(২২) সত্ত গুণ— হায়বা হকচাংগী মগুণ অসি চীঞ্জাকগী ওইবনি। শা, ভানচিংবা ময়াই কাবা চীঞ্জাকক্ষীমথৈ চাদনা, অচম্বা মনা মশিং উটৈহ রাহৈনচিংবা চীঞ্জাক চাবশিং অহুগী মপুকচেল অহু ইচম চমহুনা অচুম্বা পামগনি। অচুম্বা মশক খংহুনা ঈশ্বর মশক খংগনি।

(২৩) রজঃ গুণ— হায়বা হকচাংগী মগুণ অসিমু চীঙাকপী ওইবনি। অচম্ব চীঙাক চাগন্দবা, শা, ঙানচিংবা মথল মথলগী অহাও অহাওবতা খন্দুনা তত্তনা চাবশিং অহুগী মপুকচেল অহু, অহেনবা পাম্বনা থুমহৎখিত্নবা, মীনম্বনা মীবু নমহৎতুনা নিংথৌওম্বা মথাদা লৈহনগদবগী লাক্লরকনি। লাই, গুরু, অহল লমন মশক খংলোয়।

(১৪) তমঃ গুণ— হায়বা হকচাংগী মগুণ অসিমু চীঙাকতগী ওইবনি। শা, ঙা, অপুম অশা, মুনচিংবা মথল মথলগী, ময়াই কাবা চীঙাক তত্তনা চাবশিং অহুগী মপুকচেন অহু, ঈ শেংদবা ফক্লবনা থুমহৎখিত্না চময়বা মাথন্দগী মীবু ফুবা চৈবা, থাংনা থিনবা অমসুং হাংতোকপনচিংবা মথল মথলগী মীনম্বনা থুমহৎতুনা অচুম্বা খংদবনা লাই, গুরু অহল লমন মশক পুমথং থংলরোই।

(২৫) মন ( পুক্লিং )—হায়বা হকচাংগী অনিংবা শরুক অসি পুন্নমক্কগী য়াম্না শাপিগ্রপা, লাক কানবা ওমদবা মওং মরিন নাইদবা অমনি। পুক্লিং অসি— অরানবা মায়াগা লোয়নবা জীবাত্মাগা ( থরাইগা ) মরী থানৈ। মীওইবটা পুন্সি অসি পুক্লিনা পুংঙাই-হল্লি, থাহল্লি, মাংহল্লি অমসুং পুন্সিহল্লি, নাহল্লি। পুক্লিং অসি লাকশিন্দুনা কাঙ্জিনবা ঙনদ্রবদি, মীওইবগী পুন্সি অসি কায়দে।

(২৬) বুদ্ধি ( লৌশিং )—হায়বা হকচাংগী মিংনবগী শরুক অসি পুন্নমক্কগী য়াম্না হেন্না অরুবনি। মরমদি—হকচাংগী তৌকম থোকপা থবক্কী মথৈ লৌশিংনা তোগদবনি। লৌশিং ফরবদি অচুম্বা ওইদুনা থবক তৌবা ঙমই। বুদ্ধি—লৌশিং হায়বা অসি, আত্মাজ্ঞান ফংদুনা

ঐ মশক খংনবগী মরম ওইবা মচাকনি। আত্মজ্ঞান -হায়বা অসি "অচুম্বা রাখল" হায়বনি। "অচুম্বা রাখল" থোরক্লবা বুদ্ধি লৌশিং হায়বা অসি, কোক্কী থোপ মনুংদা লৈ। "অচুম্বা রাখল" ফংগে নিংলবদি, জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ শিজিন্নগদবনি।

হায়বদি—অয়ানবা জীবাত্মাগা মরী থানবা, মন (পুক্নিং) জ্ঞান অসি. গীতাগী ৭শুবা অধ্যায়গী জ্ঞান বিজ্ঞান যোগগী মশংদা চনিং নমথত্তুনা কংখোক্লগা. "অচুম্বা রাখল" থোরককম ওইবা বুদ্ধি (লৌশিং) গী লৈফম কোক্কী থোপ মনুংগী বিজ্ঞানদা তিন্নশিল্লবনি "অচুম্বা রাখল" ফংবা ঙমগনি।

অমুক শম্না হায়রবদা—রাখল খনবমথৈ চনিং কংখোক্তুনা য়াং তিংলগা, মিৎ উইশিন্দুনা পিশুম অনি শুপচিল্লগা, চিন উমশিন্দুনা নাতোন মখুন অনিদা স্বর হোনবোয় হান্দবোয তৌদুনা, কোক্কী থোপ মনুং লরাই লেম্ফুগী মনুংদা হরিনাম নত্রগা তৌগদবা খবক্কী মওং নিংশিংতুনা রাখল খল্লু হায়বনি।

ফিতুপ অসিনা—হকচাংগী লেংদবা অয়েপ্পা অচুম্বা য়ুমফম ওইরগা, থাম্না লায় হাক্কুক্তগী চৎনরক্লবা বেদগী যোগমার্গ ওইবা —জ্ঞান যোগ, রাজ যোগ, সাংখ্যযোগ, হঠযোগ স্বুরতযোগ অমসুং গীতাগী অধ্যায় ১৮ গী যোগমার্গগী যোগ ১৮ অসিনচিংবা যোগ পুম্নমক্কী মনুংদগী অপাম্বা যোগ অমদা হি ওইনা তোংলগা হরিনাম ১মুং জান্না নৌ ওইরনা ভগবানগী মায়া সংসার ইপাক লাম্বোক্তুনা হি অদু অচুম্বা পুরুষ ভগবানগী মনাক য়ৌনা হোৎশিল্লগা. অয়ানবা হকচাংগা লোয়নরকলিবা আত্মজ্ঞান অচুম্বা অদু, অচুম্বা ওইবা পুরুষ

ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা গোপী ভাব ওইনা আত্মা সমর্পন তৌগদবনি।

হায়বদি—মথক্তা তাকথরা অপাম্বা মতুংইন্না উর্দ্ধরেতা নত্রগা শৃঙ্গার রস শিঙ্জিন্নবগী মওনি

জ্ঞানযোগ, —রাজযোগ— সাংখ্যযোগ—হঠযোগ— গীতাগী যোগ ১৮ অসিনচিংবা যোগশিং অ'সদি— মুস্বানবাশিংগা চূনদে — যোগী সন্ন্যাস—লম্বোইবশিংগী মথৌ ন।

মুস্বানবশিংগীদি—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা পুথোকপিরম্বা রাগানুগা ভক্তিগী স্মরতযোগ অসিনা চুনবনি। যোগ সাধনা হায়বা অসি পুক্নিং লাকশিন্নবগী খুংলাই অমনি।

মীওইবগী—মন ( পুক্নিং ) অসি লাকশিন্দুনা বুদ্ধি ( লৌশিং ) না আত্মাজ্ঞান ( অচুম্বা খাংখল ) ফংবা হায়বা অসি অকনবা যোগ সাধন ( শাজেন ) নওনা —শান্ত অত্তোম্না শাজেন তৌনবাই লৈতে।

মীওইবগী পুক্নিং অসি মথল অনি গুই। মতুদি—মপালগী মুংঙাইব অমা—থনুংগী মুংঙাইবা অমা, মথল অনি অসি পুক্নিংগী অপাম্বা মথৌনি।

মপালগী পুক্নি' অসি— য়ুম ফজবা ফুরা লোলাঙ্গা লৈনিংবা, ফীরোন অফবা শেৎনিংবা, সনা লুপা য়ামনা লৈহুনা ইনাক খুনঃ নিংবা মুপী য়াম্না লোননিংবা অতৎপা লৈতনা কুমৈ য়েংনিংবা, ইশৈ তানিংবা অসিনচিংবা মৎনা উরিবমথৈ অপাম্বা মুংঙাইবা মথল সিশিং তরাতরুক্তা মপুনি।

থনুংগী পুক্নিং অসি— চানিংবা, অপাম্বা অশাওবা, অওকপা, অকীবা, অরাবা, মুংশিবা, মুংঙাইবা অসিনচিংবা মথল নিপাল অসিনা মীওইবগী হকচাংবু মাংহল্লি, মুংঙাইহল্লি।

ৰাগানুগা ভক্তিগী যোল নামনা, সুৰত যোগগী নিয়ম মতুংইন্না ইশৈ শকপগুম্না শোল্লিবা নামশোন অচুম অসিমক, পুক্নিং মথল অনি অসি লাকশিন্নবগী মৰূ ওইবা থৌৰমনি।

যোল নাম— হৰে কৃষ্ণ, হৰে কৃষ্ণ, কৃষ্ণ কৃষ্ণ হৰে, হৰে, হৰে ৰাম, হৰে ৰাম, ৰাম ৰাম, হৰে হৰে।

হৰিনাম অসিমক মীওইবগী মপালগী পুক্নিং লাকশিন্নবগী নামনি।

ৰাগানুগা ভক্তিগী — ভাব শৰনি ভজনদা, নাম ১৬ অসি শোনবদা, "ৰাধা কৃষ্ণ" ইবুংঙো ইবেমগী, মপালগী পুক্নিং ওইবা লৈমলিশিং তৰাতৰুককা লোইনবা ব্ৰজগোপীশিংগা মুংঙাইমিন্নবা মহাৰাসনি। নাম অমা শোনবদা, ব্ৰজগোপী লিশিং অমা উবা ফংবগী শৰনি ভাব ভজননি। নাম তৰাতৰুক অচু হন্ন হন্না সুৰত যোগগী মতুংইন্না মানসিক নাম মশোন শোনবদা কোক্তী থোপ মনুংদা, "ৰাধা কৃষ্ণ" ইবুংঙো ইবেমগা, গোপী লৈম লিশিং ১৬ কা লোয়নবা মহাৰাসগী জগোয় শাবা তত্তনা, নাম শাল্লিবমথৈ উবা ফংবগী শৰনি ভাব ভজননি।

মানসিক নাম মশোন্দা— মীওইবশিং অচ্চনা চাবদা, চৎপদা, ফম্বদা, তুম্বদা, থবক তৌবদা মতম পুম্নমক্তা, শ্ৰীচৈতন্য মহাপ্ৰভু ইবুংঙোগী পাওতাক মতুংইন্না, হৰিনাম অসি থমুংদা পুক্নিংনা অতৎপা লৈত্তনা অহোৰাত্ৰ ওইনা শোল্লবদি, থমুংদা গোপী লৈম লিশিং ১৬ কী মহাৰাসগী জগোয় উবা ফংগনি।

হৰিনামবু মপুক্নিনা থাজবগা লোয়ননা, থমুংদা মানসিক নাম

মশোয়া অহোয়াত্র ওইনা তক্কনা শোল্লব', মীশিং অচুপী মপালগী পুক্লিংবা মিং, নাকোং নাতোননচিংবা ইঙ্গ্রিশিংগা মরী থাংনজুনা মুংঙাইবা পামলম্বা অসি গোপী লৈম লিশিং ১৬ কা "রাধা কৃষ্ণ" গা মপালগী মুংঙাইবা মথল অমা ওইনা শান্নখিবা, অসিগুম্বনি।

থমুংগী পুক্লিং অসি মথল নিপাল গুই। মচু দি— ১। চানিংবা পুক্লিং ২। অপাম্বা পুক্লিং ৩। অশাওবা পুক্লিং ৪। অঙকপা পুক্লিং ৫। অকীবা পুক্লিং ৬। অরাবা পুক্লিং ৭। মুংপ্পিক্লিংশবা ৮। মুংঙাইবা পুক্লিং মথল নিপাল অসনি।

মপান্দা পুক্লিংগী শংনি ভজন মতুংইন্না শ্রীবৃন্দাবন্দা "রাধা কৃষ্ণ" ইবুঙো ইবেমা অনিনা ব্রজগোপী লিশিং তরাতকককা মহারাস জগোয় লীলা শান্নখবা অসি, শ্রীবৃন্দাবনগী যোগ মায়ানা ইবুঙো ইবেমগী অনিংবা মতুংইন্না দল ( কাংবু ) ৬ থোক্লা শান্নজুনা মুংঙাই-মিন্নখি।

মচুদি— (১) ষোল সহস্রদল— ব্রজগোপী লৈম লিশিং তরা-তককা লোয়নরনা রাস শান্নজুনা মুংঙাইমিন্নখিবা। (২) অষ্টদল— অষ্ট সখী নিপালগা শান্নজুনা মুংঙাইমিন্নখিবা। (৩) পঞ্চদল— পঞ্চসখী মঙাগা শান্নজুনা মুংঙাইমিন্নখিবা। (৪) ত্রিদল— সখী ৩ গা শান্নজুনা মুংঙাইমিন্নখিবা। (৫) একদল—ইবুংঙো ইবেমা অনিগী (মিলন) অমত্তা ওইনা তিন্নিশন্দুনা সচ্চিদানন্দ স্বরূপ শ্রীমূর্ত্তি। অসিনি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ইবুংঙোনা পুথোকপিরম্বা রাগানুগা ভক্তিগী শংনি ভজন মতুংইন্না, ব্রজগোপী লৈম লিশিং তরাতক্কী মঙ্গুংদা

মদ ৫ থোক্লা খাইদোক্লবা থোগ মায়াগী শক্তি ( পাঙল ) য়াওবা ষোল নামবু — নাম মণ্ডা থোক্লা শেম্বারমই।

মদুদি—(১) ষোল নাম। (২) অষ্ট নাম। (৩) পঞ্চ নাম। (৪) ত্রিনাম। (৫) এক নাম। নাম মণ্ডা অসিনি। (১) ষোলনাম মথক্তা ইগ্রে।

(২) অষ্টনাম — হরে, কৃষ্ণ, কৃষ্ণ, হরে—হরে রাম, রাম, হরে, অসিনি।

(৩) পঞ্চ নাম — হরে কৃষ্ণ · হরে রাম — হরে। অসিনি।

(৪) ত্রিনাম — হরে, কৃষ্ণ হরে। অসিনি।

(৫) একনাম "হরে" "রাধা কৃষ্ণ" এক মূর্ত্তী)

অসুম তৌনা — শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী অনিংবা পাথোক্লম্বা— গৌরধর্ম্মগী রাগানুগা ভক্তি অমসু রাগাত্মিকা ভক্তিগী শবনি ভজননা য়ুমকম ওইহনা, অণ্ডকপা ফংবা "আত্ম প্রেম" গী ইথক্তা তাওহনা, মীওইবা অমসুং জীব খুদিংবু মু'শিবন' খুংলাই ওইহনা "প্রেম ভক্তি" গ্রারবা ধর্ম্ম অমা পুথোক্পিরমই। ধর্ম্ম অসি য়ান্না অক্লবা মমুং মপান নাইবা, ধর্ম্ম পুন্নমক্না নক্লগা য়াবা, বেদ— ধর্ম্মগী রাংমদা ইরাই লাইনা ইশম শম্না, কর্ম্মযোগী অমা ওইহনা যুম্বানবশিংগী য়াম্না খুদোং চাবা ধর্ম্মনি।

মথক্তা তাকপ্রবা, রাগানুগা ভক্তিগী মথল মথলগী নিয়ম পুন্নমক অসি—হকচাংগী মপালগী অপাম্বা পুক্লিং, থমুগী অপাম্বা পুক্লিং মথল মথলগী অরানবশিং অসি, থমুংগী থোপ মমুংদা লৈবা বুদ্ধি

লৌশিংগা মরী লৈনবা ( আত্মা-জ্ঞান ) ঐ মশক খংননবগী মশক অচুম্বা য়াথল ফংহনা তঙনা মুংঙাইবা ফংননবগী মচাকনি।

শ্রীবৃন্দাবনগী মমুংদা "রাধা কৃষ্ণ" ইবুংঙো ইবেমা অনিগী মহারাস লীলাগী তত্ত্ব বিচারগী মমুংদা, যোগ মায়ানা ইবুংঙো ইবেমা অনিগী যুগোল মিলনগীদমক শিনখিবদা, ব্রজগোপী লৈম লিশিং তরা-তরুককা লোয়ননা ইবুংঙো ইবেম অনিগা মহারাস জগোয় শাদুনা, গোপী লিশিং তরাতরুকপু মখল মখলগী অয়ানবা মায়াগী মুংঙাইবা পিরম্লগা, যোগ মায়াগী মতেং লৌদুনা ইবুংঙো ইবেমা অনিমক মাংখ্রে।

অসিগী শরনি ভাব ভজন লৌদুনা রাগানুগা ভক্তিগী নিয়ম ওইনা, যোল নাম মন্ত্র হরিনামবু তন্তনা ( মানসিক ) পুক্লিংনা শোনবা ওইনা নিংশিংদুনা, কোক্কী থোপ মমুংদা লৈবা বুদ্ধি লৌশিংগা তিন্নদুনা, আত্ম জ্ঞানগা লোয়ননা শরনি ভাব ভজন্না, আত্মাদর্শন ওইবা থোপ মমুংদা ব্রজগোপী—লৈম লিশিং তরাতরুক্কী মহারাস লীলা উবা ফংই। শরনি ভাব ভজন অসিগী মখি থরা থরা লাক্লবা মীওইবশিং অদুগী মপালগী মুংঙাইবা কাওরক্তুনা মাংলকলে।

মথংদা— যোগ মায়ানা ইবুংঙো ইবেমা অনিগী দল শেম্বা হৌরকপদা হৈদ্রিংগী সখী মন্ত্র কোয়শিন্দুনা হৈরমলে। অদুগী পঞ্চদল শেমদুনা সখী মন্ত্রবু মুংঙাইবা পিরম্লগা, অমুক ইবুংঙো ইবেমবু পুখ্রে।

মথংদা— যোগ মায়ানা দল শেম্বা হৌরকপদা সখী ও মা

কোরশিন্দুনা লৈরমলে। অদুদগী ত্রিদশ শেমদুনা সখী ৩,বু মুং-ঙাইবা পিরম্মগা অমুক ইবুংঙো হবেমবু পুশ্রে।

মথংদা— ইবুংঙো ইবেম অনিগী এক দল শেমদুনা মিলনগী শৃঙ্গাররস ওইবা সচ্চিদানন্দ অদু, অয়ানবা যোগমায়ানা ফংখি।

অসুম তৌনা— শ্রীবৃন্দাবনগী মমুংদা "রাধা কৃষ্ণ" ইবুংঙো ইবেমা অনগা ব্রজগোপীশিংগা, অণ্ডকপগী মশক রতি প্রেম রস মহারাস শান্নখিবা মতাং অদুদা ব্রজগোপীশিংনা শ্রীমতি রাধাগী মুখৈনবী ওইদুনা চংজরগা. ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ফংখি।

শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা অসিগী শরনি ভাব ভজন তৌদুনা রাগানুগা ভক্তি হায়না পুথোকখিবনি

ব্রজগোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা আত্মা, সমর্পন তৌখিবা অদুগী শরনি ভাব ভজন তৌদুনা, রাগাত্মিকা ভক্তিন প্রথোইবনি। অদুনা গোপী ভাব চৎকদবনি হায়না তাকপিরমই

অসিগুম্বা শ্রীবৃন্দাবনগী "রাধা কৃষ্ণ" গা ব্রজগোপীশিংগা রতি প্রেম রস মহারাস শান্নখিবা অসি শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ইবুংঙোনা অধ্যাত্মিক তত্ত্বনা পুশিন্দুনা, হকচাং মনুংগী থমুংবু হৃদয় বৃন্দাবন হায়না লৌবখি। জীবাত্মাবু শ্রীমতি রাধা ওইনা, পরমাত্মাবুনা শ্রীকৃষ্ণ ওইনা লৌবিখি। মপানগী মুংঙাইবা পাম্বা পুক্লিং অসিনা গোপীশিং ১সুং থমুংগী মথক্তা তাকপ্রবা, চানিংবনচিংবা পুক্লিং মথন ৮ অদুনা অষ্টসখী অসিনচিংবা অসি শরনি ভজন তৌবিখি।

মরমদি— শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু ইবুংঙোনা নবদ্বীপকী মমুংদা শ্রীবাসগী মাঙোন্দা সংকীর্ত্তন ময়াইদা জগোয় শার শারদুনা "রাধা

কৃষ্ণ" অনিগী নাম কীর্তন ১সুং গুণ কার্তনগী শরনি ভাব ভজন মপালগী ইচেন অহু থরুংগী "জীবাত্মা, পরমাত্মা" দা পানশিন্দুনা থমুংগী আম প্রেমদগী সংকীর্তন ময়াইদা প্রভুনা ( অবিরাম ) অতৎ অথম্ব লৈত্তবা ( প্রেম ধারা ) পি শিন্নখিবনি। এবু এনা মুংশিজবা হায়বা প্রেম ভক্তি অসি ফংজরবদি অসিনা পুম্নমক্কগী অথোইবনি। অসিমক থাইনগী হপা ইপুশিংনা "এ মশক থংউ" হায়বা পাওতাক অহনি। শমনা হায়য়বদা—শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা "রাধা কৃষ্ণ" অনিগী রতি প্রেম ফংখিবা অসি মপালগী অশেংবা শ্রীবৃন্দাবন্দা নত্তে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুগী থমুংগীহৃদয় বৃন্দাবন্দা, 'রাধা কৃষ্ণগী" মশক ওইরবা "জীবাত্মা, পরমাত্মাগী" রতি প্রেম ফংখিবনি।

অহুনা গৌরধর্মগী রাগানুগা ভক্তিবু মুংশিবা ১সুং শিজিন্নরিবা মীওইবশিংনা, মথক্তা তাকপ্রবা থোলনাম হরিনাম (মানসিক) পুক্লিংনা শোনবা নাম মশোন অসি শিজিন্নবদা, বৃন্দাবনগী রাধাগা লোয়নবী ব্রজগোপী লৈম জিশিং তরাতরুকগুম্নবা ১সুং বৃন্দাবনগুম্নবা হকচাংগী জীবাত্মাগা লোয়নবী পুক্লিংগী মপান্দা মুম ফজবা কীরোল ফজবা পাম্বনচিংবা মশিং নাইদনা অরোইবা লৈতনা অরানবা ওইমা পাম্নশিনবা পুক্লিং অহু, কোকী থোপ মমুংদা বুদ্ধি লৌশিংগা লোয়ননা আত্মাজ্ঞান্দা তিন্নশিন্দুনা অচুম্বা ওইপ্রবনা অরানবা ওইবা মপালগী অপাম্বশিং অহু থর থর লৈরক্তে।

মথংদা— মীওইবগী হকচাংগী থমুংদা থাদোক্লবদা লুরবা, শ্রীমতি রাধাগা লোয়নবা অষ্টসখীগুম্নবী জীবাত্মাগা লোয়নবী. মথক্তা তাকপ্রবা পুক্লিং মথল নিপান— চানিংবা, অপাম্বা, অশাওবা, অঙকপা, অকীবা,

অরাবা মুংশিবা, মুংঙাইবা অসিগী মগুণ খরা খরা হন্দুরক্ত্রবা ১মুং মাংখিনবগী মামদি— মথক্তা অষ্ট নামনি। নাম মথোন্দি থোল নামগুমনি। চানিংবা, অপাম্বা, অশাওবা পুক্নিং মখল ও অসিগী মগুণ হাম্না হন্দুহনগনি। চানিংবা হায়বা পুক্নিং অসিনা ইহান হান্না মাংহনগনি।

অদু ওইরবদি অপাম্বা লৈররোই। অপাম্বা লৈরক্রবদি অশাওবা মাংব্রগনি।

মথংদা— পঞ্চনাম শিজিন্নরুনা অশুকপা অকীব মাংহনগনি।

মথংদা— ত্রিনাম শিজিন্নরুনা অরাবা লৈহল্লরোই।

মথংদা— একনাম মহা মন্ত্র শিজিন্নরুনা পুন্সি অরোইবা ফাওবদা মুংশিবা, মুঙাইবা পুক্নিং তত্তনা লোযনগদবনি।

অসুম তৌনা মীওইবশিং অদুনা গৌরধর্মগী রাগানুগা ভক্তিগী নিয়মশিং অসি শিজিন্নবা ঙমলুহ্নবসু— শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভুনা তাক-পিরম্বা পাওতাক "জীবে দয়া" জীবশিংবু মু শিযু হায়বা অসিতবু তিং শোক্না শিজিন্নরবদি, মশাগী অরানবা পুম্নমক মাংখিহনা, "অচুম্বা" ওইবা তত্তনা মুংঙাইবা সচ্চিদানন্দ স্বরূপ ফংবা ঙমগনি।

(২৭) অহংকার ( চাওথোকপা নাপল ) হায়বা তত্ত্ব অসি— মীওইবশিংগী হৃদয়চাংদা তৎতনা লোইনরিবনি। অসিনা পুম্নমক্কী অরুবা অমাংবনি। চাওথোকপা নাপলনা মপুং ফারবা মীশিং অদুগী থবক থুদিংদা কান্নদবা অমাংবা ওইগনি। মাগী মীচং অমত্তা লৈত-হনা থবক নিংথিনা পাংথোকপা ঙমলোয়। অদুনা অহংকার হায়বা তত্ত্ব অসি মাংহনগদবনি।

অচুম তৌনা হকচাংগী থাদোক্লবা য়াত্রবা তত্ব ২৭ অসি মশক থংদোক্লগা, থাদোকপা য়াবনা থাদোকপা অমসুং মাংহনবা য়াবনা মাংহন্দুনা অরানবা হকচাংগা মরী লৈননা তৌরিবা থবক পুম্নমক অসি ঐগী পুক্লিংনা তৌদনা "অচুম" আত্মাজ্ঞাম্না তোহ্নুনা—হায়বদি—অচুম্বা য়া ভাংবা, অচুম্বা থবক তৌবা, অচুম্বা পুক্লিং ওইবা, অচুম্বা চিঞ্জাক চাবা, অনাবা লৈতবা অচুম্বা হকচাং ওইহনবা, অচু ওইরবদি অরানবা হকচাং অসি অচুম্বা হকচাং ওইহনুনা হৌৎতনা হুংঙাইবা ফংগনি।

---

## ৫ বা—শরুক

# চীঞ্জাক

## অচুম—অরান

চীঞ্জাক হায়বা অসি "প্রকৃত্তি ভগবান" (পৃথ্বি—মাতা) লৈপাকলৈমনা শেম্বিবা, মীওইবশিংগী হকচাং, জীবশিংগী মশা শাগৎনবা অমসুং হিংনবগী অরুবা পোৎচাক অমনি।

মীওইবশিংগী হকচাং চীঞ্জাক্না শাবনি। চীঞ্জাক অসি মখল মখলগী পোৎচাক্লা ওইবনি। চানরিবা চীঞ্জাক পুম্নমক অসি, হকচাং ওইরক্লবা পোৎচাক মখল মখলগী তোংঙান তোংঙানবা ওইবা ঈ ফগৎনবা শদোং ফগৎনবা, সরু চাওখৎনবা অমসুং কল্লনবা অসিনচিংবা অঙকপা ওইবা লাইগী থৌশেম অমনি।

মীওইবা জাতিশিংগী মরক্তা চাওখৎপা জাতি, হন্থবা জাতি ওইনা লৈনরিবশিং অসি তশেং তশেংনা চীঞ্জাক শিজিন্নবদা লৈরমলে।

অচুম্বা—চীঞ্জাক শিজিন্নবা জাতিনা চাওখৎপা ওইরমলে।

অরানবা — চীঙ্গাক শিজন্নবা জাতিনা হুম্বা ওইরমলে। চীঙ্গকী অচুম অরান হায়বা অসি চিঙ্গাক শিজিন্নবগী মওংদা ওইবনি।

মীওইনা জাতি পুন্নমক অসি, মাগী মাগী জাতি অমস্তুং ধর্ম্মগী মতুংইন্না চীঙ্গাক তোঙান তোঙাল্লি, অমত্তা ত্তিন্নদে। লম লমগী অশাবা অইংবা মতুংইন্না হওবা পানি ঈশিং নুংশিং লৈহাও অমতা মান্নদে। অদুনা উহৈ রাহৈ, চেং ফৌ, মনা মশিং হুরাই চেংরাইনচিংবা চীঙ্গাকী ওইবা পোৎ পুন্নমক অসি দেশ অমগা অমগা মগুণ অমতা মান্নদে, তোংঙান তোংঙাল্লি। অদুগা লাইনা মওংসু খরা খরা খেন্নৈ মান্নদে।

অদুনদি— দেশ অমগা, অমগা ১স্তু জাতি অমগা, অমগা চীঙ্গাক মান্নদবা অসি খোয়না অরানবা নত্তে—অচুম্বনি। মরমদি— মাগী মাগী লৈফমগী মীওইবগী হকচাং অদু, লৈহাও ১স্তুং ঈশিং নুংশিংকী খুদোংচাবা মতুংইন্না ঈশ্বরনা শেমগ্রবনি। মরম অমনা— হকচাং হায়বা অসি, লৈপাক্লা ওইবা ফৌ, চেং এনশাং নাপি মহৈ মরোংনা ওইবনিনা-মনিপুরদা হৌজিকমক মতম মতমগী ঋতু মতুং- ইন্না ঈশ্বরনা ঙা চাক— এনশাং নাপিনচিংবা চীঙ্গাক মখল মখল পীনরিবশিং অসি চাবনা অশেংবা—অচুম্বনি। মীরৈপাক্কী হওবা পানি, ঈশিং নুংশিং অমস্তুং ঋতু মান্নদবা মফমদগী লাকপা চীঙ্গাক চাবা হায়বা অসি নত্তবা— অরানবনি।

খায়না মমাংঙৈগী ইপা ইপুশিংনা মীরৈপাক্কী চীঙ্গাক অমতা চারমদে। মতম অদুগী ইপা ইপুশিং অদু, চাওবা শাংবা, পাঙল

কনবা অকপ অথৌ, মুক্ৰা কাংজৈ, লান্দা খৌবা, চহি য়াম্না পুন্সিবা অসিনচিংবা ওইরমই হায়না ভাই ১সুং উহৌই— অচুম্বনি।

হৌখিবা জাপান লান মতুংদগী মৈতৈ জাতিগী শাজং লিচং, চাকচা য়ুথক, ফীজেং চাকচা পুম্নমক মপুং ফানা ওক্লোকখ্রে।

হওবা পানি— ঈশিং নুংশিৎ ঋতু কপ্রবা মৈতৈ লৈপাক অসিদা মতমগী অহল্লোব, নহারোন, ছাত্র, ছাত্রী, নুপী অঙাংনচিংবা পুম্নমক অসি মরাম্বন কোক ভাওবা, খোং পংথবা লরাই শাবনচিংবা লাইনা মথল মথলগী চৎনা নাবা ওক্তো ওইনা ওইরক্লে। অচুনা মতম খরগী মতুংদা চংশি শিবা হেক্তিজিল্লকনি।

মরমদি— মৈতৈ জাতি ইতোপ তোপ্পা লৈজরম্বা ( সন্মান ) মঙুৎ মাংহনখিবা, ইরেপাক্কী চীঙ্গাক্কী মথক্তা মীরৈপাক্কী চীঙ্গাক্কা হেক্তিনখিবা অমসুং নুংশিরবা ইপা ইপুগী জীজেং চাকচা, শাজং জীচং, চাকচা য়ুথক অসিনচিংবা মথল মথল হেনজিল্লকনা, হিংচা য়াইতম্বগুম্বা তমঃ গুণগী পুকচেল, মশানা তাবা চীঙ্গাক্কী ওইরকপা ওইবনা অমনা অমবু নুংশিনদবা ওইদুনা হাৎতোকনবগা লোয়নন্না চংশি চংশি শিনরক্লগনি।

হকচাং অনা অথেক তৌদুনা খুনা শিদুনা পুন্সিদবা হায়বা অসি, পোকপদগী লৈরক্লিবা মকম লৈকম অদুগী জাতি অমনা চানরিবা চীঙ্গাকশিং অদু ফত্তবা ওইবা ১সুং হকচাং ফগৎনবগী পোৎচাক য়াৎপা নত্তে— অরানবা নত্তে— অচুম্বনি।

হকচাং হায়বা অসি—অনাবনা—অরানবনি। নাদবনা— অচুম্বনি। অরানবনা নাম্বিবা হকচাং অদু— মতমগী চাকম থোকপা চীঙ্গাক ফত্তবা ১সুং — পোৎচাক য়াৎপনা অরানবা ওইদুনা নাবা নত্তে।

চীঞ্জাক শিজন্নবা ১সুং শাজৎ লিচং— অরানবা ওইবদগী অনাবা হায়রবা— অরানবা ওইবনি। চীঞ্জাক শীঞ্জিন্নবা ১সুং শাজৎ লিচং অরানবা অচু অচুম্বা ওইনা চুমথোক্লবদি— ফয়কপা ওইবা নাত্রবা—অচুম্বা হকচাং ওইগনি।

মীওইবগী হকচাং অমসুং জীবশিংগী মশাবু—ঈশ্বরনা (নেচরনা) শেমলকপা খুংগেম অসি, একাগাড়ি শাবা কম্পানিনা রেলি, হারকলিস, ব্রমটন, অমসুং মচাক কাওবা জাপানী অসিনচিংবা মখল মখলগী একাগাড়ি শাবগুম্বা, রেলিগুম্বা হকচাং হারকলিসগুম্বা হকচাং ব্রমটনগুম্বা হকচাং ১সুং জাপানীগুম্বা হকচাং, অসুম তৌনা মী খুদিং অমত্তা মায়দনা পোকলকই।

অচুনা রেলিগুম্বা মশা ফবশিংনা চীঞ্জাক চাবা ১সুং শাজৎ জীচং তৌনং তৌনিংবা তৌবদা মশা নাবশিংনা তম্বা য়াদে। মশা মশাগী চাকথাও মপাঙ্গল মশক থংচুনা চীঞ্জাক তুমগনবা তুমগন্দবা অসিতবু মশানা মুঙ্গা পায়া ফাদোক্তুনা চাশিনখিবা চীঞ্জাকীমক্তৈ নিংখিনা তুম্বা ভম্নবা চাবা চাকচা আসনা— অচুম্বনি। চীঞ্জাক তুম্বা ভমদবনা— অরানবনি।

মরমদি— মীওইবশিংনা নোংমগী চারিম্বা চীঞ্জাকশি অচু. অকবা ভেটামিন, প্রোটিন কেলসিয়মনচিংবা য়াওবা অহাওবা এনশাং ওইচুনা, চীঞ্জাক হেন্না চাশিল্লবদি তুম্বা ভমদবনা, ঈ ওনবা ভমদচুনা ভেটামিনশিং অচু থিরক্তা চংথিগনি। অচুম্বা মীশিং অচুনা লাইরবা শেল লৈতবা ওইচুনা নোংম নোংমগী অকং অকাবা এনশাং হাওতবা ওইনা হেঞ্জিননা চাবা য়াদবশিং অচু, চাকথাও হাংবনা চীঞ্জাক নিংখিনা তুমচুনা লিভরনা ঈ লেপশিল্লগা হাটক্তা থাজিন্দুনা আর্টরিনা

হকচাং পুম্নমক্তা য়েনখি। অমাংবা ১মুং ঈশিংগী শরুকনা মাম্নী মাগী লম্বীদা চংখি। অসুম তৌনা তন্না শিজিন্নরবদি— হকচাং অমাবা লৈরোই।

চাক নত্তনা— এনশাংনচিংবা অচোইবা চাবা চীঞ্জাকীমখৈ খজু মত্তম অত্থুগী অফংবা এনশাং নাপিনচিংবা পোৎকীমখৈ হোংনা হোংনা লৈনা লৈমা— চাগদবনি। মরমদি— খজুগী মতুংইন্না মত্তম মত্তমগী এনশাংনাপিনচিংবা অচংপোৎশিং অত্থুদা অফ অফবা ভেটামিন প্রোটিননচিংবা মখল মখল য়াওরমগদবনি। অতুনা মশক খল্লুবা লৈতনা হোংনা হোংনা চাবদি হকচাংগী চংগদবা পোৎ মচাকীমখৈ মপুং ফারক্কনি। অদু ওইরবদি হকচাং ফগৎতুনা ঈ ইনাক খুনগনি।

হকচাংগী ঈ ইনাক খুল্লবদি হকচাং ফগত্তুনা অনাবা লৈরোই। অতুনা চিঞ্জাক শিজিন্নবা হৈতুনা ঈ ইনাক খুলহল্লগা হকচাং ফগৎহন্দুনা অনাবা লৈহন্দবা হায়বা অসি—অচুম্বনি। অছুগা চিঞ্জাক শিজিন্নবা হৈতত্নুনা ঈ লায়রহল্লগা হকচাং ফগত্হনুনা অনাবা লৈহনবা হায়বা অসি—অরানবনি।

মৈতৈ জাতিনা মপুং ওইনা শিজিন্নরিবা চাঞ্জাকী মমুংদা, অচুম্বনা অরানবা ওইনা শিজিন্নবা য়াওয়ে। মচুদি ঙা হায়বা চীঞ্জাক অসি হকচাংগী ঈ ফগৎনবা অফবা, অচুম্বা চীঞ্জাক অমানি। মরমদি— শা ঙানচংবা ঈ থোকপা জীবশিংগী মশা থোংহুনা চাবা হায়বা অসি— মনা মশিং মহৈ মরোংনচিংবা এনশাং নাপিগী চীঞ্জাকশী ঈ হেনগৎনা লৌহুনা হকচাং ফগৎপা হেল্লি।

অচবু মৈতৈ জাতিনা ঙা খুদিংগী অকংববু চীঞ্জাক ওইনা শিজিন্নরিবা অসিমক অরানবা ওইনা থোকলে। মরমদি— ঈ থোকলিবা

অাহৈংবা ওাগী, ঈ য়াওরিবা মশাদগী ঈ লৌতুনা হৃকচাং কপংনবগী—অচুম্বনি।

ওা অশিবা অমত্তুং অকংবা চাবনা চীঞ্জাক ওইবা হায়বা অমি —হকচাং মাংনবগী মশক ওইবা - অয়ানবনি। হায়বদি - অশিবা ১মতুং অকংবা ওানা চীঞ্জাক ওইবা অসিদি, হকচাংগী ঈ লৌরকপা মতমদা অশিবনা অপুম্বা ওইবা মগুণ মাওথিহনা ঈ শংদবা ওইবনা ধাতু (কাম) ৱাংলক্তুনা, ধাতুগী লাইমা হায়না মমিং পোম্নুনা অমাংবা য়ৈথংপা, ঈশিং লিকপা ১মতুং যাম্না চৎপনচিংবা ( ঈশিং পুকচং ) খোং শিথবা, পংথবা থুয়া শাবনচিংবা তৌতুনা, পাংথোকপা পোম্বানচিংবা মথল মথলগী লাইনা তৌবা নত্রগা খোং শিথবা পংথবনা খোংলোমদা ঈ চেন্নহনা, থজিনগী চাকথাওম ইহুন ( মিহুন ) য়াম্না থুনা থুনা চোংহনা কোক ওাওবা লয়াই শাবনচিংবা মথল মথলগী অনাবা ওইনা তৌরম্নগা, কমথোংদগী খোংদোন ফাওবগী মিহুন ইচেন অহু, খোং শিথবা পংথবমা ফুমহনা লেপখ্রে। অতুদগী মহোশানা হার্টকী মিহুন মপাঙ্গল শোম্বনা, য়াম্না থুনা থুনা মিহুন হনজিন-থিহনা, খোংদোল কাওবা চেনগদবা মিহুন ইচেন অহু চেনদহনা, ঈশিং ঈপাক্তা মুংশিংকী ইথক্ত। লৈয়াইদা ফুরগা ইথক মনিং হল্লকপগুম্না, কমথোংদগী অকনবা মিহুন ঈচেল অহু লকাগী থজিনগী মিহুনকমদা, অওকপা ফংনা য়াম্না থুনা থুনা ফুজিনখিহনা চোংব্রে। মথংদা হার্টকা লোয়ননা কোকী থোপ ( ব্রেন ) মমুংদা ফুজিনখিহনা থম্ন লেপখিবগা লোয়ননা শিরে।

অমুম তৌন থংহৌদনা য়াম্না থুনা শিবা লায়না অসিবু হার্ট ফেল ওইবা নত্রগা ব্লদ প্রেসার, ১মতুং থাইনা ইপা ইপুগী হাক্তকতগী

হৌনা মৈতৈ মাইবগী লোন্দা লায়রৈনা শিবা হায়না খংবৈ। মপালগী রাখন্দা চংনা নাবনা চংশি শিবা লাইনানি। অসিগুম্বা চৎনা নাব। অসি মতম অসিগী অহল্লোন নহায়োন, মুপী মঙাংনচিংবা পুম্নমক অসি চৎনা নাবা ঙাক্তা ওইনা তৌরে। অসিগী মরম অসি—অরানবা—চীঙ্গাক শিজিন্নবা, শাজৎ লিচৎ য়াহিপ কমকম চাকচা য়ুথক শোয়বদগী ওইবনি। হায়বদি—চীঙ্গাক্কী মরম মথক্তা হায়ত্রে, মাহৌ থেংবা ১সুং মতমগী মতুংইন্না একাগাড়ী, হাওরা গাড়ীনচিংবা গাড়ী মখল মখলগী মতেংনা, খোংনা চত্নুনা মথৌ অমত্তা তৌত্রে।

খাইনা গাড়ী ফংত্রিবৈগী মমাংদা খোংনা মাইল ৪০ | ৫০ ফাওবা চৎনরমই। মতম অতুদা মী থুদিংদা চৎনা নাবা লাইনা অসি কয়া তৌনরমদে।

খোং শিথবা পংথবা, কোক ঙাওবা, লয়াই শাবনচিংবা চৎনা নাবা অনাবশিং অসি তাস্থোকপা ১সুং চংহল্লোয় হায়রবাদ—মথক্তা তাকখ্রবা হকচাংগী অরানবমখৈ, অচুম্বা ওইনা চুমথোকপা— অতুগা মরু ওইব হকচাংগী শাজেনশিং অসিগা তৌগদবনি। যোগ-আসন শিজিন্নৌ।

অয়ুক অঙনবদা মাহৌ য়াম্না ঙনতানা পুং ৪ তাবা মতমদা হৌগৎতুনা মাইল ২গী লম ফাওবদা, হঙৎহন্দা মাইল ৪ চৎপা অতুগা সুমিদাংবাইরম নত্রগা য়াচংবা অশংবা মতমদা মাইল ২গী লমদা মাইল ৪ হঙৎহন্দা চৎলগা নোংমদা অয়ুক সুমিদাংবাইরমদা মাইল ৮গী লম অসি অতংপা লৈতনা, খোংনা য়াম্না কয়া থুনা

থুনা চংকদবনি। অদুগা থোং পংথরিবা অদু থুংলী তুবা মাইকয়দু তুহনগদবনি।

অসুম তৌনা তৌনা মীওইবগী পুন্সিগী মসুংদা হকচাং হায়বা অসি— মপাঙ্গল লৈতবা মশানা করিগুম্বা অমতা তৌবা তেমদবা পোলাংগুম্বনি। পোলাংগুম্বা হকচাং অসিগী মসুংদা চীঙ্গাক অমসুং স্বর অনি অসিনা চংশিল্লগা, অহিংবা অমা ওইদুনা থবক পুম্নমক হকচাংনা তৌরি।

পোলাংগুম্বা হকচাংদা স্বরনা চংথোক চংশিন তৌরিবা অসিদি— স্বর হায়বা ঈশ্বর অসিনা অরেপ্পা অচুম্বা ওইবনা, চীঙ্গাক্লা শাবা হকচাং মসুংদা চংথোক চংশিন তৌদুনা হকচাংবু হিংহনবত্নি। অদুনা স্বরগা হকচাংগা মরী থাংনদে, তোংঙান তোংঙানবা পোং-চাকনি। স্বরনা হকচাংবু অরাবা মুংঙাইতনা অমতা পিদে। চীঙ্গাক্লা শাবা হকচাং ওইবনা, হকচাংবু মুংঙাইহল্লি, মাহল্লি, মাংহল্লি, হিং-হল্লি অমসুং মথল মথলগী অনাবনা শিহল্লি। অদুনা মীওইবগী পুন্সিদা, চীঙ্গাক অমসুং হকচাং অনি অসিগী মরমদা মথক্তা তাকখ্রবা নিয়মশিং অদু নিংথিনা নৈনদুনা মরু ওইনা শিজিন্নগদবনি।

---

## ৬ শুবা—শরুক

# স্বর

## অচুম—অরান

স্বর হায়বা অসি— "অনাদি পুরুষ" ভগবান্দগী ( আকাশ-অতিয়াদগী ) থোকখিবা ( ব্রহ্মতেজ ) অহং অশা লোয়নববা ( পুরুষ ভগবান ) মুংশিংনি।

মপালগী আকাশ—অতিয়াদা ( ব্রহ্মাণ্ডদা ) শিংলিব মুংশিং অসিনা, মীওইবা অমসুং জীবশিংগী নাতোন অহোবা মথুন ১মুং মাগী মথুন অহোবদা চংথোক চংশিন তৌরগা স্বর হায়বা এমিং অমা ওইখ্রে।

আকাশদা শিংলিবা মুংশিং অসিদি পুরুষ ভগবান ওইবনিনা অরেপ্পা—অচুম্বনি।

অসিগুম্বা অচুম্বা মুংশিং অসিনা, মীওইবা অমসুং জীবশিংগী প্রকৃতি ভগবান্না ওইবা মশাদা স্বর ওইন চংথোক চংশিন তৌবনিনা অরেপ্পা নত্তে—অরানবনি। মরমদি— পুরুষ ভগবান্না ওইবা অচুম্বা মুংশিং অদু, প্রকৃতি ভগবান্না ( চীঙাক্না ) ওইবা মীওইবগী পোকপা শিবা নাইবা থমুংদা চংথোক চংশিন তৌবনা অরানবা ওইরে।

অদুবু পুরুষ ভগবান্না অচুম্বা, প্রকৃতি ভগবান্না অরানবা—লাই অনি অসিনা মীওইবগী পোলাংগুম্বা হকচাংদা চংশিনক্ষম লন্থী তিন্নদে তোংঙান তোংঙাল্লি। পুরুষ ভগবানগী লন্থীনা স্বর ওইনা নাতোন মথুন অনিদনি। প্রকৃতি ভগবান্না চীঙাক ওইনা মাগী মমুংদা খৌরী ঈতোংদগী চাকথাও কাওবনি।

অচুম—অরান - গাই অনিনা চংশিন্দুনা ওইবিরিবা মীওইবগী হকচাং অসি, মথক্তম্ম তাকখ্রে।

পুরুষ ভগবানগী শক্তি, স্বর ওইবা চংথোক চংশিন তৌরিবা নাতোন মথুন অনি অসি—অচুম্বা—দেবজ্ঞান শক্তিনি।

প্রকৃতি ভগবানগী শক্তি, চীঞ্জাক চাশিনকম ওইনা তৌরিবা, য়াদগী, খোয়ী উতোং, চাকথাও, থিবোংথাও, থিরিন শোঙথোং, পুম্নমক অসি অরানবা পিতৃজ্ঞান শক্তিনি।

মীওইবগী হকচাং অসি, মওং চুম্না নিংথি মুংঙাইনা অনা অযেক তৌদনা, পুক্ষি তোলোম্বনা ঐ মশক খংনা শিগে. নি লবদি ইশা মনুংগী স্বর অচুম—অবান মশক খংগদবনি।

হকচাং হায়বা অসি, প্রকৃতি ভগবানগী চীঞ্জাক্না ওইবা - স্বর হায়বা অসি, পুরুষ ভগবান্না ওইবা—অচুম্বনি। অদুবু অচুম্বা ওইবা স্বর অসি, অরানবা ওইবা হকচাংগা মরী থাংনবনা অচুম্বা ওইদ্রে, অরানবা ওইরে

অচুনা মীওইবনা পুন্সি চুপ্পা মপালগী মুংঙাইবা, অরানবগী ইপাক্তা তাওদুনা মুম্বাল্লোন চুমদবনা, থনু দা অওকপা ফংবা অনাবনা মাংশিল্লক্কুনা, হকচাংনা অয়ে। ইমাগা লোয়ননা অন্নাবগী ইপাক্তা পুন্সি লোয়শিনথি।

হৌজিক্কি অশেংনা খংলে-- মশানা তারবা অরানবা হকচাং অসিদা, মশানা তারবা অচুম্বা ওইবা স্বর অসিনা, অচুম্বা ওইবা দেবজ্ঞান শক্তি নাতোন মথুন অসিদা চংথোক চংশিন তৌবদা নত্তনা, চপমান্নবা অরানবা ওইবা পিতৃজ্ঞান শক্তি য়াদগী থনুংগী

পুক মন্নুং কাওবা স্বয় চংথোক চংশিন অত্তংপা লৈতনা তোকপা য়াদনা মনাং ওইনা তৌমিন্নরি।

অদুনা অচুম্বা ওইদুনা মুংঙাইবগাক্কা ওইগদবা, অচুম্বা থবাই ( প্রান বায়ু ) গী মশক স্বয় অসি—অয়ানবা ওইবা পিতৃজ্ঞান লম্বীগা থানবা লৈতনা মনাং ওইনা. স্বয় চংথোক চংশিন তৌমিন্ন-বদগী মশানা অচুম্বা ওইবা স্বয় অসি, অয়ানবগা লোয়নদুনত্তা লৈরবনিনা, মীওইবগী হকচাং অসি অচুম অয়ান মশক খংদদুনা, খংনা খংনা, ঊনা ঊনা অৱাবা অনাবনা মুংঙাইবা ওইবা সংসার য়ুম্বানবা মায়াগী ইপাকথক্তা পুন্সি লোল্লি।

অদুনদি -নৈনবা ( কলচার ) অসিনা তশেংনা খংলে। থাইবা লাই হাক্কগী য়োগী-ঋষিশিংনা, মখল মখলগী লাইনিং জ্ঞান যোগ, রাজযোগ. অসিনচিংবা লাইনিং মখলশিং অসি খংবদা অঙকপা ওইনা পাক চাওমনদ্রে।

যোগ—হায়বা লাইরোন অসিগী থৌরম, পোৎ অমগা অমগা অনিনা অমত্তা ওইনা তিন্নশিনবয়-যোগ কৌই। অদুনদি— স্বয় শাজেনগী মন্নুংদা "যোগসাধন" হায়বা অসি স্বয় অমগা অমগা স্বয় অনি অমত্তা ওইনা তিন্নশিনবা অসি মশানা তাবা ওইরে।

হৌজিক্তি—নৈনবা (কলচার) অসিনা তশেংনা খংলে। হকচাংগী মন্নুংদা অয়ানবা ওইবা পিতৃজ্ঞান লম্বীদা, অচুম্বা ওইবা স্বয়না চংথোক চংশিন তৌরিবা য়াগী অসি উমশিল্লগা. লৈ মতোন অসি য়াথক য়াথা য়াতোন অসিদা নপশিন্দুনা, লৈ অসি করিগুম্বা পোৎ অমা উম্বগুম্না, উমদুনা থম্লগা থোইদোং মথাগী চনিং নমথদুনা

কলহল্লগা, য়াং চপতিংনা পুক কংথোকপা ফিজুপ অসি চৎপদম্ব কয়দম্ব চাবদম্ব ভুম্বদম্ব পুং ২৪ চুপ্না পুনসি চুপ্না লেংদনা লৈগদবনি হায়বা অনিংবগা লোয়ননা নৈনবা (অভ্যাস যোগ) ওইনা তমগদবনি।

য়া উমাশনবগী ফিজুপ অসিনা—অচুম্বা ওইরবদি থম্মুংদা স্বর হোন্দোক হোজিন তৌজনা হকচাং নোমজম্বনচিংবা তোকখিজনা পিতৃজ্ঞান লম্বী থম্মুংদা স্বরগা মরী থাংনত্রে।

ফিজুপ অসিনা—অরেপ্পা অচুম্বা ওইরক্লবদি স্বর আস, মতোমদনা পিশুন আনগী করক মথক্তা জ্ঞান বিজ্ঞান যোগ ওইনা, পিতৃজ্ঞান লম্বীদা চংশম্ব অরানবা স্বর অত্থু অচুম্বভাক্তা ওইবা দেংজান লম্বীদা যোগ ওইন তিন্নশিনত্রে

ফিজুপ্পা তারকপা স্বর অনি পুনশিল্লকপা মতাং অত্থুদা নাতোন্না হৈনদজনা অরাবা অমা ওইবনি। মতম অজুনা নাতোন নাকচি শানি অসি ফন্দোক ফাঞ্জিন তৌজনা নাতোন্দা স্বর হোন্দোক হোজিন তমবিগদবনি

ফিজুপ অসিদু ইপা ইপুশিংগী পাওতাক্তা চিংথৈ ফিজুপ অহুম কৌই। বেদ শাস্ত্রগী পাওতাক্তা শ্রীকৃষ্ণগী (ত্রিভঙ্গ) শাথেক অহুম কৌই। শংগী মমুদা কৈ ১স্থং হোদোংনা শা ফারমদায়দ থোংফম অহুমদা মশংগী থুপখিবা শাথেক অত্থু ফিজুপ অসিনি।

মসিগুম্বা ফিজুপ অসি—হকচাংগী হৈনবী ওইনা চুশিলহনখ্রবদি, হায়গী য়াগা লোয়নমা থম্মুংদা স্বর হোনবা হৈংকত্রজমা, নাতোন্দ ভাক্তা স্বর হোল্লবা মতাং অত্থুদা, ইশাগী বাথল, মীনা ভাংনা বা তৌগদবা থবক্কী মও পুম্নমক অসি কোক্কী মমুংদা চংশিল্লককনি।

মীওইবশিং অহুনা মথক্তা তাকপ্রবা স্নুরত যোগনচিংবা লাইদাং মথল মথলগী থিরিশিং অহু, পারগা প্রাক্তিকেল ওইনা শাম্নগে হায়না নিংলবদি, ক্ষিতুপ অসি হোত্রৈভেগী মমাংদা করিগুম্বা স্বর শাজেল কুম্ভক রেচক নাচংবা অমতা শান্নবা য়াদে।

ক্ষিতুপ অসি—লাইরক তম্বা হোরকপদা ময়েক ইতুনা ককলে ময়েকী মওং থম্নুংদা চুহনবগুম্না, স্বর শাজেল তম্নবগী মপীনি। মুম শারমদায়দা য়ুমফম থোনবগুম্বনি।

অহুনা ক্ষিতুপ আস থম্নুংদা মনাৎ ওইনা অকাওবা লৈতনা শাম্লবা লৈতনা চুশিন্নবাদ— অতৎপা লৈতনা রাথলগী মুংঙাইবা থবকী মুংঙাইবা নত্তনা, চুম্নগী ইনুংদা মুংঙাইবা মওং অমা ইচম চম্না লাক্লবাদ, স্বরগী শাজেল মথল মথলগী লাইরিক্তা ইরম্ববথে শিজিন্নবা য়ারগনি। থংদবা হৈতবা ওমদবা অমতা লেররোই পুম্নমক থংলগনি।

ক্ষিতুপ অসি হৈত্রিভৈদা স্বর শাজেল অতৈ অতৈ শান্নরুরবদি হকচাংগী মনুংদা লৈবা অরুবা মফম শোক্কনি। ক্ষিতুপ আসগী শাথেক লাইরিক্তা ইরিবা আসি, নৈনতুনা তম্নিংবশিংনা মতোমদনা মথল মথল নৈনবদা অকাইব। থোইনা লৈতে।

ক্ষিতুপ অসি তম্বা হোরকপদা হৈনবা চুনবা চিংথৈরোন অমগা লোয়্নননা তমগদবনি। চিংথৈরোন মথল থম্না লৈবগী মনুংদা কর্ম্মযোগী-শিংগা চুনবা আস, মমাংগী ইপা ইপুশিংনসু মথং মথং ওইনা তৌরক্লবা, "হুঃ রঃ স্বঃ" হায়বা চিংথৈরোন অসিনা খুদোং চাবা হেল্লি।

অয়ুক নোংঙাল্লকপা চিংথৈ হুল্লকপা মক্তমদা য়াহৌতুনা হকচাং শেংদোক্লগা চিংথৈ ক্ষিতুপ অহুমগী অঙাংবা ব্রহ্ম লৈরিভৈদা, থোংগ্রাই

চন্দুনা মাঙ্গোলদা ফম্বা ওইরবস্থ নত্রগা লমহাংদা লেপ্পা ওইরবস্থ ভাঙ্গা য়েংতুনা. য়াং তিংবা, চনিং নমথবা, পুক কংথোকপা ফিতুপতা লৈরগা, ফিতুপ লেংহন্দনা. "হুঃ" হায়না শকু কম্মা য়া কাহুনা কামথোক্লগা তপ্পা তপ্পা ফিতুপ্পা কারিবা চনিংগী স্বর থোরকহন্দবা কামথোকপদা স্বর লৈরকত্রবা মতমদা ওস্বমথৈ কুইনা তপ্পা তপ্পা ফিতুপ লেংদনা স্বর লেপ্তুনা থিংগনি। অসিবু রেচক কুম্ভক কৌই। হারক্লবা মতমদা "রঃ" হায়বা পুক্লিংনা তপ্পা তপ্পা নাত্তোন অনিদা স্বর চিংশিন্দুনা লোয়বগা "স্বঃ" হায়না কোক্তী থোপ মথুংদা ইনশিন্দুনা স্বর লেপ্পগা ওস্বমথৈ কুইনা তপ্পা তপ্পা ফিতুপ লেংদনা স্বর লেপতুনা থিংগনি। অসিবু পুরোক কুম্ভক কৌই। মথংদা "হুঃ" হায়না অমুক কামথোকতুনা তৌনিংলিবামথৈ কুইনা তৌবদা অকাইবা লৈতে। অস্তুম তৌনা নোংমগী তত্তনা তৌরবদি পুনসি মহৈ য়ানগনি।

পুরুষ ভগবানগী মশক মপালগী প্রানবায়ু মুংশিংনা, মীওইবগী থম্মুংদা স্বর ওইনা চংথোক চংশিন তৌবদা দেবজান লম্বী পিতৃজান লম্বী থায়রিবা অসিগুম্না, ভগবানগী. পাক চাওরবা মুংশিংকী সমুদ্র ব্রহ্ম,গুগী মথুং অতিয়া মণ্ডলগী অকোয়বদা ঋতুগী মতুং ইন্না দেবজান মার্গ লম্বী—পিতৃজান মার্গ লম্বী অনি থোকনা মুনি ঋষিশিংনা থায়লোকপিরমই।

ভীষ্ম সেনাপতিনা মহাভারতকী লানকয় ময়াইদা শিখন্দিগা লাম্বা পাবদা, শিখন্দিগী মপোক থংনা মুপী ওইনা উরতুনা ভীষ্মনা খুংলাই থাহুনা চপ লেপতুনা লৈখি। শ্রীকৃষ্ণনা অহু খংহুনা শিন-থিবনি। অতুনা শিখন্দিনা ভেল কাপ্পগী মথুংদা অর্জুন য়াওনা

মরক মরক্তা তেল পাংশিন্দুনা দে'লাই মথক, লেপতুনা লৈরিবা ভীষ্মগী মশাদা অঙকপা ফংনা তেলনা থারবা অদুদা খাংবা ওয়কত্রদুনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ হায়না দোলায়দগী ঊপনা লৈপাক্ত' তুথখরে। তেল ময়াম অদুনা ভীষ্মগী মশা অদু লৈপাক্তা শোঁদুনা ফমুংদা ঊপ্না হিপ্পওয়া লৈরে। খুদক অদুদা কৌরব পাণ্ডব কৃষ্ণ লাম্মীশিং পুম্নমক চেনশিন্নরকতুনা মতিক চাবা সেবা তৌনখি।

মতাং অদুদা ভীষ্মনা হায়খি, ঐ হৌজিকমক প্রান থারগে হায়ববু হৌজিক মতম অসি দাক্ষিনরায়ণনি। অদুনা পিতৃজান লম্বী চৎনিংদে হায়খিবনি। উত্তরায়ন লাক্লগ, মতাং চানা দেবজান লম্বী য়ৌগনি হায়খিবনি।

ভীষ্ম হায়বা মহাবীর অসি, মতম অদুগী মী, লাই পুম্নমক্তগী অথোইবনি। মতম অদুগী যোগ মার্গদা থোইদোক হেনদোকখ্রবা (ইচ্ছা মরন) মশানা শিরগে হায়না নিংত্রিবমখৈ শিবা নাইত্রবা মীরোন অদুম পুনসিনবা চহি মশিং খংদ্রবা পোকপদগী ময়ূম পাল্লকত্রব বীরপুরুষ অমনি।

মীওইবগী হকচাং মনুংগী দেবজান লম্বী, পিতৃজান লম্বী অসিসু "অচুম্বা" হায়বা লাইগী মফম য়ৌগদবা থিগদবনি। মপালগী ব্রহ্মাণ্ডদা দেবজান লম্বী, পিতৃজান লম্বী হায়না ভীষ্মনা পাওতাক অমা ওইনা কোংদোকলমইবা অসিগী মার্গসু খংবা হৈবা ওইগদবনি।

উত্তরায়ণ ১সুং দক্ষিনরায়ণ হায়বা অসি—কাইরেন—লমদা থা অনি তাইনবদগী থরাল—লাংবন তাইনবা কাওবা থা ৬ কী কালেন ঋতু অসি উত্তরায়ণ-দেবজান লম্বীনি। থরাল—লাংবন

তাইনবদগী কাইরেন—লমদা তাইনবা কাওবা থা ৬ কী নি থমথা খুতু অসি দক্ষিনরায়ণ—পিতৃজান লম্বীনি।

উত্তরায়ণ—কালেন থা ৬ অসিদি সুমিৎকী মৈশানা, পৃথিবীদা হিংলিবা জীবশিং অমসুং লৈপাক চিং তুরেন সমুদ্রনচিংবা পুম্নমক্কী (ব্রহ্ম তেজ) মৈশা অতৎপা লৈতনা চিংখৎলি ১সুং মথক্তা শামল্লবা মতাংদ নো ওইনা অমুক তাম্নকই। সুমিৎকী মৈশানা থা ৬ চুপ্পা মৈশ চিংখৎলবা থবক মতৌ অসি—বেদ শাস্ত্রনা "আদান" লাইনা পৃথিবীদগী মৈশা লৌখৎপা হায়না কৌই। অদুনা কালেন থা ৬ অসিদি মপান্দা শাবনা খাংবা ঙমদে। অদুবু মীওইবা ১সুং জীবশিংগী হকচাংগী মৈশা চিংখৎখিবানা, থনুংদা মৈশা হন্দুনা রাৎপা ওইবনা চাবা থকপা ইশিংনচিংবা তুম্বা ঙমদনা কালেন্দা মী যাম্না মানংননি।

ভীষ্ম মহাবীরনা উত্তরায়ণ থা ঙাইদুনা শিরগা দেবজান লম্বী চৎকনি হায়রখি মবমদি—উত্তরায়ণ থা হেক চংলকপগা সুমিৎকী মৈশানা, মীওইবগী হকচাং মনুংগী মৈশা চিংখৎলবা অদুগ ইয়োইননা, অথংবা ওইবা ভীষ্মনা সাধনগা লোয়নননা, মশাগী প্রান বায়ু ব্রহ্মতেজ অদু শিরগা সুমিৎনা মৈশা চিংখৎপদা য়াওদুনা, সুমিৎনা লৈবা সত্যলোক লাইবৈপাক য়ৌনা, মাগী প্রানবায়ু আত্মা অদু কাবা ঙম্লনবা ঙায়খিবনি। অসিবু দেবজান মার্গ লম্বী কৌবনি। প্রমান—মুংশিং মাইওন্দা তুং ওস্তোকতুনা একাগাত্তি থৌরম্বদি থোং ওৎত্রেবসু গাড়ি মত্তোমদা চেন্দুনা য়ৌনিংবা মফম থুনা য়ৌবওম্না সুমিৎনা পৃথিবীগী মৈশ চিংখৎপনা, মতম অসিদা শিবা মী থুদংগী আত্মাগী প্রান বায়ু অদু অফবা ওইগনি।

নিংথমথা ও অসিদি—চুমিংকী মৈশা অসি পৃথিবীদা পিথরকপনা মী ১মুং জাংশিগী থমুংগী মৈশ হেনগৎলি। অচুনা মপান্দা ইংলগা থমুংদা শাবনা চাখিংবা চীঞ্জাকীমথৈ থুনা চুমচুনা নিংথম থাদা অশেংবা থুদম ওইনা মী কয়া নানদে।

নিংথম থাদা 'শিব' মী খুদিংগী প্রান বায়ু আত্মা অসি—চুমিংকী মৈশানা পৃথিবীদা প্রাদান' মশ পিথরকপা ওইবনা থাগী মথক্তা লৈবা (জনলোক) পিতৃলোক ফাওবদা কাবা ওমই। চুমিংনা লৈবা সত্যলোক ফ ওবা কাবা ংদে অসিব পিতৃজ্ঞান মার্গ লম্বী কৌবনি।

প্রমান—মুংশিং মাইন্দা মাই ওনশিন্দুনা একাডি খৌরবদ মুংশিংনা ভাকথোকতুনা গাডি শৌবা য়াদচুনা খোংনা চৎপগুম্বা, চুমংকী মৈশাম পৃথিবীদা হন্সচুনা পিথরকপা ওইবনা নিংথম থাদা শিবশিংগী প্রানবায়ু অত্মা অচু থাগী মথক্তা লৈবা। জনলোক। পিতৃলোক ফাওবদা কাবা ওমই ভীষ্ম মহাবিরন' শেংনা অথবা ওইচুনা উত্তরায়ন চলকপা ভাইথনি।

মীওইবগী হকচাং হ যবা অসি. (প্রকৃতি ভগবান) (পৃথ্বি মাত) লৈপ কৈলেমনা চীঞ্জাক ওই পজু- কাইগী খুংশেম ওইনা শেম্বিব ন। অচুনা চীঞ্জাক হায়বা পোংচাক অসি কংখা নত্তে, অরানবনি অচুনদি হকচাং অসি তাংশংবা অরানবা ওইরে। মশানা তাবা অরানব হ চ অসিগা মরী পংবা পোংচাক্কা মথৈ অরানবা ওইরে। অচুনদি স্বর হায়বা অসি মীওইবগী চিন-ভাইগী মচাকনি। অচুনা—স্বর অসি অরানবনি। অরানবা স্বর অসিবু -পিতৃজ্ঞান লম্বা,মা উমশিন্দুনা—দেবজ্ঞান লম্বী, মাত্তোম অনিদা —স্বর চৎহল্লবদি—অরানবা স্বর অসি—অচুম্বা ওইচুনা মুংভাইগনি।

## ৭শুবা শরুক

# "শ্রীমদ্ভগবদ গীতা"

## অচুম—অৱান

"ভগবদ গীতা" — মীওইনা জাতি খুদিংমক্কী—হৌরককম' তুংনকম, লোয়শিনকম ওইবা—অচুম্বনি।

"গীতা" অচুম অৱান অনিনা তিম্নশিনখিদুনা, মশক খংনত্ত্ৰবদা অকনবা লাল তৌনদুনা মশক খংনখি। অৱানবনা—অৱাবা ফংদুনা তুম্না মাংখি। অচুম্বনা—মহৈ য়ান্দুনা মুংঙাইবা ফংখি।

"গীতা শাস্ত্র"— কৌরব ১স্তুং পাণ্ডব শাগে অমত্তগী মচিন মনাওশিংনা অচুম—অৱান মশক খংদদুনা, য়ুম্ফম মুম্নবাগী লানফম ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণ অর্জুন মপু মনাই অনিনা পুথোকখিবনি। থাইনা মমাংদৌদা ভারতবর্ষগী হস্তিনাপুরদা, কোন্নুং আমা থোক্লা য়েন্নদুনা, মচিন মনাও যুধিষ্ঠীর ১স্তুং দুর্যোধন অনিনা নিংথৌ অমমম ওইদুনা পানখি। মতম অমদা য়ুধিষ্ঠীর নিংথৌনা চাওখৎপা হেনগৎলক্লদুনা, দুর্যোধন নিংথৌনা কল্লকপনা থুমহৎখিদুনা, শৌকুণী মন্ত্রিগা তানদুনা মপাবুং ধৃষ্টরাস্ত্রবু যুধিষ্ঠীর নিংথৌ কৌহন্দুনা, চৌবর শাম্নৌ হায়হল্লগা, শক্লনা শাবা মিনম্না চৌবর থৌরাং তৌদুনা শান্নখি। মিনম্না অৱানবা ওইবা শক্লনা চৌবর ওইনা যুধিষ্ঠীরনা পায়দুনা ছুননমথৈ অচুম্না অমতা তাদ্রে। শৌকুণীনা অচুম্বা ওইদুনা, যুধিষ্ঠীরগী কোন্নুং সনা লুপা লৈঙ্গেনচিংবা মরৈপাক্কী প্রজা ১স্তুং দ্রৌপদিনচিংবা মচিন মনাও মঙামক্কা লোম্ননা মিনাই ওইনা চৌবরদা থাদোকখ্রে।

শাগৈগী মতুংদা অতকপা ফংবা থৌদোক থোকপতারন্দুনা, ভীষ্ম, ধৃষ্টরাষ্ট্র, দ্রোন গুরুনচিংবা হস্তিনাগী অহল লমনশিংনা রায়েল তৌদুনা, যুধিষ্ঠির দ্রোপদী নচিংবা মচিম মনাও মতানা চহি ১২ বনচৎপা চহি অমা লোৎপা, চহি অদুগী মতুংদা দুর্যোধন নিংথৌনা থেংনরগা অমুক চহি ১২ বন চৎপা অদুগা থিবা ফংজ্রগা যুধিষ্ঠীর নিংথৌনা মরৈপাক্তা হস্তিনপুনা নিংথৌ ওইবা হায়বা রারেপ অসি তানদুনা চহি ১২ বনচৎপা হৌজ্রে।

মথংদা চহি ১২ বন চৎতুনা চহি অমা বিরাট নিংথৌগী কোন্নুংদা লোন্নুনা লৈথি। দুর্যোধন নিংথৌগী মীশিংনা পঞ্চপাণ্ডবপু থিবা ফংজ্রে। মথংদা পাণ্ডব থিরুবা মীশিংনা, ভীমনা লোন্না বিরাট নিংথৌগী কোন্নুংদা দ্রৌপদী হাক্তকী, নিংথৌগী মথেন কিচক সেনাপতি হাৎথিবা মওং মতৌ অদু তমলুবদা, কিচক সেনাপতি শিরে, হায়বা পাও তাবদা উশিংতদুনা, বিরাট নিংথৌগী কোন্নুংদা দুর্যোধন নিংথৌনা লানদারকতুনা, যণ লক্ষা লিশিং থোমজিন্দুনা সনা লূপানচিংবা লুট তৌবগুম্না লৌশিল্লে। দুর্যোধন নিংথৌগী লানক্কং অসি বিরাট কোন্নুংগী অরাংগী লমহাংদনি। কোন্নুংগী মখা থংবদ সুশর্ম্মা নিংথৌনা লানচংলকপা পাও হাম্না ফংদুনা বিরাট কোন্নুংগী লানমা পুন্নমক লানচংশ্রে। খুদক অদুদা দুর্যোধনগী লানপাও লাকপদা চৎপিনবা মী অমতা লৈত্রদুনা, বিরাট নিংথৌগী মচানিপা উত্তরগা অর্জুনগা চৎখিদুনা, কৌরব তেংলবু অর্জুননা মাইথিবা পিদুনা, বিরাট নিংথৌগী মরুপ মথুম যননচিংবা থোমজিন্দুনা বিরাট নিংথৌগী তেংবাংখি। অসিদা নত্তনা কৌরব তেংগলগী শেংলিবা মফীমরোল পুম্নমক, তেলনা গুমহৎতুনা তুমহল্লপা লৌথোক-

চুনা মৈ থাদোক:ল। লনমী তেঙ্গল পুন্নমক মফী মরোল অমতা য়াওলনা ময়ুমদা হল্লে। থৌরম অসিমক অর্জ্জুনা লাংথিবা অসি, রাজশোভাদা দ্রোপদীবু মফী মুনথিবগী লময় শিংথিবনি। অসিমক— অর্জ্জুনগী অয়ানবনি।

অতুনা অর্জ্জুনা দুর্যোধন নিংথৌদা ফোংহিবা অসি, চহি অমা লোৎপগী মুমিং হেল্লবনি, ইরাই লাইনা মরৈ াক মরম মখুমনচিংবা ফংলগদবনি। মতুবু পাণ্ডব মচিন মনাও মশানা অয়ানবা থবক তৌদুনা, (কর্ম্মফল) তেঁজব থবকী মহৈনা দ্রৌপদী মথক্তাই মাংবম্মু মত্তবা ইকাইবা থর ফংথিবা মতুন্ অর্জ্জুনা মুপীনা ওম্বা মুপী মরা চৎপা ওইনা, মরাল লৈত্রবা তেঙ্গলশগী মফী মুন্দুনা ইকাইবা পিথিবা মতুগী অয়ানবন—দুর্যোধন্না শাণ্ডনিংবা চুংঙাই-তবনা—হায়ন থবনা অচুম্বা ওইরবসু পাণ্ডব শাগৈগী মরম মখুর লৌগী য়ুমফম কোম্নুং প্রজানচিবা পুন্নমক অসি য়েতুম অমা লৈপাক্তা য়ৈশিনবদা, লৈরিক অমা ফাওবা—পিরোই হায়ন' নাশকথে। মথদা—শাগৈগী পুরোহীত ব্রাহ্মন ধৌম্যাচার্য্যনা চৎতুন দুর্যোধন্না পাণ্ডব মশাগী লৈপাকতা য়ু হায়কন্দা যারবত্রে মথদ, শ্রীকৃষ্ণনা লেংছনা হাযরুবংসু যারকত্রে।

দুর্যোধান মশাগী কল্লকপা অপাম্বা মপুক্কানিংনা থুমহুংথতুনা, শাগৈগী মচিন মনাওসু থোকপা মরানম্নু লৈত্তবা পাণ্ডপু, অয়ানবা ওইনা মিনম্বনা চেৎবব শাম্নুনা মীগী মপোৎ মুন্দুনা লৌবা মরান লৈত্তবা দ্রৌপদীবু ইকাইবা পিবা, ১সুং শাগৈগী অহল লময় মমাংদা য়ানথ্রবা ওইবা চহি ১২ বন্দা চংলগা চহি ১ লোৎপা হায়না লেপ্পথিবগী অচম্বা তৌদনা অয়ানবা তৌবা।

অসিগুম্না দুর্যোধন নিংথৌগী অরানবা ময়াম অসিগা— অর্জ্জুনগী কৃষ্ণঃ গুনগী অয়াংবা পুকচেল্ল' থুমহৎখিদুনা হৈক্না শিংবা ঐ মপাইরে, ঐনা ওমদবা লৈতে, হায়বা পুকচেল্লা চগ্লখিদুনা জ্ঞান তাদনা, মরাল লৈতবা তেঙ্গোল লানমীশিংবু ইকাইবা পিখিবা—অরানবা— অনিনা থেঙ্গাইনদুনা অকনবা মহাভারত লাল্লাও অমা কুরুক্ষেত্রগী পাকচাওথ্রবা লমহাংদা অচুম অরান খংনবগী লান তৌনবা হায়না লেপল্লে।

পাণ্ডব মচিন মনাও মঙাগী মনুংদা অর্জ্জুনতনা অহেনবা পান্বা মী উ.শত্তুর. হৈবা শিংবা ঐ মঙাইরে হায়বা, ঐনা ওমদবা লৈতে পুম্নক ঐগী ইথাদ। লৈগদবনি হায়বা কৃষ্ণঃ গুনগী য়াংথ্রবা পুকচেল্লা চমমন থত্না—অরানবা—থবক তৌখিবনি।

মচিন মনাও মরিদি—লান্দে—অচুম্বনি। অদুবু চাক চথ্রিং অমনা চাক চেংংলাক অমা মাংই।

অসিগুম্না—মচিন মনাও মরিনা অচুম্বা ওইরবদু—অরানবা— অর্জ্জুন য়াওবনা লান তৌনাথবনি। অর্জ্জুন্না অচুম্বা তৌরম্লবদি, লান তৌনদনা লৌরী য়ুম্ফম লন থুম কোক্নুং ফংলমগদবনি।

অসিগুম্না অর্জ্জুনগী "অরানবা" মপুকচেন অসি—কুরুক্ষেত্রগী লামযাইদা লান তৌনিথ্রিঙৈগী মমাংদা, দোলায় মথক্তা শ্রীকৃষ্ণনা— মনাই অর্জ্জুনগী মকমদা "গীতা" শাস্ত্রগী মকোক্তগী লোইবা ফাওবা অধ্যায় ১৮ অসি, য়াম্না শম্না অথংবা ওইহন্দুনা তাকপিখি।

অদুনা অর্জ্জুনগী—অরানবা—মপুক্কিং অদু অরেম্বা—অচুম্বা অমা ওইখি।

মচিম মনাও মণ্ডামক্কা অচুম্বগী ওইখিবনা মহাভারত লাল থমজ্বনা নিংথৌ খুবম ফংখি

দুর্যোধন নিংথৌনা অয়াংনবা ভাক্তা থৌখিবনা—শাগৈ থুম্বা মাংখিজবা অয়াং খুবম ফংজ্বনা নোংগাখ।

শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুন মপু মনাই অনিনা গীতাগী অধ্যায় ১৮ গী বা ভাংখিবা অসি, কনাগুম্বা মী অমতনা তাহৌদে। শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুন মপু-মনাইনা লায়ংদম্ব, লান লোয়রগদম্ব কনাগুম্বা অমদা গীতাগী বা হায়দোকখিদে।

অম্বু শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুন্না, লানয়াইদা গীতা হৌবদগী লোয়বা ফাওবগী রাকমদা, শ্রীকৃষ্ণ ( মুখব্যানে ) মক্না অর্জ্জুনদা তাকপিবা ভাক্তা ওইনা গীতা শাস্ত্রদা, লাইরোম্না ইদুন। হৌজিক্কী মতম, হৌখিবা মতমগী মহাত্মাশিংনা গীতাবু থম্মোয়মুংদা ফোনখিবা ১সুং জাতি থুদিংনা থাজনরিবা অসিনদি—শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুন অনিনা লানয়াইদা, গীতাগী রাকম ওইনা ভাংনখিবা থৌরমগী লোয়বা ফাওবা মপুং ফানা অচুম্বা ওইনা. নৈরম্বা অসিনদি—মতম অমদা উহৌবা খংহৌবা, তাহৌবা, অমা য়াওবা হায়বসি—মশানা তারবা অয়েম্বা—অচুম্বনি।

মহাভারত লাল হৌরমদায়গী মমাংদা শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুন অনিনা তোংগদবা দোলায়গী ফিরান চৈথোক মতোন্দা য়েকশিনবা হনুমান মুর্তিদা অশেংবা হনুমান্না যোগশক্তিনা পায়রকতুনা মী খংহন্দনা অয়েকপা মুর্তিদা নপজে, শ্রীকৃষ্ণ অর্জ্জুন ফাওবা থ হৌদে। অয়েম্বা ওইনা অর্জ্জুনগী দলায়দা, লালগী মতমদা অনিংবা মতুং ইন্না লাম্না নকপা ১সুং অহিং ছুংখিল নাইদনা অর্জ্জুনগী ফিরান মতোন্দা হনুমান পায়রকতুনা তোংলবা হায়বসি মহৌশাগী নিতি নিয়মনি।

শ্রীকৃষ্ণ অর্জুন মপু মনাই অনিনা লালগী মতম ওইরক্লুবা, সারথি শ্রীকৃষ্ণগা মহারথি অর্জুনগী দোলায় অহু, কৌরব পাণ্ডব অনিগী তেঙ্গোলনা নাকল নাকল অভকপা হুচুংবা পৃথিবীগী লানমী-শিংনা তিল্লবা তেঙ্গোল অনিগী মরাইদা থারে। খুদক অদুদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীমদ্ভগবদ গীতাগী ৱাথল লাক্লুবা, অর্জ্জুনগী থম্মুংদা হৈবা শিংবা ঐ মঙাইরে, হায়বা রজঃ গুনগী থাক ৱাংথ্রবা নাপল অম য়াওবমা, মান তৌবা থবক্তীমখৈ ওম্নগা অমাংবাওাক্ত ওইবা— অরানবা মপুকচেল অসি—মাংহন্দুনা জ্ঞান তাহন্দুনা নিষ্কাম কর্ম তৌহন্দুনা "আত্ম-জ্ঞান" পিশিল হৌব্রবদি, বিরাট নিংথৌগী মচা উত্তরগা তৌমিন্নবা লালগংদা, ঐনা ওমদবা লৈতে হায়বা রজঃ গুনগী নাপলনা গুমহংখিহুনা, দ্রৌপদীগী মরা মুপীরা লৌহুনা, মরাল লৈতবা দুর্যোধনগী তেঙ্গোল লাম্মীশিংবু তল অমতনা শুমহংতুনা শেংসি চারিবা মফীমরোল পুন্নমক তেল অমনা লৌখোক্লগা মৈ থাদোকতুনা, শাগৈ নাতৈ মরূপ মপাং ওইবা লাম্মীশিংবু হৈকাইবা পিখিবা-অরানবনা দুর্যোধননা অচুম্বা ওইনা লম পিরোই হায়না ৱাশকথিবনা শাগৈগী মচিন মনাও অনি লামজাও থোকলিবমি। অদুনদি-অর্জ্জুনগী ম'না ওমদবা লৈত্রবা রজঃ গুণগী ৱাংলবা নাপল অসি মাংহন্দুনা "আত্মজ্ঞান" পিহৌব্রবদি মহাভারত লানফমদা পঞ্চপাণ্ডব মাংবতাই থক্লুবদা, শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা-অর্জ্জুন মহারথীনা গীতাগী "প্রথম অধ্যায় বিষাদ যোগঃ" হৌদ্রুনা—শ্রীকৃষ্ণনা—অর্জ্জুনদা —গীতাগী অধ্যায় ১৮ মিনিট ১৮ গী মমুংদা লাম্মী পুন্নমক থংহন্দনা, "আত্মজ্ঞান" ফংহন্দুনা (আত্মদর্শন) ঐ মশক উহল্লগা, "অরানবা" মপুকচেল অহু (সন্ন্যাস) থাদোকহন্দুনা "নিষ্কাম কর্ম্মযোগ" ফংগদবা

মহৈ অপাম্বা লৈতনা ভৌকম থোকপা তৌবগী মওংদা লাল তৌবা হৌইনখি।

অসুম তৌনা - শ্রীকৃষ্ণনা — অর্জুনদা গীতাগী অধ্যায় ১৮ গী মাহৈ ১৮ তাকপিত্রনা আত্ম জ্ঞান ফংহল্লগা — অরানবনু — অচুম্বা — ওইহনখিত্রনা নিষ্কাম কর্ম্মযোগ ভৌহনখিবগী গীতাগী থৌরম পূমমক অদু. অর্জ্জুনগী ফিরান মথোন্দা তাংলিবা হনুমান রামদাসনা মপুক্লিং য়াম্না চনা তাখি

মহাভারত লাল লোয়রবা মতুংদা রামদাস হনুমানগী কদলী বন্দা, কবিগুরু মরম অমদগী মুনি ঋষি খরা লাকতুনা সাধু সঙ্গ) ঈশ্বরগী তত্ত্ববিচার (লাইগী মগুণ) নৈনখি। মতম অদুদ হনুমাননা নিংশিংলক্লুতনা মুণি ঋষিশিংদ, শ্রীকৃষ্ণনা,— অর্জ্জুন্দ, মহাভারত লাল হৌরমদায়গী লানয়াইদা গীতাগী অধ্যায় ১৮ তাকখিবা অদুমক সিদ্ধাগা লোয়ননা মারি ওইনা ফেদোকাখ। ফোংখিব মুমিৎ অদুবু ' গীতা জয়ন্তী" হায়না লৌত্রনা হৌজিক ফাওবা চৎনরি।

অত্ম জ্ঞান মতিক চারবা মুণি ঋষিশিং ১সুং মাহাত্মাশিংনা মশাগী নিষ্কাম কর্ম্মযোগ সিদ্ধনা, গীতা শাস্ত্রবু মপুং ফাহন্দুনা, জাতি খুদংগী ধর্ম্ম ১সুং য়ুম্বাল্লোনগী — "অচুম - অরান খনবগী পাম্বৈ" ওইনা চৎনরি।

গীতা শাস্ত্র — অসি — অরানবনু — অচুম্বা ওইরক্লবা খুদলাই অমনি। শ্রীকৃষ্ণনা — অর্জ্জুন্দা — মহাভারতকী লাল হৌরমদায়গী লানয়াইদা, "গীতা" তাকখিবা করগীনো ? মমাংদা ১সুং মতুংদা তাকপা য়াদবরা ?

গীতা শাস্ত্র—হায়বা অসি—রজঃ গুণ ১স্নং তমঃ গুন্না মপুং ফারবশিং অচুনা সকাম কর্ম্মদা তুংনক্মনি। অসিগুম্বা মী ময়ামগী মরক্তা গীতা ফোংবা ১স্নং তাকপা য়াদে।

সত্বঃ গুন্না মপুং ফারবাশিং অচুনা নিষ্কাম কর্ম্ম মশক খংনচুনা থবক ত্তৌনিংলবা মযামগী মরক্তা রজঃ গুণ—তমঃ গুণগী পুকচেল চেল্লিবা, সকাম কর্ম্মনা মপুং ওইনা পামলিবা মী থরা য়াওরবস্থ গীতা ফোংবা ১স্নং তাকপা য়াই।

শ্রীকৃষ্ণনা—অর্জ্জুন্দা—মহাভারতকী লানয়াইদা গীতা—ফোংচুনা তাকখিবা অসিদি—শ্রীকৃষ্ণনা চিংলচুনা তেঙ্গোল অর্নগী লাম্মী পুন্নমক অসি, অমতা চিংথদনা, সত্বঃ গুণ মপুং ফারবা নিষ্কাম কর্ম্ম মশক খংলচুনা থবক তৌরবা অম্ব—জ্ঞান ফংলবা মী গ্নাক্তনি। ময়াম অসিগী মন্নুংদা অর্জ্জুন মতোমদদি, রজঃ গুণ মপুং ফারবা সকাম কর্ম্ম ত্তৌরিবা অমনি। অচুনা মাঙোন্দতা গীতা ফোংচুনা তাকখিবনি। নিষ্কাম কর্ম্ম-যোগী ময়ামগী মরক্তা মতোংদা চাওবনা মচু চুংলক্কনা গীতাগী পাওতাক য়াম্না থুনা লৌচুনা নিষ্কাম কর্ম্ম-যোগী ওইচুনা লান ওমখিবনি।

মরমদি হন্দক কুরুক্ষেত্রদা মহাভারতকী লানজাওদা কৌরব ১স্নং পাণ্ডব অনিগী মাগী মাগী মিচং ওইররিবা লাম্মীশিং ১স্নং নিংথৌশিং পুন্নমক অসি—লম ফংগদবা, শেল থুম ফংগদবনি হায়না অনিংবা নিংথৌ অমা ফাওবা য়াওদে। মতম অচুগী চংনবি হায়ববু, নিংথৌ অমনা নিংথৌ অমবু লোয় চন্দুনা মথাদা লৈহন্দুনা লোয়পোৎ চানবগী শিবা কিদনা লান ত্তৌনৈ। হন্দকী মহাভারতকী লানজাও অসিদি—লম মুমবা ওইবনা, কৌরব পাণ্ডব শাগৈ অমতগী নিংথৌ

অনিগী মরক্তা অগুম্বা লম কংগদবনি। তেজোল অনিগী নিংথৌশিং লাম্মীশিং অসি, লন থুম ১সুং লম কংবা য়াওরোই, মথোয়না কংগদবা হায়রবু লান্দা মমাই ওন্দনা শিজ্জনা সনাওন ধর্ম কংজ্জনা স্বর্গ কাগদবনি হায়বা আত্মজ্ঞান কংসবা কর্ম্মযোগ ঙাক্তনি। অজ্জনা মথোয় পুম্নমক অসি নিষ্কাম সেবা হৈজ্জনা এশক খংলবা— অচুম্বা ঙাক্তনি।

মতম অজ্জগী নিংথৌমচাশিং ১সুং লাম্মীশিং অজ্জ লানগী বার্জন কংবা কংদবা খায়দনা মহৈ মহৈ হন্দক্কী লানজাও অসিদি, য়াওহৌদবা য়াদে হায়না পংলাক্ত লাক্লবনি, মানা মামা পাম্বা নাকন্দা য়াওনবনি। লাম্মীশিং অজ্জ মহৈ মহৈ হান্না চান্না শিগে হায়না তাম্নজ্জনা মুম্নবনি। মরমদি— লানফম অজ্জদা শিবা মীগীমথৈ মশাগী (অতিরময় ব্রহ্ম) মথন্নাই অজ্জ. ইরং ইরং লংনা পাম্বোম মরি পান্দুনা পায়খৎপা অজ্জ, মী খুদিংগী মমিত্তা ঊনবনি, অজ্জনা ঈশ্বর কংলবনি হায়না নিংনবন' হান্না শিগে হ'য়না মুম্নবনি।

মতম অজ্জগী মহাভারত লানজ'ও হায়বসি—(কলচারগী) নৈনবগী মতুং ইন্ন', 'ঈশ্বরনা" মীওইবগী শ'জং লিচৎ হোংলমদায়দা অত্তৎপা নৈতবা লানজ'ও নত্রগা অনাবনা য়ান্না য়ান্না শিবগুম্বা মথল মথলগী থৌরাং তৌই।

বেদ শাস্ত্রগী মতুং ইন্না—মীওইবা ১সুং জীবশিংগী শাক্তং লিচৎ, থৌরম পুকচেন খোইজেন চাকচা য়ুথক, কৌজেৎ চাকচা অসিনচিংবা, মীশকস্ন হোংনা হোংনা, নৈরম্বনা নৈরক্তবা, নৈতবনা নৈরকপা, অসিগা লোয়ননা, ঈশ্বরগী খুৎশেম ওইনা চহি মশিং খংদনা (কাল) মতম মরি থোক্না খায়দোকই। মজ্জদি—সত্যযুগ ত্রেতা যুগ, দ্বাপুর যুগ, কলি যুগ, মরি অসিনি।

মৈতৈ ইপা ইপুশিংগী পুরাণদা - যুগ মরি অসি হৈচক, হয়াচক, লাংবচক, খুনুংচক, অাস হায়না খঙিরমই।

যুগ মরি অসি—নোংমদা চয়োল ৭ না পুংলুপ পুমবগুম্না, যুগ অমদা যুগ মরিনা লালুপ ওইনা পুনৈ। হায়রবদি—সত্যযুগকী মনুংদা, সত্যগী শরুক মথং ত্রেতাগী শরুক মথংদা দ্বাপুরগী শরুক মথংদা কলিগী শরুক অসুম তৌনা ত্রেতা যুগ, দ্বাপুর, কলিযুগ অসুম অসিশু অমমমদা যুগ মরি মরিনা পুনৈ।

কুরুক্ষেত্রগী মহাভারত লানজাও অসি—দ্বাপুর যুগকী মনুংদা কলি যুগনা লালুপ পুরমদায়দা দ্বাপুরগী মী অফবগা, কলিগী মী ফত্তবগা অনি অহ তিন্নবা লৈরকপদা, কলি যুগ ওনবা হাত্রহুন, দ্বাপুর যুগকী ঈশ্বর মশক খংবা অফবা মীগী মথৈ, হুন্নকী মহাভারত লান অসিদা মাই ওন্দনা শিহৌরবদি—নিষ্কাম কর্ম্ম ওইনা—ইশাগী ওইজবা তান্দবা ওইবা—অচুম্বনা—সনাতন ধর্ম্ম ফংহুনবা অরান খুবম ফংগনি হায়বা, তশেংবা খংলবা দ্বাপুরগী মীগী মথৈ মশা মত্তোম মত্তোমদ লাকহুনবা শিনখিবনি। অদুগা দ্বাপুর কলিগী চারা ওইগদবা—অরানবনা—লামগী কুমৈ কাওবা য়েংনিংখিদে। অসিমক মী ওইবগী শাজং লিচৎ যুগ হোংলম দায়দা, অবতার শ্রীকৃষ্ণনা শিল্লাংহুনবা মহাভারত লীলা লামজাও শাগখিবনি।

দুর্যোধন নিথৌ অসিমক—অরানবনা - যুমফম ওইবা "কলিমা" অবতার তৌহুনবা পোকখিবনি। অশেংবা কলিযুগ নত্তে দ্বাপুর

মুপতা লালুপ পুখনি। মশা শিরগা কলি হৌগদবানি, তপ্পা তপ্পা ওনগদবনি, মসুংগী ইচেন্দা খংগদবনি, মপান্দদি—খংলোই। মথলো মহাত্মাগান্ধী পোকপা ফাওবা অসি— অরানবা—দ্বাপুরগী কলিনি।

দুর্যোধন নিংথৌনা পোকপদগী—মহাত্মা-গান্ধীজী পোকপা ফাওবা মসুং অসি—দ্বাপুর যুগকী মসুংদা, কলি যুগনা লালুপ পুবা—অরানবা—যুগ ওইরে।

মহাত্মা গান্ধীজী থুপ্‌খিবদগী হৌজিক ফাওবা অসি অশেংবা কলিযুগকী অহৌবনি। মথংদা—মতম খরগী মতুংদা, "সত্য কলি" "ত্রেতা কলি" "দ্বাপুর কলি" "কলি—কলি (ঘুর কলি)"—খামেন কারোংদা কৈরাক থাবগনি হায়বদি—পৃথিবী অসি পিক-শিক্লপনা মী, শা, উচেক উপাল রাপালশিং অসি, হৌজিক্তা অচৌবা ওইনা উরিবশিং অসি, ঘুর কলিগী মতমদা, হৌজিক উরিবা খামেন পাম্বিগুম্নগা, মতুদা কৈরাক থাদ্রবদি কাবা ওমদবা অনেম্বা অপিকপা মীওাক্তা পোক্লগনি হায়বা প্রমান তৌরম্মি।

দ্বাপুর কলিগী অরোইবদা—পোক্লিবা মহাত্ম-গান্ধীজী অসি কলিযুগ অশেংবা হৌরকপগী—যুগাবতারনি।

অশেংবা কলিযুগ লাক্কদবা ওইরবস্থ অহানবা অসি, সত্য যুগনা লালুপ পুগদবা ওইবনা, কলি যুগ অবতার মহাত্মা গান্ধীজী খমুংদা '(সত্য) অচুম্বা" হায়বা খমুংগী "এাত্তাম বোম" অমা পোক-খায়দুনা পৃথিবী শিনথুংদা চাইথোকলমলে। "সত্যাগ্রহ" হায়বা খুংলাই মচা অমনা "ভারত মাতা" শেমগৎপিরমই।

যুগাবতার—মহাত্মা গান্ধীজীগী, সত্য-কলিযুগ লাকদবগী মথাং হৌজিকী মতাং অসি—অশেংবা কলিযুগ চংশিল্লকপগী ( প্রথম সন্ধ্যা ) য়াচংবনি।

হৌজিকময়ক মতম অসি—অশেংবা কলিযুগ চংশক্লদবগী সন্ধ্যা য়াচংবা ওইবনা.—মতম অসিদা পোক্লকপা অঙাংশিংনা—অশেংবা কলিযুগকী শাজং লিচৎ চাকচা য়ুথক ১সুং কৎনবা পুকচেনগা লোয়ননা—লৈশৌ পুংদগী মূকথুত্রি অঙকপা কংনা পায়খোরকহুনা আকাসদা মতম থরা পায়দুনা লা্সয়গা মশা তৎতুনা অমত্তা থাক্তনা শিাথবগুম্না—পোক্লকলিবশিং ১সুং হায়গী মীওইবশিং পুম্নমক অসি—অচুম—অরান—থিজুনা মশক থংহৌদ্রবদি—অশেংবা কলিযুক অহৌবা ফিলমগী নোংয়াই যৌয়কপা লোংঙাল্লদায়দা—মহাভারত লানজাওগুম্বা কয়িগুম্বা থৌরম মখল মথঙ প্রকৃতিগী থুংশেননা অশেংবা কলিযুগকী শাজৎলচৎ পুকচেম চেনবশিং পুম্নমক মাংলগনি।

হায়বদি—অচুম—অরান মশক থংদজুনা অমগা অমগা হাৎন থিম্নবা নত্রগা লৈপাক মুমহুনা লাম্দা শিবনাচিংবা "মহাত্মা গান্ধীজীগী" অনিংবা সত্য কলিযুগ অহৌবদা য়াওবা য়ারোইদবশিংগী মথৈ—অঙকপা মথল মথলগী মিশিদা শিজুনা মাংথিগনি

মতাং অহুদা অচুম—অরান মশক মুম্না থংলবশিং অতুদি—লোংঙানবগী সত্য কলিযুগ অহৌবা থেংনজুনা মতম থরদং অচুম—অরান বায়েলগী মুংঙাহৈবা কংলগনি।

মতম অহুদা—হৌজিক মতমগী চৎনবিবা লাইনিং ধর্ম্ম গৌরধর্ম্ম, হিন্দু ধর্ম্ম, মুসলমান ধর্ম্ম খৃষ্টান ধর্ম্ম হায়না তোংঙান

ভোংভান লৈনরিবশিং অসি, অসুম খর খর মপাঙ্গল শোম্বরকতুনা লাইনা ওইনা পুনশিনখিত্নুা (একতা) অমত্তা ওইবা "অচুম্বা" (সত্যাগ্রহ) হায়বা অপুনবা ধর্ম অমা চৎলরগনি।

"অচুম্বা ধর্মগী" খুৎলাই—ভগবদগী গীতা শাস্ত্রনি। অচুম অরান—খংনবা পাম্বৈ—গীতানি। "ওঁ গীতা" "ওঁ গীতা" ওঁ গীতা"

---

৮ শুবা শরুক

প্রথম অধ্যায়

# অর্জ্জুন বিষাদ যোগ

## অচুম—অরান

গীতাগী অহানবা অধ্যয়গী মমিং "বিষাদ যোগ" কৌই। বিষাদ যোগ—হায়বা অসিগী ৺তোগদবা ১সুং নিংগদবা থৌরমদি কনাগুম্বশিংনা, ঐগী অপাম্বা য়াম্না অরুবা থবক অমবু, মাংহনবা নত্রগা থুগাইতুনা, ঐবু মুংঙাইহন্দবা ১সুং অরাবা পিরগদবা খংলবা মতাংদা—ঐগী অপাম্বা কাইগদবা মুংঙাইতবা, অশাওবনা লম্বাই লুতোন কাখিত্নুা চময়রবা মতমদা—মী অত্নবু হাৎকে ভূপকে ১সুং ফুগে খল্লত্নুা থাং নত্রগা চৈ হায়গৎলবা মতাংদা—ভাই-হাক্তং লেপতুনা ঈশ্বরবু নিংশিংত্নুা "যোগ" ভোরগা—হায়বদি—ঐনা মাবু হাৎপা নত্রগা ফুগদৌরিবা অসি—ঐনা চুমগত্রা, মানা চুমগত্রা খল্লগা, থাং ১সুং চৈ থাদত্নুা হাৎকে ১সুং ফুগে হায়বনা নিংলম্বা অকনবা পাঙ্গল শোম্বহল্লগা—ইশাগী আজ্ঞা গুরু নত্রগা

অখংবা তাকপিবা ওয়া মী অমদা গুরু ওইনা হংহুনা—অচুম—অয়াম—চুম্না খংদোক্লগা হাংকম থোকলে হাংপা ১সুং কুকম থোকলে কুবা—কনকম থোকলে কনবিবা—থবক মতৌ অসি তৌরবদি—ঐগী অপাম্বা অরুবা থবক অদু নিংথি মুংঙাইনা পাংথোকপা ওয়গনি। অসিবু বিবাদ যোগ কৌই

মীওইবা খুদিংনা মশাগী থবক তৌরমদায় খুদিংদা বিবাদ যোগ শিজিন্নরবদি তৌরুবা থবক খুদিংমক পাংথোকপা ওমহুনা অচুম্বা ওইনা মুংঙাইবা ফংগনি

মীওইবশিং অহুনা থম্মোয়মুংদা পামজহুনা—গীতাগী অধ্যায় ১৮ গী যোগ ১৮ গী মনুংদা—অপাম্বা অধ্যায়গী যোগ অমতংবু মপুং ফানা হৈহুনা—"অচুম্বা" মশক খংদোক্লগা, ঘুম্বাল্লোন ১সুং লাইনিংবগী থবক খুদিংদা—গীতাগী "যোগ" অসি থবক ওইনা শিজিন্নরবদি—মী অহুগী পুন্সি অহু মহৈ য়ানগনি।

মীওইবশিং অহুনা গীতাগী অধ্যায় ১৮ মক, মপুং ফানা হৈহুনা রারি ওইনা তাকপা ওয়বা মীশিং অহুনা—অধ্যায় ১৮ গী যোগশিং অহু, মশামক্লা যোগ হৈহুনা "আত্ম জ্ঞান" (ঐ মশক খংবা) অহু মশাগী তৌগদবা থবক খুদিংদা যোগ শিজজিন্নবা ওমত্রবদি—গীতা মপুং ফানা হৈহুনা রারি লিরিবাশিং অহু, তেনব্রা মীশে'ল খংদবা ভম্বিবমথৈ ওাংবগুম্না—গীতা হৈবা ওইহুনা, গীতাগী অমৃতগুম্না হাওরবা মহাও খংদহুনা—গীতা হৈবশিং অহুগী মপুন্সি চুম্না মহৈ য়াল্লরোই।

"যোগ" হায়বা লাইরোন অসি—ইশাগী অপংবা রাখল জ্ঞান অসি—লৌশিংগী বিজ্ঞান্দা যোগ (তিনশিনবা) তৌবা হায়বনি।

অমনা—গীতাগী মনুংদা য়'ওরিবা—শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—ইতাও অর্জুন নংনা তৌগা থবকী মথৈ ঐতোন্দা কংথোকউ—নামগা, ইশাগা, অমত্তনি অসিসু যোগ মথন্দ অমনি। অসিমক—শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমা, কোক্কী থোপ মনুংগী ব্রেন্দা (লরাইলেমফুদা) মানসিক নামশোন ওইনা পুক্লিনা শোনছনা অতৎপা লৈত্তনা থবক তৌববুনি। হায়বদি নামগা থবককা "যোগ" (তিন্নাশনবা) ওইহন্দুনা কংথোকপা হায়বনি।

অচুম—অরান খংনস পাথৈ হায়ব অসিনু 'যোগ" শিজিন্নগনি। মীওইবশিংনা তৌনবিবা থবক—চাবা থকপা, তুম্বা হিপ্পা, চৎপা, ঋষ্ট রা ভাংবা ১সুং থবক তৌবা পোৎখাবনচিংবা তৌফম থোকপা পুম্নমক অসি '.যাগনা" তৌগদবনি। অশম্বা পথাপ ওইনা—"যগ" হায়বা অসিগী অরাইবা 'যোগযিফুপ' অমা শিজিন্ন-গদবনি। মতুং—মথক্কসু তাকপ্রে অতুবু অরেম্বা অচুম্বা হায়বা অসিদ হোংবা য়াত্রবা ঈশ্বরমকান। অতুনা 'যোগাফিতুপ" অসিমক শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ ফিতুপকী শাথেক অগুমনি। "যোগাফিতুপ" আস মশাদ, চুশিল্লবাশিং অতুবু যোগদা লৈবা কৌরে।

"যোগ ফিতুপ"—ইরাই শাইনা—চীন উমশিল্লগা লৈ মত্তোন অতু, যাথক যাখা অনিদা নপশিল্লগা, লৈ অতু পোং অম। উম-বগুম্না উল্লগা, চনিং নমথল্লন' পুক কংথোক্লগা, থমুংদা স্বর লোংহন্দ-তুনা নাত্তোন মথুন অনিদা স্বর হোল্লগা 'পগুম অনি শুপচিন্দুনা ইশাগী তৌগদবা থবক পুম্নমকী রাখল, কোক্কী থোপ মনুং (ব্রেন) গী লরাই লেমফু মনুংদা থনগদবনি।

অর্জুন বিষাদ যোগ—হায়বা গীতাগী অহানবা অধ্যায়গী থৌরম অসি—অর্জুননা মশাগী অৱানবা কাওখিহনা, দুর্যোধননা লনবগী ৱাধনা শাওমনখিবনা, থৌনা ফবগা লোয়ননা দুর্যোধনবু হাংকে হায়বা পুকচেলগা লোইননা—তেঙ্গোল অনিগী ময়াইদা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নননা দোলায় মথক্তা লেপ্‌খবা, খুদক অদুদা অর্জুননা মমাংদা লেপ্‌লবা ভীষ্ম, দ্রোননাচিংবা নিংথৌশিং ১সুং লাম্মীশিং মমিংনা য়েংবদা তাম্লবা অঙকপ। অঙকপা ওইবা তেঙ্গোলশিংনা, মৱান য়াওদনা থম্মোয় মকা লামনা নিষ্কাম সেবা ওইনা লৌমিং চানিংবা অপাম্বা য়াওদনা, মরূপ অমগী তেংবাংবা ওইনা পাণ্ডবকী অর্জুন-তবু হাংকর্ন হায়বগী মতাঙুম্না, থৌনা ফবগা লোয়নননা মাংইথোং ইরং ইরং লংনা লেপ্লিবশিং অদু উবদা—খুদক অদুদা অর্জুননা দুর্যোধনতবু শাওরম্বদগী, ইখং খংহৌদনা অঙকপা অকীবন ৱাখিহনা শোন্থরকপনা, মখুৎতগী লিরু, তেন্দ তাখিহনা মশা তানক তনিক তৌহনা লৈরে।

অদু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা করিনো? ইত্তাও অর্জুন নংনা তৌরিবদো হায়না হংলকপ।—অর্জুননা খুমকই, ইবুংঙো! ঐনা অপাম্বনা থুমহৎ-খিহনা, করিসু লৈত্রবা ইরৈপাক লনথুম স্নুম কৈ কোম্নুং পামলু-বদগী—শাগে অহল ইবুধৌ ভিষ্ম মনঙ্গন্দা পোহনা চাওরক্লবা, গুরু দ্রোনাচার্য্য, শিক্ষাগুরু কৃপাচার্য্যনচিংবা হস্তিনাপুরগী প্রজা ইচিন ইনাওশিং ১সুং নিংথৌ মধামনচিংবা লাম্মীশিং অৱানবা য়াওদ্রবা অচুম্বঙাক্ত ওইরবা পুম্নমক আসবু হাংলগা হৈরৈপাক ফংগনি হায়বা—থবক মতৌ অসি তৌবা ঙমজররোই হায়না, মপুক্লিংগী অপাম্বা পুম্নমক (সন্ন্যাস) থাদোকপ্রে।

ঙৈপং পংথখিবনা জ্ঞান য়াওরকত্রবনা অর্জ্জুনবু—শ্রীকৃষ্ণনা অচুম—অরান মশক থংহনা অত্মা-জ্ঞান ফংহল্লগা, মশাগী গাপল রজঃ তমঃ গুণ অনিমক নমথহনা স্বত্বঃ গুণতাক্ত ওইহন্দুন—হায়বদি—অরানবা মপুক্কিং মাংহন্দুনা অচুবাতাক্ত ওংহল্লগা, মশাগী তৌকম থোকপা (স্বধর্ম) খাদোক্তনা, ম'রপ'ক য়ুন্দুনা লৌখিবা য়েক্রবনা খুৎলাই পায়হনা, মমাংদা কেপ্পগা লান তৌয়রোই হায়ম। পংথপ্রবা—অর্জ্জুনবু শ্রীকৃষ্ণনা গীতাগী "যোগ" মথল ১৮ তাকপিহুন।, আত্ম-জ্ঞান ফংহন্দুনা অচুম অরান—মশক থ হল্লগা আত্মা—দর্শন ফংহন্দুনা লাল তৌহল্লগা মরৈপাক ফংহনখবা—অ সেগুবা গীতাগী যোগ ১৮ শী মল্লুংদা, অহানবা অহৌবা অধ্যায় অসিবু—অর্জ্জুন বিষাদ যোগ কৌই। মীওইবনা থবক তৌরদায় থুদিংদা বিষাদ যোগ শিজিন্ন-পদবনি।

৯শুবা শরুক

গীতা

অনিশুবা অধ্যায়

# সাংখ্য-যোগ

## অচুম-অরান

গীতাগী অনিশুবা অধ্যায়গী "সাংখ্য যোগ" হায়বা অসি অর্জ্জুনগী অরানবা মপুক্কিংগী অপাম্বনা থুমহৎখিহনা, অশাওবা অঙকপা অকী-বদগী "বিষাদ যোগ" ওইহনা, পংথখবনা খুৎলাই থাহনা লাল তৌররোই হায়রে। শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা "সাংখ্য যোগগী" অচুম-অরান

খংনবা ওইবা মশক্কী ভাকপ্রবা হকচাংগী তঙ্ক ২৭ কী মশক জীবাত্মা-পরমাত্মাগী অচুম অরান মশক খংননবা অসিনচিংবা যোগ মথন্ত মথন্ত ভাক্কবগী তুংদা—অর্জুন্না জ্ঞান খরা লাক্লকুনা—শ্রীকৃষ্ণদা হায়জখি। ইবুংঙো! নবাই ঐ অপাম্বনঃ পংথরুদনবা চম্নরে, লাল তৌবনা চুম্বা, তৌদবনা চুম্বা মফম খংদ্রে। অদুনা ইবুংঙোদা গুরু ওইজরগে, শিষ্য অমদা তাকপা ওইনা তাকপিরো হায়না, শ্রীকৃষ্ণদা গুরুবরন তৌখিবনা-"সাংখ্য যোগ" অসি তিংশোল্লা খংবা হৈবা ওইরকুনা—অহেনবা পাম্নবা যুদ্ধানবগী অনিংবা পুম্নমক খাদোক্লগা তৌকম থোকপা থবক্কী ইথৌ, ইমাংদা য়েক্কবা লাম্নীশিংনা ঐবু হাংকনি হায়দুনা লৈরবনিনা—অরেম্পা (স্থিতপ্রজ্ঞ) ওইবা রাশকা লোয়ননা লাল তৌবতা র।

অসুম তৌনা অর্জুন্না "বিবাদ যোগ" ওইদুনা লাল তৌররোই হায়না পংথরুবদগী—শ্রীকৃষ্ণনা 'সাংখ্য যোগ" তাকপিদুনা জ্ঞান ফংহল্লগা অচুম-অরান খংহন্দুনা অরেপ্পা ওইনা লাল তৌরগনি হায়খি। অসিবু সাখ্য যোগ কৌই।

"সাংখ্য যোগ" হায়বা অসি-মীওইবগী অরানবা পুবচেনবু অচুম্বা ওইহনবা য়াবা যোগনি।

অসিগুম্বা গীতাগী অহানবা "বিবাদ যোগ" অনিগুবা "সাংখ্য যোগ"—যোগ অনি অসিমক অসি—মীওইবশিংনা থবক তৌবা খুদিংদা শিজিন্নগদবনি।

বিবাদ যোগগী থবক মতৌ—করিগুম্বা থবক অমা তৌরমদায়দা, থবক অদু তৌবদা রাগদবা, শোল মাংগদবা, ফংগদবা পুম্নমক অদু

অরাবা রাখল অমগা লোয়ননা থম্দুনা, হন্না হন্না অচুম-অরান থিগনি।

সাংখ্য যোগগী থবক মতৌ— থবক অচুগী অচুম-অরান মথক থংগ্রবদা, অথংবা মহৌশা তৌগ্রবা মী অমদা গুরু অমা ওইনা হংদুনা পুক্নিং লেপ্লগা তৌগ'ন।

---

১০শুবা-শরুক

গীতা

৩শুবা অধ্যায়

# কর্ম্ম যোগ

## অচুম-অরান

গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী "কর্ম্ম যোগ" হায়বা অসি—অর্জুনগী অরানবা পুকচেল্দগী "বিষাদ যোগ"-না পংথদুনা লাল তৌররোই হিং-লম্বদগী—শ্রীকৃষ্ণন তাকপা "সাংখ্য যোগ"-না লাল তৌরগনি হায়না মপুক্নিং লেপত্রে।

গীতাগী ৩শুব অধ্যায়গী "কর্ম্ম যোগ" অসি—অর্জুনন্না লাল তৌরগনি হ'য়না লেপপ্রবদা—শ্রীকৃষ্ণনা লালগী থবক মতৌ করম তৌগদগে হায়বা তাকখিবা যোগনি।

শ্রীকৃষ্ণনা, অর্জুনগী মফমদা হায়খি। নংনা হেননা পামশিনবা নপুক্নিং অপংবা মপালগী রাখল, য়ুম ফজবদা লৈনিংবা, কী ফজবা শেংনিংবা, অহাওবা চানিংবা, হয়াও কুমৈ রাম্বা য়েংনিংবা ১সুং মী

খুদিংবু নখাদা থমনিংবা, কনবা হৈবা ঐ মঙাইয়ে হায়রবা অসিগুম্বা (সংসার) য়ুম্বানবা মায়াগী থাক রাংশ্রবা রজ: গুনগী খ্বাইদগী অহেনবা পাম্বা নপুক্লিং হায়না তানবা য়াগন্দবা অচুগা—দুর্যোধন নিংথৌগী থাক রাংশ্রবা তম: গুনগী পুকচেন চেনবমা, মিনম্বা, হুরানবা মীগী মপোৎতবু অফবা ওইররোই নিংচুনা পাম্বা, মীবু হাৎপা, ফুবা চৈবতনা মুংঙাইবা ওইবা, শা, ঙা অপুম্বা, গঙ্গা, কানা য়ুনচিংবা মরাই কাবা ফত্তবা চিঞ্জাকতনা অহাঙবা ওইবা ১ম্বুং অহল লমন লাইগুরু মপা মচা মচিন মনাও বাড়ি সম্বন্ধ কৈরোই লৈকাই গ্রাম সম্বন্ধ মশক হৈথং খংখিদ্রবা, হায়নবা তানবা সুকয়া য়াগন্দবা অঙকপা ফংবা দুর্যোধনগী অহেনবা তম: গুনগী মপুকচেনগা, নংগী অহেনবা রজ: গুনগী নপুকচেনগা, পুকচেন অমি অচুনা বিরাট নিংথৌগী অরাং খংবা লমহাংদা উত্তরগা লোয়ননা থেঙ্গাইনরুবদগী হৌজিকমক লাল তৌবতারিবনি। মতম অচুদা রজ: গুনগী নপুকচেল অচু ননথচুনা, সত্ব: গুনগী নপুকচেন্না অচুম্বা ওইবা লাল মতৌ তৌরম্লবদি, লাল হৈতৌ তৌদনা নরৈপাক ফংলমগদবনি অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণন তাকপিখি।

অমুকসু শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরি—হৌজিকমক তেল কাপ্নচুনা লাল তৌনগদৌরিবা অসিদা—নংগী অরানবা অমাংবা ওইগদবা রজ: গুনগী খ্বাইদগী অহেনবা ওইনিংবা নপুকচেন অচু সংসার মায়া লোয়নবা য়ুম্বানবগী পুকচেলনি। অচুম্না নংগী অহেনবা রজ: গুনগী নপুক্লিং অচু মাংহন্দনা, সত্ব: গুনগী অচুম্বা ওইবা অফবা থবক তৌচুম্না তুংদা লমিং লৈহৌগদবা থবক—মতৌদা,—অহেনবা পাম্বা রজ: গুনগী নপুক্লিং অচু ("কর্ম্ম যোগনা") সত্ব: গুনগী অচুম্বা নপুক্লিংনা তিন-শিন্নগা, হৈচম চন্না লাল তৌরগা নরৈপাক ফংগনি হায়বা নপুকচেল

অচু কাওখোক্তুনা, নমাংদা য়েক্লবনা থুংলাইই পাথচুনা মন্বু চাংখদি হায়রুনা লৈরিবা অসিগী মঙন ঙাকপা ওইনা তৌফম থোকপা (স্বধর্ম্ম) নখৌ তৌও। অসিদা নংনা লাল তৌরবদি চুংদা মিংচং থিহৌগদি অসি হায়না—গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী মতাংদা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনদা (কর্ম্ম যোগ) তম্বিখি।

মীওইবশিংনা থবক তৌবা থুদিংদা—অহানবদা "বিষাদ যাগনা" মাংগদবা রাগদবা থম্বুনা সুংশাথিবা ১সুং অরাবা পুক্লিং ওইরুরগা, ২শুবা অধ্যায়গী "সাংখ্য যোগনা" কনাগুম্বা থবক অচু তৌগ্রবা ওগ্ন ওইবা য়াবা মী অমদা চংতুনা, থবক অচুদা চংগদবা মচাক অমসুং শেল্ মাংবা তোংবগী হিসাব মরম পুন্নমক থংদোক্লগা, ইশাগী আত্মা জায়া জৌবা তৌদবা পুক্লিং লেপ্পনি।

মথংদ—থবক তৌনগী পুক্লিং লেপ্লবদি—গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী "কর্ম্ম যোগ" শিজিন্নতুনা, ইশাগী রজঃ তম গুনগী অহেনবা পাম্বম্ম মীবু নমহুৎপা ওইবা মীনা তাথিগদবা থবক মতৌগী পুক্লিং অচু, নমশিন্দুনা থম্নগা, স্বত্বঃ গুনগী মীনা সুংশিনবা থবক মতৌগী অকনা পুকচেল্লা থবক তৌননবগী থৌরাং লাংলগনি অসুম তৌনা—গীতাগী ৩শুবা অধ্যায়গী "কর্ম্ম যোগ" অসি শিজিন্নগদবনি।

— — —

## ১১শুবা শরুক

## গীতা

### ৪শুবা অধ্যায়

# জ্ঞান কর্ম্মযোগ

## অচুম-অরান

শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনগী মফমদা, কর্ম্মযোগগী থবক মতো তাকপ্রবগী মতুংদ,—গীতাগী ৪শুবা অধ্যায়গী "জ্ঞান কর্ম্ম যোগগী" থবক মতো তাকপিরি। অসিমক অচুম্বনি।

"ইতাও অর্জ্জুন! নহাক্না কর্ম্ম যোগগী পাওতাক মতুং ইন্না লাল তৌগনি হায়না ইচম চম্না য়ূংরে। অহুদু নংগী অচম্বা নপুক্লিং অচুনা লাল তৌকরবদি নশাগী চুশন্দুনা লোয়নরক্লবা "অরানবা" নপুক্লিং অদু ফাওরক্কুনা কাল ডম্ব শইরবোই। অচুনা ঐনা তাক্লিবা গীতাগী জ্ঞান-কর্ম্ম যোগ অসি নপুক্লিং চংনা তারো।

মথক্তা তাকপ্লবা শইবা "কর্ম্ম যোগ" অসি মখল অনি শুই। মচুদি সকাম কর্ম্ম—নিষ্কাম কর্ম্ম অনি অসিনি।

সকাম কর্ম্ম—মশাগী ওইজবা য়াম্না কান্নগদবা ওইরগা থবক তৌবা কান্নরোইদবা ওইরগা তৌদবা, থবক মতৌ অসি সকাম কর্ম্মনি। নিষ্কাম কর্ম্ম—মশাগী ওইজবা, কান্নবা থোয়না খল্লুদনা থবক তৌবনা ইথোনি হায়না তৌবা অদু নিষ্কাম কর্ম্মনি।

মুস্থানবাশিংনা—মপা মমা, মতু মচা থাকপগীদমক থবক তৌন-রিবা সংসারগী কর্ম্ম থবক মতৌ অসিগা—গীতাগী কর্ম্মযোগ অসিগা খেন্নে মান্নদে।

সংসার কর্ম্মগী—থবক মতৌ অসিদি, মুস্বানবগী অন্নাংপনা হেক্তিমক্ত না অচুম অয়ান থিদনা শেল ফংলগা লোইরে হায়রুনা মশাবু মাংহল্লি।

গীতাগী কর্ম্ম যোগদি—মশা মাংহনবা থবক মতৌ নত্তে। মমাংদা তাকখ্রবা ওইবা "যোগগী" ফিতুপ শাথেক্লা লোয়ননা চনিং মথাগী "অয়ানবা" পুক্লিং অসি কোক্কী থাপ মনুংগী আত্ম-জ্ঞানদা তিনশিন্দুনা থবক পুন্নমক তৌগদবনি।

গীতাগী যোগ ফিতুপ হৈরম্বুনা থবক তৌরবদি, "জ্ঞান কর্ম্ম যোগ" হৈরবা খংলবা অমনি। অতৈ থবক মতৌ তাকনিংঙাই লৈত্রে। ইত্তাও অর্জ্জুন! নপুক্লিং চংনা তাও। কৃষ্ণ ঐতবু নিংলবা মীশিং অদুগী থবক পুন্নমক ঐনা লোয়না তৌরি।

ঐনা হায়রিবা রাকম অসিমক 'জ্ঞান কর্ম্ম যোগ" খংবা হৈরবা খংলবনা মশাদা চুশিল্লবশিং অদুদি মতম খরগী মতুংদা আত্ম-জ্ঞান মশক খংলকনি। যুম্বাল্লিবা মী খুদিংমক থবক তৌবা খুদিংদা জ্ঞান কর্ম্ম যোগগী থবক মতৌ অসি চুশিন্না তৌগদবদি।

১২শুবা শরুক
গীতা
৫শুবা অধ্যায়

# কর্ম্ম-সন্ন্যাস যোগ

## অচুম-অয়ান

শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুনগী মফমদা, গীতাগী জ্ঞান কর্ম্ম যোগ তাকখ্রবগী তুংদা, ৫বা অধ্যায়গী "কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগ" তাকপিরি। যোগ অসিমক অচুম্বনি।

ইত্তাও অর্জ্জুন! নঙোন্দা ঐনা জ্ঞান-কর্ম্ম যোগগী থবক মতৌ মপুং ফানা তাকখ্রে। অদুবু মংগী নপুক্কিং অদুনা মতম কুইনা সংসার মায়াগী, মতু মচানচিংবা মুংঙাইমিন্নবা মপালগী মমুংঙাইবা অদু মশাদা চুশিনখ্রবা ওইবনা, 'জ্ঞান কর্ম্ম যোগ'গী থবক মতৌ অসি, খংবা হৈত্তবনা মপুং ফাবা ওয়রোই। অদুনা "কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগ" অসি তাক্লগে, নপুক্কিং চংনা তারো।

"কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগ" অসি—য়ুম্বানবগী থবক পুম্নমক থাদোক্লুবা লম্বোইবগী (সন্ন্যাসগী) থবক তৌবা অদুবু কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগনি। লোকপদগী মমুম পান্দদুনা (সন্ন্যাস) লম্বোইরবশিং অদুগীদি চুনরবা যোগনি।

ময়ুম পাল্লিবা অর্জ্জুন নহাক্না "কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগ" অসি শিজিন্ন-বত্তারবদি—ময়ুম পাল্লিবা নশা অদু (সন্ন্যাস) লম্বোইগদবা নত্তে। নশাগী মমুংদা লৈবা নপুক্কিং অদু (সন্ন্যাস) লম্বোইগদবনি। হায়বদি নশাগী ওইনা লৈরিবা লৌরি য়ুমকম নয়ন নথুম মাল চাং মুম কৈ পুম্নমক অদু, নশাগীনি হায়না নিংলমলিবা নপুক্কিং অদু (সন্ন্যাস)

লম্বোইহ্না থাদোক্লগা, ঐগী নত্রে, ইহু ইচাশিংগী ওইগে হায়বা নপুক্কিং অহ্মা রাশকা লোয়ননা পিরোকলো। অসিমক অচুম্বা ওইনা মশানা তাজরকদবনি। নশা শিরগা মথোয়গী ওহৌগদবনি। নংনা তৌবা থবকী মথৈ. মহু নচাশিংগী মতেং পিবা ওইরবা, নশাগী ওইরম্বা থমুংদা রাই চিন্নবা নপুক্কিং অহু থাদোকগদবনিনা, রাই শংনা নচাশিংবু লাকপতি ওইনমবা নোমহ্না মতেং পিরম্বা য়াই।

ঐনা তাক্লিবা থবক মতৌ অসি — সকাম কর্ম্মবু নিষ্কাম কর্ম্ম অচুম্বা ওইরবনি। নিষ্কাম কর্ম্ম তৌবা হায়বসি — কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগনি মী পুন্নমক্কী মতেং পিগদবনি। নশাগী ওইবা থাদোক্লগদবনি। থবক মতৌ অসি নত্তৃ নচাশিংগীসু মতেং পিবা, পুন্নমক সু পিবা য়াবা অচুম্বনি। নমাংদা লৈরিবা তেঙ্গোলশিং পুন্নমক অসি হুমিং ১৮ নিগী মমুংদা পোযশিনগে খল্লি। অহুবু নংনা মতিক চাবা অমা ওইহ্না ভীষ্মগা লম্বা পদ্রবাদ হুমিং ওনিদা লাল লোয়্নশিন খিগনি। অহু ওইরবদি ঐগী অনব করে। পুন্নমক অসি ঐনা শেম্বনি। নংবুসু ভীষ্ম লাম্বাগীদমক শেম্বনি। অদুনা ঐগী ইতেং পাংবা ওইনা লাল তৌরা। মী থুদিংনা থবক থুদিংদা যোগ অসি শিজিন্নগদবনি।

---

## ১৩ শুবা শরুক

## গীতা

### ৬শুবা অধ্যায়

# ধ্যান—যোগ

## অচুম - অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগ তাকখ্রে। হৌজিক গীতাগী ৬শুবা অধ্যায়গী ধ্যানযোগ তাকপিরি।

ইস্তাও অর্জ্জুন! নংডোন্দা কর্ম্ম সন্ন্যাস যোগগী থবক মতৌ অসি মপুং ফানা হন্না হন্না তাকখ্রে। অচুবু থম্মুংগী পুক্লিং থাদোকপগী মরমদা ওইবনা অরুবনি। পুক্লিং হাৎপা অসি লাক্ত ফানবা য়াগন্দবা মওংনি

অচুনা নপুক্লিং লাকশিনবা ওয়নবা "ধ্যান যোগ" তাক্লগে। মমাংদা তাকপ্রবা "যোগ" গী ফিভম শাথেক অচুদা য়াং—তিংচুনা লৈরগা. "জ্ঞানেন্দ্রিয়" মঙাগী লৈফম নিংশিংলে। মিৎ নাকোং নাতোন লৈ উনশা, মঙা অসিগা কোক্কী খোপ মন্নুংদা লৈবা পরমাত্মাগা তরক অসি কাওরগন্নু। ধ্যান তৌননবগী মচাকনি।

মিৎনা য়েংচুনা উবগী মুংঙাইবা নাকোংনা তাবগী মুংঙাইবা নাতোন্না মনম মুংশিবগী মুংঙাইবা। লৈনা চাবদা মহাওগী মুংঙাইবা। উনশানা হিপ্পদা অমোনবগী মুংঙাইনা মুংঙাইবা, মঙা অসি, থম্মুংগী (মন) পুক্লিংদ। তিন্নশিনগদবনি। মথংদা যোগ শিজিন্নগদবনি।

যোগগী ফিভম শাথেক্কা লোয়ননা মিৎ অনি উইশিন্দুনা পিজন অমি তপাচিল্লগা, পুক্লংদা তিন্নশিনখিবা মুংঙাইবা মঙা অহু, যোগগী

কিন্থুপ শাথেকী শক্তিনা ( বুদ্ধ ) লৌশিংগী মকম কোককী থোপ মথুং পরমাত্মাগী মশক কৃষ্ণ ঐগী লৈফমদা তিল্লগনি।

অদুনা পুংভাইবা ৬না তিন্নশিনবা ওইবনা মুংভাইবা ফংগনি। অদুম তৌনা মতম থরা কুইনা শিজিন্নদুনা, অভ্যাসিক ধ্যান যোগ শক্তি ফংলবদি, আত্মা জ্ঞান ফংদুনা সচ্চিদানন্দ স্বরূপ দর্শন ফংজগনি। মিৎউইশিল্লগা তৌরিবা যোগ ধ্যান মখো অসিগী কিন্থুপ শাথেক পুক্রিং নচিংবা অমতা কাইদনা মিং পা না পাংনা যোগধ্যান তৌবা অভ্যাস যোগ ওইনা শিজিন্নগনি। অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদা তাকপিখি।

মী খুদংনা থবক তৌবা খুদংদা মিং পাংনা পাংনা যোগ ধ্যান তৌব অভ্যাস যোগ ওইনা শিজিন্নগদবনি। যোগ অসিনা তাকপা আত্ম জ্ঞান ফংননবা আক্তাদা চংজবনি।

---

১৪শুবা শরুক

গীতা

৭শুবা অধ্যায়

# জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ

## অচুম—অরান

শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জুনদা ধ্যানযোগ তাকপ্রে। মথংদা ৭শুবা অধ্যায়গী "জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ" তাকপিরি। অসিমক অচুম্বনি। হে অর্জুন! নংভোমদা ঐনা ধ্যান-যোগগী শিজিন্নফম মওং মায়া

মুয়া নৈনবতুমা ত্তাকখ্রে। অদুবু ধ্যান যোগ হায়বা অসিনা থুনুংগী পুক্নিং ১স্তুং জ্ঞানগী অরুবা ওইবনা নপুক্নিং লাকশিনবা ত্তয়রোই।

অতুনা জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ অসি ত্তাক্লগে, নপুক্নিং চংশিল্লো।

"জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ" অসিনা যোগ পুম্নমক্কী অথোয়বনি। যোগ অসিবু খংবা হৈবা ওইরবদি "আত্ম—জ্ঞান' (ঐ মশক খংবা) ফংদুনা পুনসিগী মুংঙাইবা ফংজরগদবনি।

"জ্ঞান" হায়বা অসি পুক্নিংগী অচুম—অরান খংননবা বেটরি থাংমৈ অঙানবগুম্বনি। অসিমক জীবাত্মাদগী কাপথোরকপা জ্ঞাননি। যোগ অসিনা ত্তাকপা—জীবাত্মা—পরমাত্মাদা চংজবনি:
জ্ঞান অসিমক—জীবত্মাগী লৈফম কামগা তেঙ্গোং মুলাধার চক্রদা, ইশিং থোংগা শৌজ থোংগগী কারক্তা লৈ।

মীওইবগী হকচাং ১স্তুং পুক্নিং অসি, জ্ঞান অসিতনা মাংহনবনি। হকচাংগী মনুংদা পুক্নিং অসিদি, ইপং পানা লৈজবনি, অদুবু জ্ঞান অসিত্তনা পুক্নিংবু কোয়রৈ লৈহনা পুবনি। জীবাত্মাগা মারী থাংনবনা জ্ঞান অসি—অরানবনি।

"বিজ্ঞান"—অসি অচুম্বনি। পরমাত্মাগা মরী থাংনৈ। আত্মা জ্ঞান গসু মরী থাংথে। কোক্কী থোপ মনুংদা পরমাত্মাগা লৈমিন্নৈ। অদুম অসিমক অমতনি। থৌরমগী মতুংইন্না তোংঙান তোংঙান মম্নিং ওইবমি।

জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ অসি, নিংখিনা খংবা হৈবা ওইরবা মীশিং অদুদি আত্মজ্ঞান ফংদুনা সচ্চিদানন্দ ফংলগদবনি। মথক্তা ত্তাকপ্রবা "যোগ" কিদুপ শাথেক ১স্তুং মথল মথলগী যোগনা

ঊর্দ্ধরেতা—শৃঙ্গাররস ওইনবগী থবক মতৌনা জ্ঞানগী মশক ঐর্য্য অমসুং বিজ্ঞানগী মশক পরমাত্মাদা তিপ্পশিনখদবনি। থবক মতৌ অসিবু জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ কৌই। অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপিখি। মী খুদিংনা থবক খুদংদা জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ শিজিন্নগদবনি।

---

## ১৫শুবা শরুক

## গীতা

### ৮শুবা অধ্যায়

# অক্ষর—ব্রহ্ম যোগ

## অচুম অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগ তাকখ্রে। মথংদা ৮শুবা অধ্যায়গী অক্ষর—ব্রহ্ম যোগ তাকপিরি। যোগ অসিমক অচুম্ববনি।

হে অর্জ্জুন! ন'ঙোন্দা জ্ঞান—বিজ্ঞান যোগগী মরমদা মপুং ফানা নিংথিজনা তাকখ্রে। অহুবু মশক লৈতবা মমি লৈতবা মঙশতা চইবা অরুবা থম্মুংগী ওইবনা থংবা য়ারগনি।

অহুনা যোগ মথল অমঃ ওইবা, অক্ষর—ব্রহ্ম যোগ তাক্লগে। যোগ অসিনা মমাংদা তাক.খবশিংদগী হেল্লি।

অক্ষর—ব্রহ্ম যোগ অসিবু হৈবা থংবা ওইরবদি ব্রহ্ম মশক থংলগদবনি। ব্রহ্ম জ্ঞান ফংহুনা ব্রহ্মানন্দ ওইনা কুপা থংলগদবনি।

## "অক্ষর—ব্রহ্ম যোগ"

ও ভূঃ ওঁ ভুবঃ ওঁ স্বঃ ওঁ মহঃ ওঁ জনঃ ওঁ তপঃ ওঁ সত্যং ওঁ তৎ সবিতুর্ব্বরেণ্যং ভর্গোদেবস্য ধিমহী ধিয়ো যো নঃ প্রচোদয়াৎ। ও আপো জ্যোতির রসামৃতং ব্রহ্ম ভূভুর্বঃ স্বরোম।

মথক্তা তাকপ্রবা "যোগ" সী পিতুপ শাথেক অরুদা য়াং তিংছনা লৈরগা, ব্রহ্মশায়ত্রীগী ( অক্ষর ব্রহ্ম ) ময়েকশিং আস, কোকী খোপ মন্ত্রগী (ব্রহ্ম মন্ত্র) ব্রহ্মগী মখুন্দা নিংশিংউ ১মুং ব্রহ্মাণ্ড মরোল ৭ কা লোয়ননা বিশ্বরূপপু নিংশিংউ।

যোগ অসিনা তাকপা—ব্রহ্ম—পরংব্রহ্মদা চংজবনি।

---

১৬শুবা—শরুক

# গীতা

৯শুবা অধ্যায়

# রাজবিদ্যা—রাজগুহ্য যোগ

## অচুম—অৱান

শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জ্জুন্দা অক্ষর—ব্রহ্ম যোগ তাকপ্রে। মথংদা রাজবিদ্যা—রাজগুহ্য যোগ তাকপিরি।

হে অর্জ্জুন! নংঙোন্দা ঐনা অক্ষর—ব্রহ্ম যোগগী থবক মতৌ য়াম্না নিংথিনা তাকপ্রে। অতুবু মিংনা উতুনা খংবা য়াদবা ( অধ্যাত্মিক ) থন্মুংগী আত্মা—জ্ঞান (ঐ মশক খংনবগী) য়াকম ওইবনা ১মুং চংজগদবা থৌরম য়াম্বনা যোগ মথল মথল তাকপনি। অতুনা

হৌজিমক ভাকপা হৌরিবা, রাজবিদ্যা—রাজগুহ্য যোগ অসিদি, মমাংদা তাকখিবা ১সুং মতুংদা তাক্লকদবা যোগ পুম্নমক্তগী অথুপ্পা মসুং হৃজিন্না থুপখ্রবা ওইবা খোইরেন খোইবা "আত্ম জ্ঞানদা" অহেনবা চংজগদবা যোগনি। যোগ অতৈশিং অসিগী চংজকমশিং অসিদি—লৈকম খ বা নত্র' । পোংশক নাইরগুম্বা ওইনা তৌবসু য়াওই। "আত্ম-জ্ঞান" হায়বা যোগ অসিদি লৈকম খংদে, মওং মতৌ করম তৌবগে হায়বসু খংদে। অতুবু নংঙোম্দা তাক্লিবা ১সুং মথাদা তাকদৌরিবানচিংবা মীওইবনা সাধন তৌরিবা, যোগী ঋষিশিংনা মথল মথল চাদ থকনা লাক্লরিবা পুম্নমক অসি, "আত্ম-জ্ঞান" ফাওরক্লবা ঙাক্তনি। আত্ম—জ্ঞান ফাওরক্লবদি—মাগী চাবা থকপা চৎপনচিংবা থবক পুম্নমক মানা তৌদ্রে। "আত্মানা" তৌবিগ্রে। হায়বদি লাইতাকঙাক্তা ওইগ্রে। মশাদা মুংঙাইবঙাক্ত ওইগ্রে। যোগ অসি অচুম্বনি। আত্মাদা চংজবনি।

যোগদি—ইরাই লায়না তাক্লগে—মমাংদা তাকখ্রবা যোগ ফিজুপ শাথেক অতুদা য়াংতিংনা লৈতুনা থমুংগী পেগুম অনিগী কারক মথক তপঃ লোক্তা নশাগী নশক মানবা "আত্ম" শ্রীমুর্ত্তি অতু নশাগী মাইওন মতুং ইন্না থম্নগা অতৎপা লৈতনা নিংগদবনি। যোগ অসি শিজিন্নবদা খরা মুংঙাইবা ফংলবদি। গুরু অমদা মথা তমউ। অক্লবনি। অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা তাকপিখি।

## ১০শুবা শরুক

## গীতা

### ১০ শুবা অধ্যায়

# "বিভূতি—যোগ"

## অচুম অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা—রাজবিদ্যা—রাজগুহ্য যোগ তাকপ্রে। মথংদা—বিভূতি যোগ তাকপিরি। যোগ অসিমক অচুম্বনি। হে অর্জুন! নংগোন্দা ঐনা রাজবিদ্যা—রাজগুহ্য যোগ য়াম্না নিংথিজনা তাকপ্রে। অদুবু আত্মা—জ্ঞান ফাওনবা হায়বা সাধন অসি য়াম্না অঙকপা ফংনা কুপপ্পবনি। মীওইবগী মায়াগা লোয়নবা অচুম্বা নত্তনা অরানবা হকচাং অসিবু জীব ওইহল্লিবা লাইগী শক্তি তত্ত্ব: ২৭ নি। অসিগুম্বা হকচাংগী অরানবশিং অসি, ইশানা ঙমজবমখৈ অচুম্বা ওইহনবা অদুগা ইশানা ঙমদবা লাইগী শক্তিমখৈ, যোগ শক্তিনা চংজনা অচুম্বা ওইহল্লগা, মরোন মরোন মথং মথং কুয়োম কুয়োমগী মমুংদা অথুপ্পা ওইনা, মুংঙাইবগী মশক ঙাক্না ওইবা "আত্মা—জ্ঞান" লৈরমগনি অদু ফংজরবদি—নশা পুম্নমক অচুম্ব ঙাক্না ওইরকনা প মুংদা মুংঙাইদুনা সচ্চিদানন্দ ফংজগনি।

"বিভূতি যোগ" হায়বা অসি প্রকৃতি ভগবান্দ (পৃথ্বি মাতা) লৈপাক লৈমদা চংজগদবনি।

### "বিভূতি যোগ"

ওঁ ভূঃ ও ভূবঃ ওঁ স্বঃ। ওঁ তৎ সবিতুর্বরেন্যং ভর্গো দেবস্য ধীমহি ধিয়ো যো নঃ প্রচোদয়াৎ।

মমাংদা তাকপ্রবা "যগ"গী ফিত্থপ শাথেক অদুদা মাং তিংলগা ভূ মণ্ডলগী ব্রহ্ম গায়ত্রী মন্ত্র অসি অত্তংপা। চৈতন্য কোকী খোপ মমুংদা নিংশিংহুনা যোগগী (দিব্য চক্ষু) পুক্নিংগী মিৎনা পৃথিবীগী ভূ মণ্ডল অকোইবা উবা ফংননবা লাক্লগদবনি। অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুনদ তাকপিখি।

---

## ১৮শুবা শরুক

## গীতা

### ১১শুবা অধ্যায়

# বিশ্বরূপ দর্শন যোগ

## অচুম—অরান

শ্রীকৃষ্ণনা মনাই অর্জুনদা বিভূতি যোগ তাকখ্রে। মথংদা—বিশ্বরূপদর্শন যোগ তাকপিরি। যোগ অসি অচুম্বনি।

হে অর্জুন। নংঙোন্দা এৈনা বিভূতি যোগ শন্দোক্না তাকখ্রে। অদুবু মতাং অসিদাই অসি নপুক্নুং চংনা তাহ্না থবক তৌরগদবা মতমনি। যোগ অসি অনাদি পুরুষ ভগবান্দা চংজগদবনি। বিশ্বরূপ—শ্রীমূর্তি—হায়বদি বিরাট ব্রহ্ম ব্রহ্মাণ্ড জগৎ পুম্নমক অসি নশাগা লোয়ননা অকীবগী মশক ফংলগা বিশ্বরূপ মূর্তি উবা ফংজরগদবনি। মন্ত্র অতৈ হোংবা যাদে। বিভূতি যাগগী—ভূমণ্ডলগী ব্রহ্মগায়ত্রী মত্তেক পৃথিবী মরোল অহুম ভূঃ ভুবঃ স্বঃগী মথক বিশ্বঃ জগৎ—মণ্ডল (লাইরৈপাক লমায়েন) চন্দ্রলোক, জনলোক

তপলোক সত্যলোক লোক মরি অসিগী মন্ত্র মহঃ জনঃ তপঃ সত্যং অসিগা পৃথিবী মরোল ৭ কী মন্ত্র তিন্নশিল্লো অচুগা মন্ত্র ৭ কী ( মরূ ) বীজমন্ত্র ওঁ ৭ কা মথংদা ভগবান্দা চংজবা ওঁ গা লোয়নবা মন্ত্রগা মথ দা ভগবানগী কোকী লৈতেং ব্রহ্ম তেজ মন্ত্রগা লোয়মনা ব্রহ্মগায়ত্রী মন্ত্র ওঁ মাপন শুবা মখাংদা তম্বিখিবা মন্ত্ররাজ নিংশি চুন থুরুথুদক থুকউ নাম লৈতারগা ফমলো, অরুবনি মপালগী নপুক্কিং থম্বুংদা পুশিল্লো।

নমিং উইশিল্লো, পিশুম অনিগী মথক্তা মিৎ অমত্তা ওইকা (দিব্যচক্ষ্যা) লাইগী মিৎ অমা লৈবনি, অদু নপুক্কিংগী মিৎ। অহানবদা নশাবু উরো, মথদা কৃষ্ণ ঐবু নমাংদা উরো ঐহ স উবদা অকঁবা ফংগনি অতকপা ফংনা চাওরক্লান কীগনু। মথংদা কুরুক্ষেত্রগা লোয়ননা তেজল অনিমক উরো, মথংদা সুমিৎ থা, থবানমচাক্চংবা সৌরজগৎ উরো, মথংদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক নিংশিংলগা—নমাংদা ঊবিবা কৃষ্ণ ঐগী বিরাট মূর্ত্তি অসিতবু উচুমা, নংনা উরুবা পুম্নমক ঐগী ইশা মমুংদা মফম চানা চানা লৈরে, হায়রা মিংলো।

অর্জ্জুনা বিশ্বরূপ দর্শন ফংদুনা হায়জরকই। ইবুংঙো মনাই ঐ অকীবনা লৈনা ওমলক্লে, লোয়শিনবিরো।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়বিখি। হে অর্জ্জুন! নং বিশ্বরূপ দর্শন ফংজরবনিনা—মথংদা—ভগবান্দা চংজবগী ভক্তি যোগ তাক্লগে।

১৯শুবা শরুক

গীতা

১২শুবা অধ্যায়

# ভক্তি যোগ

## অচুম—অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জুন্দা বিশ্বরূপ দর্শন যোগ তাকখ্রে। মথংদা—ভক্তি যোগ তাকপিন্নি। যোগ অসি—অচুম্বনি। শ্রীমদ্ভগবদ্গীতা চংঙবনি।

হে অর্জুন! নৌজিক নং বিশ্বরূপ দর্শন ফংজরে। অদুবু উজবতনি, ভগবান্দা চংঙবগী ভক্তি যোগ তাক্লগে, মপুক্কিং চংনা তারো। ভক্তি—ভগবান্দা পুক্কিং চংশিনবা সম্ন্যাস ভেক—পুক্কিং ভগবান্দা তিন্নশিনবা ভক্তি হায়বা অসি—মথক মণ্ডা শুই। মদুদি—(১) হকচাংতনা চংঙবা ভক্তি (২) পুক্কিংতনা চংঙবা ভক্তি (৩) পুক্কিং হকচাং লোয়ননা চংঙবা ভক্তি। (৪) অনিংবা য়াওনবা মাগীদমক্তা ওইনা চংঙবা পুক্কিং (৫) পুক্কিং অসিনা, ইশাগী হকচাং ভত্র ২৭ মক খায়দোক্তুনা হুন্দোক্লমলগা মতোন্দা তিন্নশিনব ভক্তি। মথক মণ্ডা অসিনি। নৌজিক তাক্লিবা ভক্তি যোগ অসি মরি শুবনি। মথংদা—৫ শুবা পুক্কিংগী ভক্তি যোগ তাক্লকনি

হে অর্জুন। নৌজিক অমুক হেন্না, নপুক্কিং চংশিল্লো। নংনো বিশ্বরূপ দর্শন ফংখিবগী যোগ কিন্থুপ্তা নৈরগা মমাংদা তাকপ্রবা রাগানুগা ভক্তিগী শৃঙ্গার রস ভক্তি মার্গ নত্রগা যোগ মার্গগী

উর্দ্ধরেতা ভক্তি মার্গ অনিগী মরক্তা অপাম্বা হৈনবা ভক্তি যোগ অমা শিজিন্নরো। পুন্নমক্তগী অসিনা ইরু লুবনি।

নশা অহু সমাধি ওইগদবনি। হায়বদি—স্বর হোন্দবা পূরক কুম্ভক তৌরগা, নপুক্কিং অহুনা নশা য়াওদ্রে, হায়না খল্লুনা নপুক্কিংগা নশাগা খায়দোক্লগনবনি।

অসিমক ৫শুবা ভক্তি যোগগী হকচাংগা পুক্কিংগা খায়দোক্লবা ভক্তি যোগনি। অসিদা ভক্তি যোগ লোয়রে। মথংদা—জ্ঞান যোগ তাক্লগনি।

---

২০ শুবা শরুক

## গীতা

১৩শুবা অধ্যায়

# ক্ষেত্র-ক্ষেত্রজ্ঞ-বিভাগ যোগ

## অচুম—অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা ভক্তি যোগ তাকখ্রে। মথংদা ক্ষেত্র—ক্ষেত্রজ্ঞ—বিভাগ যোগ তাকপিরি। যোগ অসি অচুম্বনি। যোগ অসি হকচাংগা—(জ্ঞান) পুক্কিংগা খায়দোক্লবনি।

হে অর্জ্জুন! নংগোন্দা ভক্তি যোগ তাকখ্রে। হৌজিক্তি—হকচাং নশা অহুগা, নপুক্কিংগা খায়দোক্লবগী যোগ ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞগী মরম তাক্লগে। নপুক্কিং চংনা তারো।

ভক্তি যোগগী ফিতুপ অহু কাওরগনু। অদুগা লোয়ননা মমাংদা তাকখ্রবা পঞ্চ জ্ঞানেন্দ্রিয় হকচাংগী তত্ত্ব ৫ মিৎ, নাকোং নাত্তোন, লৈ, উনশা মও অসিনা মপান্দা সুংঙাইবা খংলমলিবা পুম্নমক অসি কাওথোকলগ। যোগ ফিতুপ্তা লৈহুনা মপালগী সুংঙাইবা মঙা অহু থম্নংগী নপুক্লিংদা তিনশিল্লগা আত্মাদা চংজরো। মথংদা নপুক্লিং অহু অমুক জ্ঞানদা তিনশিল্লগা নপুক্লিং মাংহনখ্রো। অহু ওইরবদি আত্মা জ্ঞান কলগনি। অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ বিভাগযোগ তাকপিরি।

---

২১শুবা শরুক

গীতা

১৩শুবা অধ্যায়

# গুণত্রয়-বিভাগ যোগ

## অচুম অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ বিভাগ যোগ তাকখ্রে। মথংদা গুণত্রয় বিভাগ যোগ তাকপিরি।

হে অর্জ্জুন! নংঙোন্দা ক্ষেত্রজ্ঞ বিভাগ যোগ তাকখ্রে। হৌজিক্তি—গুণত্রয়—বিভাগ যোগ তারগে নপুক্লিং চংনা তারো।

ক্ষেত্র ক্ষেত্রজ্ঞ—বিভাগ যাগগী ফিতুপ অহু কারহন্নমা লৈরো। মমাংদা তাকখ্রবা হকচাংগী তত্ত্বঃ ২৭ কী মন্নুংদা সত্ত্বঃ রজঃ তমঃ মশক হায়খ্রে। গুণ অহুম অসিগী মন্নুংদা রজঃ তমঃ গুণ অসিগী

নপুক্লিং অহু লাক্স: গুণগী নপুক্লিংদা ভিন্নশিন্নগা সত্ত্ব: গুণগী নপুক্লিং গুাক্তা ওইহন্দুনা নপুক্লিং অহু খা জ্ঞান্দা ভিন্নশিন্নগা মাংহনগ্রে৷ অহু ওইরবদি নশা অহু ইয়াং য়াংলগনি। হৌজিক্তি নপুক্লিং অহু সত্ত্ব: গুণ ভাক্তা ওইরম্বদগী মা৷ প্রবাননা পুরুষোত্তম ভগবান্দা চংজন্নগদবনি অহুনা মথংদা পুরুষোত্তম যোগ তাক্লকলগনি। যোগ অসি হৈরবদি (গুণাতীত অবস্থা) গুণ ও লাম্থোক্লবনি। অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপিখি।

---

২২ শুবা শরুক

গীতা

১৫শুবা অধ্যায়

# পুরুষোত্তম যোগঃ

## অচুম—অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা গুণত্রয় বিভাগ যোগ তাকখ্রে। মথংদা —পুরুষোত্তম যোগ তাকপিরি। যোগ অসি অচুম্বনি। যোগ অসি পুরুষ ভগবান্দা চংজগদবান।

হে অর্জ্জুন। নংঙোন্দা ঐনা গুণত্রয় বিভাগযোগ তাকখ্রে। হৌজিক্তি নপুক্লিং অহু ( গুণাতীত অবস্থা ) গুণ অহুম লাম্থোক্লবনিনা পুরুষোত্তম যোগ তাক্লগে। নপুক্লিং চংনা তারো।

গুণত্রয় বিভাগ যোগগী ফিভুপ শাথেক অহু লেংহল্লগনু। পুরুষোত্তম যোগ অসিনা তাকপা, নশাগী আত্ম—জ্ঞান অহু পুরুষ

ভগবন্দা চংজরগা অনাদি পুরুষ ভগবান্দা তিন্নশিন্নে হায়রবদি— য়মাংদা তাকপ্রবা রাগানুগা ভক্তী রাগাত্মিকা (ভজন গোপীভাব) ভজন মতুং ইন্না ব্রজ গোপীশিংনা (প্রান) (আত্মা—সমর্পন) শ্রীকৃষ্ণদা রাধা ভাব ওইনা থরাই কংথিবা নত্রগা যোগমার্গদনা ব্রহ্মনির্বান ওইনা পুরুষোত্তম যোগ অসিনা অনাদি পুরুষ ভগবান্দা তিন্নশিন্নগদবনি। অসি হায়রনা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা তাকপিখি।

---

২৩শুবা শরুক

গীতা

.৬শুবা অধ্যায়

# দৈবাসুর সম্পদ বিভাগ যোগ

## অচুম-অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা পুরুষোত্তম যোগ তাকপ্রে। মথংদা—দৈবাসুর সম্পদ বিভাগ যোগ তাকপিরি। যোগ অসি অচুম্বনি। যোগ অসি অনাদি—পুরুষ ভগবান্দা চংজগদবনি।

হে অর্জ্জুন! নংঙোন্দা ঐনা পুরুষোত্তম যোগগী মরমদা নিংথিনা তাকপ্রে। হৌজিক্তি অনাদি পুরুষ ভগবান্দা চংজপ্রবনিনা, দৈবাসুর সম্পদ বিভাগ যোগ তাক্লগে। মতাং অসি য়ৌরক্লবদি অরাইবা নত্রে, নপুক্লিং য়াম্না চংনা তায়ো।

পুরুষোত্তম বিভাগ যোগগী কিতুপ শাথেককী জ্ঞান যোগ লেংহল্লগনু। দৈবাসুর সম্পদ বিভাগ যোগ অসিনা, নশাগী নপুক্লিংদা

পোকপদগী লোয়নময়রুবা, হকচাংপী তত্ব ২৭ কী মনুংদা য়াওবা অহংকার ( নাপল ) অচু, যোগ অসিনা মাংহন্দুনা ( জ্ঞান শূন্য ) য়াথন অমত্তা থম্লবা জ্ঞান ওইহনপা "অনাদি পুরুষগী" (আকাস) অহাংবা অতিয়াদা তিন্নশিনপ্রো। অচু ওইরবদি নির্ব্বান ব্রহ্ম ফংলগনি। অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপিরি।

---

২৪শুবা-শরুক

গীতা

১৭শুবা অধ্যায়

# শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ

## অচুম—অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা দৈবাসুর সম্পদ বিভাগ যোগ তাকপ্রে। মথংদা শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ তাকপিরি। যোগ অসি অচুম্বনি। যোগ অসিনা "অনাদি পুরুষ ভগবান" লৌংদবা অচুম্বদা তিন্নশিন্দুনা (মোক্ষ) অরান খুবম ফংলগদবনি।

হে অর্জ্জুন। নংঙোন্দা এনা দৈবাসুর সম্পদ বিভাগ যোগ তাকপ্রে। হৌজিক্তি শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ তাকলগে অরুবা মতাংনি নপুক্লিং য়াম্না চংনা তাম্লো।

দৈবাসুর সম্পদ বিভাগ যোগগী কিন্থুপ শাথেকী জ্ঞান যোগ লৌংহনগনু। অচুপা শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ অসিনা,—পোকপদগী

লোয়নবরুবা নশাগী হকচাং জীব—নপুক্লিং—অহম অসিবু থাজবগা লোয়নবা। মুংশিরম্বা পুরমক অচু জ্ঞান যোগগী অন্তকুন্তক শিজিন্নদুনা ব্রহ্মতেজনা চাকথেক্তুনা মাংহনপ্রে। অচু ওইরবদি ব্রহ্ম নির্বাণ ওইদুনা (মোক্ষ পদবি) অরান খুবম ফংলগনি। অসি হায়বা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকপিরি। অন্তকুন্তক—হায়বা যোগ অসি হৈবা গুরু অমদা হাকথেংননা তংগদবনি।

---

২৫শুবা শরুক

গীতা

১৮শুবা অধ্যায়

# মোক্ষ যোগ

## অচুম-অরান

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ তাকপ্রে। মথংদা মোক্ষ যোগ তাকপিরি। যোগ অসি অচুম্বনি। যোগ অসি শিজিন্নরবদি অচুম্বা ওইদুনা মোক্ষ পদবি ফংলগদবনি।

হে অর্জ্জুন! নংগোন্দা শ্রদ্ধাত্রয় বিভাগ যোগ তাকপ্রে। হৌজিকতি মোক্ষ যোগ তাক্লগে। যোগ অসি পুম্নমক্কী অখোইবা ওইবা অদুবনি। নপুক্লিং য়াম্না চংনা তাহৌরো।

শ্রদ্ধাত্রয় বিভগ যোগগী ফিদুপ শাথেক অচুম্বা ওইনা লৈরগা জ্ঞান যোগ মপুং ফাহন্দুনা ব্রহ্ম তেজনা, নশাগী অনিংবা অরানবা পুরমক চাকথেকতুনা অন্তকুন্তকা মাংহল্লগা, নশাগী অনিংবা জ্ঞান

অছু অমতা লৈহন্দনা হাংলগা. মোক্ষ থোগনা "অনাদি পুরুষ ভগবানগী" মশক ওইবা (আকাস) অহাংবা অত্তিয়াদা তিন্নশিল্লগা পুরুষ ভগবানগী ব্রহ্মতেজ মুংশিংকা মরী থাংনহনা বিজ্ঞান থবক পুন্নমক তৌরগদবনি। হায়বদি—শয়া হায়রবদা শ্বর অসি থহুং য়ৌহন্দনা নাত্তোন্দা হোন্দোক হোজিন তৌহনা অনিংবা রাখল অমত্তা লৈহন্দনা কোক্তগী থোরকপা থোপ্তা লৈবা বিজ্ঞানগী রাখলনা অরাকপা থবকী মথৈ তৌগদবনি অদু ওইরবদি শিরগস্তু হিংলি৹ ঙৈদা মোক্ষ ফংজহনা পংনুংদা মুংঙাইবা ওইবা সচ্চিদানন্দ ওইনা পুনসি লেল্লগদবনি, শিরগস্তু মোক্ষ পদবি ফংজহনা "অনাদি পুরুষ ভগবান্দ," তিনজরগদবনি।

হে অর্জ্জুন। নং হৌজিংমক অাত্ম জ্ঞানগী মত্তোনগী শ্বর ফিরূপ অমসুং যোগকী ফিত্রূপ শথেকা লায়ননা শাথিবা নপুক্লিং অছুগী জ্ঞান অদু বিজ্ঞান্দা তিনশিল্লগা, বিজ্ঞানা নমাংদা উথিবা য়েক্রবগী লাল অসি তৌরো। হায়বদি- নশাগী শিবা হিংবা ডম্বা ওমদবা, অপাম্বা, অশাওবা, অওকপা, কীবা, অম্বাবা, মুংশিবা রাখল অমতা লৈহন্দনা লানত্তবু মুংশিন নমাংদা লৈবা লৈবা ত্তৌফম থোকপা হাৎফম থোকপা তৌফম থোকপা থবকীমথৈ তৌও। অছু ওইরবদি নংগী ফংফম থোকপা ফংলগদবনি। অসি হায়না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুন্দা গীতাগী অরোইবা মোক্ষ যোগ তম্বিখি। "ওঁ গীতা" "ওঁ গীতা" "ওঁ গীতা"।

## ২৬ শুবা উপসংহার

# অচুম অরান খংনবা—পান্থৈ

## ( অশুপ্পা )

মণক্তা অচুম অরান খংনবগী পান্থৈগী মচাক ওইবা, মথল মথলগী থৌরম কন্নামক্কম হায়খ্রে। পুন্নমক অসি মী খুদিংনা মপুং ফানা শিজিন্নবা হায়বসি ওইথোক্কবনি। মরু ওইবা অরোইবা মী খুদিংনা থবক তৌবা খুদিংদা শিজিন্নবা য়াগদবা পান্থৈ অমত্তংবু তিং শোক্না থল্লুংদা চুশিল্লবত্তদা মথক্কী অচুম—অরান—খংনবা পান্থৈ পুন্নমক হৈবা খংবা ঙমগদবনি।

অচুম—অরান খংনবা পুন্নমক্তগী অথোইবা মরু ওইবা অশুপ্পা পান্থৈ হায়বসিঃ—মমাংদা হন্না হন্না য়াওখ্রবা "যোগ' ফিতুপ শাথেক অসিতবু মপুং ফানা অখংবা হৈরবা মীগা, হন্না হন্না নৈনন্থুনা হকচাংদা চুশিলহল্লগা ইনাৎ ওইনা লৈহল্লদুনা থবক পুন্নমক তৌবা ঙম্লবাদি পুন্নসি মতৈ য়ানগনি।

"যোগ ফিতুপ শাথেক—চিন,য়া উমশিল্লগা, চনিংদা স্বর নমথত্থুনা চনিং কংথোল্লগা' পিশুম অনি শুপচিন্দুনা কপলি কপলি তৌবগী ফিতুপ (প্রেমবিকার—স্বাত্বিকবিকার। অসিদা নাত্তোন নাকচি অনি কন্দোক কজিন তৌদুনা নাত্তোম মথুন অনিদা স্বর হোন্দোক হোজিন তৌগদবনি।

ফিতুপ অসিবু—ইপা ইপুশিং লোন্দা চিংথৈ ফিতুপ অহুম কৌই। শাথেক অসিমা—শ্রীকৃষ্ণগী ত্রিভঙ্গ মূর্ত্তিগী শাথেক অহুমনি; অসিগুম্বা যোগ ফিতুপ শাথেক অসি অহল লমন, নিপা মুপী

অঙাং ছাত্র ছাত্রী মী খুদিংনা মতম পুম্নমক্তা থবক তৌবা খুদিংদা লোয়নবা ওইনা চুহনগদব'ন ।

---

## শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## ( অশুপ্পা )

## অচুম—অরানখংনবা পাম্বৈ

গীতাবু থবক ওইনা শিজিন্নহুনা—অচুম—অরান খংনবা অশুপ্পা পাম্বৈ ।

“শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা” অসি কুরুক্ষেত্রদা কৌরব পাণ্ডব মচিন মনাও কাংবু অনিনা, মরন মথুম লৌরী য়ুমফম মুন্নগী অচুম—অরান মশক খংনজ্রহুনা, মহাভারত লাল তৌনখিবগী মতমদা, লাল হৌনজিনৈগী মতাংদা তেঙ্গোল অনিগীময়াইদা, শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা লাল ওয়নবগী জ্ঞান তাকখিবা গীতানি । অধ্যায় ১৮ অসি লৌশিং ১৮ তাকখিবনি ।

লাল তৌনবা ১সুং থংনবা চৈনবা হায়বসি—পোৎ মুন্নবা অওন্বা তাম্নবা ১সুং মী শিনবা ওইনা মরম্না শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা মতম খজিক্কী মনুংদা য়াম্না শমঙবা গীতাগী যোগ মখল ১৮ তম্বিহুনা আত্মা—জ্ঞান্না লাল তৌহন্দুনা অর্জ্জুন্না ভারতকী লাল ওমখিবনি । অচুনা মুস্বানবশিংনা নোম্নরিবা থবক অচৌবা মচা পুন্নমক অসি চানবগী ওাক্তনি । চাবা ফংদ্রগা মী শিগনি, ফংলগা হিংগনি । মী খুদিংনা তৌরিবা থবক পুন্নমক অসি লাল তৌনবগুম্বনি । অচুনা গীতাবু থবক ওইনা শিজিন্নহুনা আত্মা—জ্ঞান্না

